# ꯊꯥꯡꯍꯥꯢꯔꯣꯜ-꯱

# থাঙহাইরোল - ১



ইথোককচবা

লৈতাম্থেম হেরামোৎ

ইথোকপাঃ-

লৈতাম্লেম হেরামোং

লাইরিক অসিবু ফোংজরিবা ঃ

কংলৈ ইনাৎ থাঙ- তা শিন্দম শঙলেন
কোংপাল চানম লৈকায়, ইম্ফাল ইষ্ট দিষ্ট্রিক, মণিপুর

অহানবা নম্বা লাইরিক মশিং ঃ-

১০০০ (লিশিং অমা)

লাইরিক নমখিবা চৈচৎ মশিংঃ-

২০১১ (খৃষ্টাব্দ লিশিং অনি শুপ্পা তরামাথোই)

লাইরিক অমগি মমলঃ-

লুপা ৮০০/- (লুপা চানিপাল তনি)



---

লাইরিক নম্ফমঃ-

নোংশাবা প্রিন্টর, যুম্নাম লৈকায়



M

# খরদি হাকমল্লী

ইমা, য়েংবিয়ু মায়কৈ পুম্নমকসি পুম্মম- মমখ্রে, অঙকপনি তৌরিসি
ইমা, তাইবং মিৎয়েংগি ৱাংমদা ঐখোয়গি মিৎমাঙদা লমদম তাম্না মশেন মরাংননা
মুৎলি- মুৎলি উরিসিবু কবিনো, হকচাং পুম্নমক তু- চুংখিবা খঙহৌদে,
অমম্বনা কুপসিন্দুনা মাঙখিদৌরে, হিঃ মসিদি ঐখোয়গি থাঙ- তানিনা
ইমা, মহৈসিনা মাঙখ্রবদি ঐখোয়গি খুন্নাইগি শক্তমসু অমুক হিঙ্গৎপা ঙমদনা মাঙখ্রগনী ।।
ইমা, অথিংবা লৈতনা লাওনা ফাৎলিবা লম্ফাংলবা লম্বিসিদা চৎনিংবা কয়া'মা চৎখ্রসনু
ইমাগি শক্তম ঙাক্না চৎনিংবা ঐখোয়না চৎকদবা লম্বিদুদি থিংদুনা থম্বিরবনিনা
খুমিৎ - খুদাংদগি হৌরকপা খুন্নাইগি শক্তম লৌদুনা হিংবা তারব্রা? অৱাবগি মশক্তি ।।
লম্বি থিংঙিবসিং অসিগা তুমিননা লৈথোক্লিবা খুন্নাইসিগা মখোয় পুম্নমকসি
পুরাণিগি লামায়সিংদু অমুক্তা হঙ্গৎনা ফাক্তুনা মমুৎ তানা য়েংহন্নিংখ্রেদা ঐদি !!
ইমা, থাঙ- তানা ঐখোয়বু য়োকপিবগা লোয়ননা মীখা পোন্দনা ইনিং - ইথা তম্না হিংননবা
তাইবংগি হিরম খুদিংমক্তা কদায়দা শোয়খিদগে হায়দুনা কুপশেন - শেন্নবিরকপা
পুম্নকসি ঐখোয়গি খুন্নাইসিনা করিমত্তা খঙদে, অসি য়ৌনা খঙদবসিদি খরদি হাকমল্লী ।।

ইমা, থাঙ তাগি মহৈসি লৈরমদ্রবদি খুজিন মমায়মুক্তা পাকপা ইরমদমসিদা লৈরিবা
মীশিং য়ামখিদ্রবা পীকখ্রবা খুন্নাইসি চহি- চা কয়া- কয়াগি মমাঙদগি হৌনা
অচৌবা খুন্নাইনা পুময়োৎ- য়োৎসিনখিদুনা হৌজিক ফাওবা হিংঙিসিগি মহুত্তা
ইমা, খোঙ্গুন ফাওবা লীবা ফংদনা পুম্মাঙ- মাঙখ্রগদবা পীকক্রে- পীকপা খুন্নাইনী ।।
ঐখোয়গি ইপা- ইপুশিংদুনা খুন্নাইগি শক্তম ঙাক্না চৎলিঙৈ মতমদুদা
ঐখোয়গি ইরমদম নিং- তমদুনা ইবুধৌ পাখঙবগি ফিরান্না সনা কংলাদা হাইন- হুম্না পাইরম্মী
ইমা, অদুবু মতমগি অহোংবা য়াওনগি খোঙচত্তা মদুগি মতমদু লোইখিবগা ঈরোয়ননা
মালেমগি ওইনা অহোংবা কয়া লাকপদগি অরিবা মহৈগি শক্লোনসিংদু
অনৌবা শক্লোন্দা চঙসিন্নরক্লিবসি ঐখোয়গি খুন্নাইনা খঙন খঙনা উন- উনা

খঙশিন- উসিন্নদবা শাদুনা কান্দুনা লাকপদগি কাওজন থীবা তাইবংনিনা
ইমা, খুন্নাইগি শক্তম পুম্নমক অকাওবগি লৈরোন চন্দুনা মালেম লৈশা ওনখরে ।।
পুম্নকসি ঐখোয়গি খুন্নাইসিনা করিমত্তা খঙদে, অসি য়ৌনা খঙদবসিদি খরদি হাকমল্লী ।।

ইমা, নিংশিংবা ঙম্বগি পাঙ্গন্না কয়ারক হন্না ফাক্তোক- শেত্তোকপদা ঙমদরে নচানা
হুয়েন লানফমদা ইমাগি অকিবা থাঙহাই নোংথাঙ লৈমগা পান্দম্নবী
শঙাইশেল তান্থুনা পাইগুম্নি মতিক- ময়ায় লৈরবি ইমাগি অকিবা থাঙহাইদো
লংনবিবা তৌদনা মরিক অমত্তা পীবিয়ু অহানবা হাইবা থাঙহাইনা অকাওবগি লৈরোন চন্দুনা
মালেম লৈশা ওল্লগা লৌরিবা লৈমায়গি লৈতুম লৈচাও ফক্লগা অরাপ্পদা লংখোকচগে ।।
ইমা, অনিশুবা হাইবা থাঙহাইনা শিথদুনা লৌরিবা থাঙ- তাগি মহৈসি হিংগংহনজগে ।।
ইমানা কুবিয়ু নচাবু ইমা লৈমরেন শির্দাব নহাক্তি মালেম লৈশেম্নদা য়াওরিবী
ফুরেপ লৈমা লুচাউবি ইমানা খোয়দাবিরিবা মহৌশা লাইরেম্নি ইমাগি লৈকোন্দা
নোংদম্না লাইগি কাংখূন্দা হৌরগা মপুগি শিল্লম কায়দনা শিম্লোং খঙনা লৈশাং তান্নাদ
লৈশক কয়াগি শিংঙেল লৈরাং চবুন- চবুন- চবুনগা লোয়ননা য়েংঙকি মাঙাদ থাক্ক
খোঙখোঙ ফিরেপ্পা নপারিগি খুংশু থাঙলেননা পল্লেমগি ঙাংলৌদা পুনেমজবা।



*শিম্লোং শিলম খঙনা*
*থৌডমজগে, কুবিয়ুকো*
*নপারিবু!!*

# ৱাহৌদোক



মমাঙৈ থাঙ- তানা লান শোক্লরিঙৈ মতমদুদা মণিপুরগি য়ুমথোঙ খুদিংমক ইমুং হুপ্লা লান্মী ওইরম্বা মতমদুদা থাঙ- তাগি মহৈসি অঙকপা ফংনা চাউখৎলম্মী। অদুবু শোক ১৮৯১দা মণিপুরগা বৃটিশকা শোক্লখিবা মণিপুরগি নিং- তম্বগি লানফমদুদা মণিপুরনা মায়থিবগা লোয়ননা থাঙ- তাগি মহৈসি তৌহন্দনা চহি ৪৩ বৃটিশনা থিংদুনা থমখী। শোক ১৯৩৪দা বৃটিশনা থাঙ- তা তম্বসি অয়াবদু চুড়াচান্দ নিংথৌদা পীদুনা মণিপুরদা তম্বা হৌনরকখী। চহি খরা লৈরগা শোক ১৯৩৯দা মালেমগি অনিশুবা লাঞ্জাও য়ৌরক্তুনা নোংমৈ তোপনচিংবা খৃৎশু- খৃৎলায়শিংদুনা শোক্লবা লাল্লোংসিংদু উবদগি নোংমৈ, তোপ্পচিংবগি য়ুগসিদা থাঙ- তানা কৈশু তৌবা য়াররোই। থাঙ- তাগি য়ুগ লোইরে হায়দুনা মতমদুগি ইপা ইপুশিংদুনা মহৈসি হন্না ফাওবা য়েংদনা ওইনখিবদগি নোংম- নোংমগি শিথরক্তুনা পুম্মাঙ মাঙখিবা য়ার্বগি ফিভমদা লৈরম্লবনী।

মতাংসিদা মালেমগি ওইনা অহোংবা লাক্তুনা থায়নগি মহৈ পুম্নমক স্পোর্ট অমসুং কলচররোমদা পুসিন্নরক্তুনা অঙকপা ফংনা চাউখৎনরক্কী। ঐখোয়গি ইরমদমসিদসু ইপানাৎ- ইপুনাৎকি মহৈসিবু কন্নিংবা মশক নাইবা মীওই কয়া চোংথোক্লক্তুনা শিন্দম- শঙ কয়া লিংখৎনরক্কী। লোয়ন- লোয়ননা স্পোর্ট অমসুং কলচররোমদা চঙসিন্নরক্তুনা টুর্নামেন্ট কয়া তৌখৎনরকপগা লোয়ননা ফেষ্টিভেল কয়া পাঙথোক্লরক্কী। অসুম্না ইপানাৎ- ইপুনাৎকি মহৈদা অনৌবা খোঙথাং অমা চংসিল্লকপসিদা খরদা ও কান্নগদ্রা খন্দুনা চহি ১০ হেন্না তমগদবা "থাঙহাইরোল কৌবা লাইরিকসি সিল্লেবস নাইনা ইজবনী। লাইরিকসিদা য়াওরিবা থাঙহাই মখল ১৪নী। হন্দক্কি অহানবা ফোঙগদৌরিবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা থাঙহাইনা মখল তরক্কী। ইশাগি চহি ১৪ শুবদগি হৌনা তম্মকখিবা পুন্নমক্কু লাইরিক ওইনা ইসিন্দুনা থমহৌবা নত্তে। চীনফাদা ঙাক্তা তম্মগা চীনফা পুদুনা লাকপনী। চহি ১৪দগি লীসাং সিৎনা তম্মকখিবশিংদু অৱাংবা থাক্কি মহৈ নত্তবনিনা নোংমতসু য়েংসিল্লুবা লৈতনা চহি ৬০ হেন্না থাদোকখিবদগি খনগৎলগা থম্বা মরু চঙবা অহকপা মহৈ নত্তনা অতৈদি নিংশিংবা ঙম্বগি পাঙ্গন্না ফাক্তোক

শেত্তোকপা ঙমদনা অকাওবগি লৈরোন চন্দুনা লৈখ্রবনী। করি অমুক হায়রুনি অৱাবগি মশক্লী। হৌজিক ফাওবা কুম পুবা লায়না (কুম লায়না) না নাবগি শোনবগা অহল ওইশিল্লকপগি শোঞ্জিল্লকপগা ৱারেং- শৈরেংনি হায়দুনা ফম্মগা কোক থাদদুনা ৱাখন খল্লগা ইবা লাইরিকসু নত্তে হায়বসিদা ৱাবা মান্নবখৈ খূৎ থেক্তুনা থমখ্রগা থাঙহাইরোল ইবদা হেন্না ৱারিবনা ইশাগি চহি ২৩দগি ৮০ ফাওবসি লীশাঙ- শিংনা নারকপগি শোনবগা অহল ওইশিল্লকপগি সোনবগা, কাওগনবগা, কল্লাক চিংখৎপা ঙম্মক্তবা মতমসিদা নোং ঙানবদগি নুমিৎ তাবা ফাওবা চোংঙ- চোংঙগা খোঙলোন য়েকপনী। য়েক্লমদাইদা চোংখিবা খোঙলোন্দু কাওখিদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়ারক হন্না চোংখী। খোঙলোন অমদা খোঙফম কুন্থ্রা (৩০) লৈবা য়াওরি। খোঙফম কুন্থ্রা (৩০)সি চোংবদা য়েকপা লৈতদুনা খোঙলোনগি মওং তাদবগা খোঙফম অমা চোংঙিঁদৈদা অমা কাওসিল্লকপা ঙম্লনবা হায়দুনা হুম্ফু ৬০গি মথক্তা হঞ্জিন- হঞ্জিন কয়ারক হন্না চোংবদা ৱামনখিদনা খোঙলোনগি শক্তম মাল্লক্কে, শিরমদাইগি খোঙগাও মাল্লকই। মসিদগি হেন্না ৱাখিবা অমনা- পুন্সিগি য়েকপা- খোৎপগি থবক তৌরক্তবা ঐনা অরুবা খোঙলোন য়েকইদুগা চোংঙিদুগা অনিসি চাসিন্নহনবা শুকঙম ঙমখিদে। কয়ারক হন্না হোৎনরবসু ঙমদবদগি হঞ্জিন - হঞ্জিন মুৎথৎলা- য়েকআ তৌদুনা অরুবা খোঙলোন অমা য়েকপদা নুমিৎ নিনি- হুম্নি চঙঙি। অরায়বা খোঙলোন য়েকপদদি য়াম্না লৌখিবা খোঙলোনগি শক্তম তাবা ঙমদবা কয়াসু য়াওরকই। অসিগুম্বা খোঙলোন ময়ামসি য়েক্লকপদা কোকসি শুমদনা মিত্তা মহি চেঙ্গরকই। অঙাং ওইরিঙৈদা কন্না কন্না চোংদুনা তমখিবসিংদু মুন্না খন্থরগা কন্না - কন্না চোংদুনা থাঙ হাইরগা নিংশিংঙক্রুবা হোৎনবনী। তপ্না চোংবা খরুদি নিংশিংবা ঙমদে। কম্থি থোক্লা, ৱাংন- ৱাংনা ফিভম তানা থুমাং তাখৈ হঞ্জিন- হঞ্জিন চোংদুনা থাঙ কন্না হাইরক্লবা মতমদুদা কাওখিবশিংদু নিংশিংঙক্তনা মিৎমাঙদা চোংথোক্লকই। মরক- মরক্তা শদৌ- থোংখৈ চোংদুনা থাঙ হাইখৈ হাইরগা নিংশিংবা ঙমদদুনা চৌক্রিদা ফম্মগা পোথারকপদা হৌখিবা পুন্সিদা অথুবা থাঙহাইদা থুমনখিদুনা থাঙগি মশক উবা ফংদনা থাঙগি অরংবা মঙালনা হকচাংদা পূময়োম য়োম্বা থাঙহাই অমসুং জিঙ্খ্র তরুক লোল্লগা শেৎখিবা অসিনাচিংবা পুম্নমক্ত নিংশিংঙক্তনা পুক্নিং নুংশিরকপগা লোয়ননা চৌক্রিদা ঙাথরকপদা মিত্তগি পি- চদুম চদুম তারকই।

মথক্তা পনখ্রিবা পাঙ্গনগি অৱাবসিংসি লৈবনা ৱারেং, শৈরেং ইবদগি থাঙহাইরোল ইবনা ৱাবা হেল্লি হায়জবনি। শিবদা পুখিবা পাম্মুই, লাইরিক ওইনা ইদুনা থনমগে হায়দুনা শদৌ- থোংখৈ ৱানা নোংঙানবদগি নুমিৎ তাবা ফাওবা চোংদুনা থাঙ হাইরগা লাইরিক ইরকপসি চহি মরি চঙনা ইখিবনী। মসিগি মনুংদা থা অহুম খরা হেন্না ইরকপখৈ লাল্লমদুনা মৈ থাদোকখিবা কয়ানী। ইশাগি ওইনা ময়ামগা চিঞাক তিন্নদবনিনা ইশানা তোঙান্না চাক থোংঙগা চায়। নোংঙাল্লগা থোংদুনা চাবদি মতম মাঙঙি লাইরিক য়াম্না ইহৌদে হায়দুনা অহিংদা থোংঙগা নোংঙাল্লমদাই পূং অহুম মখায়দগি মঙা ফাওবগি মনুংদা চাক চারগা নোংঙাল্লকপা মল্লি- মল্লি তৌরকপদগি হৌনা ইরকপদুনা নুমিদাংৱাইরম মল্লি- মল্লি তৌরকপা লাইরিক ইবা উরক্তবা মতমদা তোকপনী। লাইরিকসি ফোঙনবা মরিরক হন্না নুমিৎ লেপখিবনী। অদুবু ইবদা লুমনবদগি লোইসিনবা ঙমদদুনা য়ৈথোক- য়ৈথোক্তুনা লাক্লগা ফোঙঙিবসি মঙারক শুবদনী। তশেংনা হায়রবদা লাইরিক অসি হৌজিক পুথোকইবা মওং অসি তানবা হোৎনবদা প্রুফ ১৩/১৪রক ককখিবনি। মমৈথংদদি

ইরুজদবনা কয়া অমা , কোই ককপা শংদদুনা লাইরিক ফোংবা নোংঙাল্লগা কক্কে হায়দুনা কোই খাকখিবনী। ঐনা ইজরিবা "থাঙহাইরোল" অসি ঐবু তম্বিরকপা "শিন্তাক পুরেল থৌদাম চাওব"বু তম্বিরম্বা "পুরেনহন" স্নাখ্বা ৱাংখৈরাকপা দীনচন্দ্রনা লাই হাকক্তগি লৈরক্লবা "লানথাঙ", "লৈতেং থাঙ" অদুদা খরা হেন্না অমুক্কা পাকথোক চাওথোকহন্দুনা তম্বদা নুংঙাইনবা মথং মনাও খায়দোক্তুনা পরিং নাইনা শোক ১৮৮৬ তগি হৌনা শেন্মগা মচা ইবুংঙো লৈরেন সনাদা মতম চঙনা তম্বিরম্মী। তম্বা লোইরকপা শোক ১৮৮৭তা সুরচন্দ্র নিংথৌনা সনা কোনুংগি নোংমৈ মাঙখিবগি মতাংদা ৱাংখৈরাকপবু চিংনদুনা ফানবা হোৎনরকপদা ৱাংখৈরাকপনা শাওদুনা নিংথৌগি মথক্তা নুমিৎ যুংবা মতুংদগি হৌনা লান্দারম্মী। লানথাঙ হৈবদা মমিং চৎপা ৱাংখৈরাকপনিনা লান তকসিন্দুনা নোংয়াই য়ৌরমদাইদা সনা কোনুং লৌসিন্দুনা ফম্বান (সিংহাসন)দা হেক ফমথরকপদা লাইবক্তা নোংমৈনা পান্দুনা নোঙ্গাখী। মপাবুং লৈত্রবা মতুংদা লৈরেনসনা মথ্বায় নুঙাইতদুনা চহি কুইনা থাঙ- তাগি মহৈ থাদোক্তুনা লৈথোকউরবা মতুংদা মহৈরোয়শিংদা তম্বিনবা হায়দুনা হোৎনরকপদা শোক ১৮৯১গি মার্চকি তাং ৩১দা ভারত সরকার(বৃটিশ)না মণিপুরগি মথক্তা লান তৌরে হায়দুনা লাউথোক্লম্মী। লান্দুদা মণিপুরনা মায়থিদুনা থাঙ- তাগি মহৈসি বৃটিশনা চহী ৪৩ তৌহন্দনা থিংদুনা থম্মখী। লোয়ননা মালেমগি অনিশুবা লাঞ্জাওনা লোইখিবা শোক ১৯৪৫ দগিদি মীপূম খুদিংমক মহৈসি থাদোক্লরকখী। ফিভমসি লৈরবসু স্নাখ্বা লৈরেন সনানা শিন্তাকপুরেন থৌদাম চাওবদা থাঙহাইরোনসি মাঙখিদনবা শিন্নবিরম্মী। অদুবু ফোঙদোকপদা মতাং চাদবদগি ফোঙদোকখিদে। ঐগি পুরেনহন থৌদাম চাওবনা ঐঙোন্দা অমুক শিন্নবিরম্মী। মদুসু ঐগি হকচাং ফত্তদুনা চহি ৪৬ চূপ্পা পূমথা থাদোকখিবদগি মহৈসি কনামত্তা খঙদনা লৈরকখিবনী। পুরেনহন স্নাখ্বা ৱাংখৈরাকপা দীনচন্দ্রগি মতমদগি হৌনা হৌজিক ফাওবা মীওই অনি শুনা খঙদনা লৈরকখিবদু ঐনা অঙাংশিংদা তম্বিবগা লোয়ননা হন্দক লাইরিক ওইনা মপুং ফানা ইথোক্তুনা ফোঙদোকইসিনা অহানবনী। লাইরিকসি ইরৈবাক ইরমদমগিদমক্তা ঐহাক্না ইরৈচাসিংগি মফমদা লাম্তোকচরী।

তাং ২৭।২।২০১১ ইং

**লৈতাম্থেম হেরামোৎ**

প্রসিদেন্ট, কংলৈ ইনাৎ থাঙ- তা শিন্দম শঙলেন

কোংপাল চানম লৈকায়, ইম্ফাল।

# পুস্তিগি খোঙচৎতা



থোকচোম নিংথেমজাও

মালেমগি অনিশুবা লাঞ্জাওনা মণিপুরদা য়ৌরকখিবসি শোক ১৯৩৯দনী। লাঞ্জাওদুদা পুরেনহন থোকচোম নিংথেমজাও কৈশামপাত্তা লৈবা য়াদদুনা কোংপাল মুতুম লৈকায়দা লাঞ্জেল্লক্তুনা শ্রীকরাম তোনসনাগিদা লৈরম্মী। চহি খরা লৈরবা মতুংদা কোংপাল চানম লৈকায়দা হেরামোৎকি অৱাং থংবদা য়ুম্লোন্নদুনা লৈবা শ্রী শরাংথেম তোমান দেবিগিদা লৈরম্মী। লান মনুংদুদা শ্রী নিংথেমজাওশিংহনা জিম্খগি পেরে, খুদেং, বালটিন্নচিংবা শারম্মী। সিন্তাকপুরেল (হেরামোৎ) পীক্লিঙৈদগি হৌনা খূৎ-শা হৈবগি থবক য়াম্না পাল্লম্মী। অদুনা নিংথোমজাওদা টিন শুবা তম্লম্মী। পুরেনহন নিংথেমজাও থোকচোম মেরা অমদি থোকচোম ওংবি থরো অনিনা পোকচবা কৈশামপাৎ থিয়াম লৈকায়দগীনী। ইনখৎলক্লিবা নহাশিংবু মশাগী ওইবা শেম্লোক লম্নী অমদি খূৎ-শা হৈন্নবগীদমক্তা কৈশামপাৎতা "টিন রর্ক্স প্রদক্সন সেন্টর" কৌবা অমা শোক ১৯৬৯দা লিংখৎখী।



**লাইশ্রম মাইমু**

পোকপা ১৯১১, লৈখিদবা ১৯৯২

লান লোইরকপা শোক ১৯৪৫গি মতমদুদা সিন্তাকপুরেল (হেরামোৎ)না খোংজোম পরবগি শৈশক্তা খোংজোম লানগী ঈশৈ তারুবদগি থাঙ-তা তম্লিংদুনা মশাগি চহি ১৪শুরকপদা কোংপাল পোরোমপাৎ ক্ষেত্রি লৈকায়দা লৈবা পুরেনহন থৌদাম চাওবা মীয়াম্না খৌশাবা হায়রগস্ খংনবা অসিদা থাঙ-তা তম্লম্মী। মতম অসিদা পুরেনহন অহল ওইসিল্লক্লে. শোন্দুনা তম্বিবা ঙম্মক্লে, সিন্তাকপুরেল(হেরামোৎ)কিথৱায় য়াওবা হোৎনবা কনবা হৈথোই শিংথোইবা মতৌ উরুবদা পুরেনহন চাওবনা নুংশিদুনা ৱাংখৈ কোইজম লৈকায়দা লৈবা পুরেনহন মোইরাংথেম অঙাহন্দা চৈবি ফূনবা, তা-খৌশাবনচিংবা তম্ন বগিদক্তা শিন্নবিরম্মী।

শোক ১৯৪৮গি আগষ্টকি তাং ১৫দা সিন্তাকপুরেল (হেরামোৎ) মীয়াম মমাংদা থাঙ-তাগি মহৈ অসি ফোঙদোকপা হৌখি। থাঙ-তা তম্বদু অহনসিংনা য়াদদুনা (থাঙ-তা তম্বা য়াদবগি মরমদি-থাঙ-তানা লান শোক্লরিঙৈ মতমদুদদি নিংথৌগি মনা ফি, মনা লৌ ফংবতা নত্তনা কান্নবা কয়া অমা ফংবগা লোয়ননা সনা কোনুং অকা-অকুমদা দোল্লাই তোংনরম্মী। নোংমৈ তোপ থোক্লকপদগি থাঙ-তাগি মতম লোয়রবনিনা নিংথৌগি মনা ফিসু ফংলরোই, মনা লৌসু ফংলরোই, কান্নবা পুন্নমকসু অমত্তা ফংলরোইদবনিনা, থাঙ-তা তম্বগি কান্নররোই হায়দুনা য়াদবনী।)খূৎলায়

ফিজেৎনচিংবা অমত্তা থৌরাং তৌবিদবদগি মশানা লৈবা ঙমদদুনা টিন্না চূঙ, চূঙ্গোয়, তা শাজরম্মী। থাঙনা জিঙ্খ্ বান ফারকপগি লখা অথাবদুনা শাজরম্মী। (মতমদু লখা অথাবনা জিঙ্খ্ বান ফানরিঙৈদনী।) থাঙ শাবদুদা য়োৎতা পিথ্রাইদা টিন্দা শৌবদু হৈতদুনা থম্বালখোঙদা লৈবা লাইশ্রম ভৈগো অমসুং লাইশ্রম ওংবি অচৌবীগী মচানুপা পুরেনহন লাইশ্রম মাইমু মীতৈদা তম্লম্মী।



স্নাখ্বা রোতোনসনা

পোকপা ১৯০৭, লৈখিদবা ৭।৫।১৯৯০

খামেন চৎপা নম্বনা খুরাই থাঙজম লৈকায়দা লৈবা পুরেনহন স্নাখ্বা রোতোনসনাদা তম্লকখি। স্নাখ্বা রোতোনসনা লৈবাক্কা শকখঙনরবা খুৎনাইবা অমনী। অপোকপগি মিংনা কহাইসনা অমদি অপোকপীনা চৎখাম নিঙোল হেমো কৌই। কজেংলৈ শাবনা শিদোকখিবগি মতৎ অমা লেমহৌবা থেংনদুনা মতৎতু য়েংঙগা শাবা তম্লগা অদুদগি অদুম হৈখী।

সিন্তাকপুরেল (হেরামোৎ)না শোক ১৯৪৯গি ফেব্রুৱারি তাং ১৩দা কোংবা শৌদোংপুঙ মৈতৈ ময়েক হায়স্কুলদা লফু ককপদা ফজমনখ্রদুনা ঐচ চন্দ্রকুমার সিংহ, দি এস পিনা চান্দিগি মেডল অমা পীবিখী। শোক ১৯৫১গি এপ্রিলগি তাং ৫দসু মহারাজ বোধচন্দ্রনা লফু ককপদা সনাগি মেডল অমা পীবিখী। শোক ১৯৫১গি মেগি তাং ১৫দা থাঙ- তাগি শিন্দম শঙ লিংখৎখী। শোক ১৯৫২গি মেগি তাং ২৬তা আর দি এস (রাজা দুম্বরা সিংহ) হোলদা জিঙ্খ্ তকক লোম্লগা শেৎপদা ইম্ফাল ইষ্ট ইন্টরমেদিএৎ কোংগ্রেস কমিটিগি সেক্রেটরি লাইখুরাম ইবোবিনা চান্দিগি মেডলদা ময়ায়দা সনা হৎপা অমা পীবিখী। শোক ১৯৫৩দা শিন্তাকপুরেলহন শগোলশেম ইন্দ্রামনিদা শরৈ- শারা তম্না হৌখি। শোক ১৯৭১দা থাঙ হাইবদা "য়ুনাইটেদ কলচরেল কাওন্সিল ইন একসন"না সনাগী মেডল অমা পীবিখী। শোক ১৯৭৫দগী থা ৬- ৬কী ওইবা শারৈ শারাগী চেফোঙ পুথোকপা হৌখি। ১৯৭৫গী এপ্রিলগী তাং ২৯দা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলননা "হুয়েন- শাফবা" মিংথোল পীবিখী। শোক ১৯৮৮দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদবি এৱার্দ ফংখী। শোক ২০০২দা "সনাসম মৈপাক এৱার্দ" ফংখী। শোক ২০০৮- ০৯দা সঙ্গিট নাটক একাদমি এৱার্দসু ভারত সরকারনা পীবিখী। থাঙ- তা অমদি ইরৈবাক্কী মরমদা লাইরিক ওইনা (১) শারৈ- শরা (১৯৭৮), (২) মীহাৎ- মীকন (১৯৮৪), (৩)থাঙ- তা (১৯৮৬), (৪) ওইনাম বিজান্দো (১৯৯৩), (৫) অখুনবা পরেং (১৯৯৪), (৬) খুরাই নানবা (১৯৯৮) পুথোকখী।



শিন্তাকপুরেলহন
শগোলশেম ইন্দ্রমনি

তাং ২৭।২।২০১১ ইং

**মনিসনা নিংথেমচা**
সেক্রেটরি, কংলৈ ইনাৎ থাঙ- তা শিন্দম শঙলেন
য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

**অহানবা থাঙহাই**

## থাঙবি শাকোক নূঙলোন ৫৩- ১১৪

## থাঙবি শাকোক লংদাইলোন ১১৫-১৬২

**মরিশুবা থাঙহাই**

## অথৌ মচৎ

**মঙাশুবা থাঙহাই**

## অথৌ লোইমোম ২৫৫-৩৩৬

**তরুকশুবা থাঙহাই**

## অথৌ য়াংবি ৩৩৭-৪২৫

অহানবা খণ্ডগদবা-

*থাঙহাইরোল অসিগী মনুংদা য়াওরিবা*
*থাঙহাই পুম্নমক অসি, নুপোসু নুপিসু*
*অনিমক চপ মান্ননা তম্বা অমসুং*
*শিজিন্নবা য়াই।*

*হায়বদি থাঙহাইশিং অসিগি মনুংদা*
*নুপানা নত্রগা নুপিনা থাঙহাই অসি তম্বা*
*অমসুং শিজিন্নবা য়াদে (তৌহেদে) হায়বদু*
*লাই হাক্রেক্তগি থৌনা লৈরক্তে।*

## অনিশুবা খণ্ডগদবা-

থাঙহাইরোলগী মনুংদা মথং- মনাও নাইনা থাঙ হাইবা তম্লিবা অসি অহানবদা "থাঙবি শাকোক শদিংদগী তম্বা হৌরগা অথৌ পাঙ্গনবদা তম্বা লোইগদবনী।" অহানবা শাকোক্তগী হৌনা অরোয়বা ফাওবা থাঙ হাইবা তম্মিন্ডৈ মনুংসিদা য়াম্না চেকসিন্না থাঙহাই চুম্না তমগদবদি হাইরিবা য়েংথাঙ ওয়থাঙ অনিদু খেংনদনবা থাঙ অনিদুগী খোঙচত্তু কায়দনা চুম্না চংপদুনী।

হাইরিবা থাঙ অনিদুগী মনুংদা থাঙ অমনা খোঙচং খিঙ্ভং কায়রকপদা থাঙ খেংনবা হায়বসিদি সোয়দ্রবনী। ফনা য়াম্না অরাংবা থাক্কি থাঙহাইদা লম য়ৌনা ফজনা হাইদুনা অয়েংবসিংবু পেলহনবা ভম্মবসু থাঙ হেক খেংনরকপদা ফজরম্বা থাঙহাই অমসুং অয়েংবসিংবু পেলহল্লম্বা পুম্নমক্তু খেংনরিবা থাঙগী মখোন্দুনা হাত্তুনা পুম্মাঙ মাঙহল্লী। মসি তম্নদা থাঙগী খোঙচত্তু কাচিন- কোয়া য়ৌনা ময়েক শেংনা তমহৌদবদগী খোক্কল্লী। মরম অসিনা থাঙহাইসু লান্না চংখিদনবা থাঙসু খেংনদনবা মমুং তানা ময়েক শেংনা তমগদবনী।

# অহানবা খোঙলোন মপি



অহানবা খোঙলোন মপি- হায়রিবা খোঙলোন মপি অসি মথক্তা য়েক্লিবা খোঙফম অনিসিনী। খোঙলোন মপি অসিদা নোংপোক ওন্দুনা লেপ্লগা তাইবং মপুদা নত্রগা ইমা লৈমরেন্দা অকোনবদা শিন্তাকপদা য়াম্না শন্বা ৱাহৈদা "ননাইবু থৌজানবিয়ু" হায়দুনা খূৎ লোন্নদুনা খুরমগনী। লেপ্লা মতমদা তীঙ- য়াঙ চুম্না "খোঙকাপ তঙ্খায় অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎয়েং সান্না (লাপ্না) য়েংগনী, মিৎ চোইবা য়াদে।" অদুগা অহানবা খোঙলোন মপিদগি হৌনা মখাগি ৪শুবা অরোয়বা খোঙলোন ফাওবদা চোংঙু হায়না পীরিবা খোঙলোনগি চৈশিং শুনা লেপ্তুনা চোংদুনা হকচাং শাজেন তৌদুনা শান্নগনী।

(১) খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খূত্তুম তাগনী। অদুগা মাঙ- তুং, মথক মখা খূৎ হাইবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১০রক চোংগনী।

(২) খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খূত্তুম তাগনী। অদুগা মাঙ- তুং মথক মখাদা খূৎ হাইবগি ইৱায়-ইনিন্দা থবাক্কি শরুক য়াওনা নাক- য়েত্তা কোক লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১০রক চোংগনী।

(৩) খূৎ অনিমক তঙ্খায় কোনসিল্লগা খূত্তুম তাগনী। অদুগা মাঙ- তুংদা খূৎ অনিমক লৈদুনা হাইবগি ইৱায়- ইনিন্দা থবাক্কি শরুক য়াওনা নাক- য়েত্তা লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১০রক চোংগনী।

(৪) খূৎ অনিমক তঙ্খায় কোনসিল্লগা খূৎতুম তাগনী। অদুগা মাঙ- তুং অনিমক্তা খূৎ অনিমক লৈদুনা হাইবগা লোয়ননা খ্বাংদগি কোক ফাওবা লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১০রক চোংগনী।

১বা খোঙলোন্দগি ৪শুবা খোঙলোন ফাওবসিদা ১০/১০রক চোংবদা ফংঙিবা পূন্না চৈশিং ৪০সি লেপ্তুনা চোংগদবনী।

# য়েংকি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



মমাঙঔঁদা থাঙ- তাগি মহৈ তম্বসি শিন্তাকপা অমগি মফমদা থাজিনদ্রিঙৈ য়াম্না পীক্লিঙৈদা য়ুমগি অহল- লমনসিংনা হান্না তম্বিরম্মী। অহানবা হেক তমখৎলকপদগি হৌনা অঙাংগি ফিভম য়েংঙগা চৈ নত্রগা থাঙ পায়দুনা তম্বিরম্মী। অদুবু ঐবু তম্বিরকপা শিন্তাক পুরেন্না (ওজা)না অঙাংশিংনা অহানবা থাঙ হাইবা তম্বদা লায়থোকহন্নবগিদমক্তা তম্বগি মওং অমা হোংদোকপিরম্মী। মদুদিঃ মথক্তা য়েক্লিবা "য়েৎকি পরৈ চঙবা তঙ্খায়"গি থাঙলোনসিগি শক্তমসিগা চপ মান্ননা, ব্লেক বোর্দতা চেক্লা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা তেঞ্জিনগি অরোয়বা ২শুবা চৈশিং ফাওবা হান্না খূৎ য়েৎনা য়েকপা হৈনবা তমগদবনী। হৈরবা মতুংদা খূবোম্মুক শাংবা চৈ মচা অমা খূৎ য়েৎনা থাঙগি খূৎপায়দা চেপ্লা পায়রগা চোক্কি মহুৎ শিন্দুনা, ব্লেক বোর্দ থেংহন্দনা চেক্লা য়েক্লিবা থাঙলোনগি লই পরেংসি কায়হন্দনা চৈতোনসিনা থাঙ হাইবগুম্না হাইগদবনী। হাইবা হৈরবা মতুংদা চৈ- মচাসিগি মহুত্তা থাঙ পায়রগা থাঙলোনগি খূৎলোন্দু শুনা থাঙ হাইবা তমগনী। তম্বসিদা ১বা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেৎলগা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।" লেপ্লা মতমদা তীঙ- য়াঙ চুম্না লেপ্লগা মায় খিক্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎয়েং সান্না (লাপ্লা) য়েংগনি মিৎ চেইবা য়াদে। লোয়ননা য়েৎথাঙনা য়েৎকি মাঙগি নাকন্দা ওয়থাঙনা ওয়গি মাঙগি নাকন্দা, খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খূৎ চেপ্লা থাঙ পায়গনী। থাঙতোন অনিমক লৈমায়দা লূকথদুনা খিক্তং ফেল্লেননা পায়রগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী। মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- মথক্তা য়েক্লিবা "য়েৎকি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমসিনী।" থাঙলোনগি খোঙচৎ- ১বা খোঙফমগা ২শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈখিবা অদুদগি, ১বা তেন্নাগি চৈশিংদগি হৌনা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদগি মথক্লোমদা লাইবক মপা চানা লীরুঙ শানা য়েৎকি থাঙতোন্না কোকতোন খরা হেন্না ২শুবা চৈশিং ফাওবা খূৎ চেপ্লা অদুম্মক থাঙ পায়রগা হাইগৎকনী। লোয়ননা নোংপোক্লোমদা থাঙতোন্না লৈমায় তম্না ফেল্লেননা হাইথরপ তৌনা লৈগনী।

খঙগদবা - *শিন্তাকপনা মহৈরোয়শিংদা থাঙগি খূৎপায় তাকপদা খূৎ চেপ্পু, উম্পু, শোংগু অসিনচিংবা কয়া তাক্লিবসি শিন্তাকপা খুদিংমক অমগা অমগা মান্নরবা ফাওবা খর- খরা খেৎনবা লৈনবা ঙাক্নী। খেৎনবা অসি লৈনরগসু থাঙ হাইরকপদা থাঙলোনগি অশেংবা শক্তমগি খোঙচেৎদি করিমত্তা সোয়নবা লৈতনা চপ মান্ননা চৎমিন্নরী। অদুনা মসিদা খোইনা খন্ননিংঙাই লৈতে।*

# ওয়গি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



ওয়গি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্কি থংনবা অনিশুবা লামায়দা য়াওরিবা য়েৎকি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা থাঙলোনগি শক্তমদু, ব্লেক বোর্দতা চোক্লা হান্না য়েক্লুগা তমখিবগুম্না হন্দকমুকসু অহুমশুবা লামায়সিগি মথক্তা য়েক্লিবা, "ওয়গি পরৈ চঙবা থাঙলোন তঙ্খায়"গি শক্তমসিগা চপ মান্ননা ব্লেক বোর্দতা চোক্লা, তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা তেঞ্জিনগি অরোয়বা ২শুবা চৈশিং ফাওবা হান্না খূৎ ওয়না য়েকপা হৈনবা তমগদবনী । হৈরবা মতুংদা খূবোম্মুক শাংবা চৈ মচা অমা খূৎ ওয়না থাঙগি খূৎপায়দা চেপ্পা পায়রগা চেক্কি মহুৎ শিন্দুনা, ব্লেক বোর্দ থেংহন্দনা চোক্লা য়েক্লিবা থাঙলোনগি লই পরেংসি কায়হন্দনা চৈতোনসিনা থাঙ হাইবগুম্না হাইগদবনী । হাইবা হৈরবা মতুংদা চৈ মচাসিগি মহুৎতা থাঙ পায়রগা থাঙলোনগি খূৎলোন্দু শুনা থাঙ হাইবা তমগনী।

তম্বসিদা ১বা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেৎলগা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লেপকনী।" লেপ্পা মতমদা তীঙ- য়াঙ চুম্না লেপ্লগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎয়েং সান্না (লাপ্পা) য়েংগনী, মিৎ চোইবা য়াদে। লোয়ননা য়েৎথাঙনা য়েৎকি মাঙগি নাকন্দা ওয়থাঙনা ওয়গি মাঙগি নাকন্দা, খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খূৎ চেপ্পা থাঙ পায়গনী। থাঙতোন অনিমক লৈমায়দা লূকথদুনা খিত্তং ফেল্লেননা পায়রগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী। মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- মথক্তা য়েক্লিবা "ওয়গি পরৈ চঙবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমসি হাইগনী।" থাঙলোনগি খোঙচৎ- ১বা খোঙফমগা ২শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ"তা নোংপোক ওল্লগা লৈখিবা অদুদগি, ১বা তেন্নাগি চৈশিংদগি হৌনা মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদগি মথক্লোমদা লাইবক মপা চানা লীরুঙ শানা ওয়গি থাঙতোন্না কোকতোন খরা হেন্না ২শুবা চৈশিং ফাওবা খূৎ চেপ্পা অদুম্মক থাঙ পায়রগা হাইগৎকনী। লোয়ননা নোংপোক্লোমদা থাঙতোন্না লৈমায় তম্না ফেল্লেননা হাইথরপ তৌনা লৈগনী।

# য়েৎকি পরৈ চঙবা তঙ্খায়গি থাঙলোনগা ওয়গি পরৈ চঙবা তঙ্খায়গি থাঙলোনগা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা ওইরকপা পরৈ চঙবা থাঙলোন মপূম নোংথাঙ লৈমা



য়েৎকি পরৈ চঙবা তঙ্খায়গি থাঙলোনসিগা ওয়গি পরৈ চঙবা তঙ্খায়গি থালোনসিগা, থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি মথক্তা তমদুনা হৈখ্রবনিনা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নদুনা থাঙলোন মপূম অমা ওইরকপগি থাঙহাইদুদি, মথক্তা য়েক্লিবা থাঙলোন মপূমগি শক্তমসি য়েংঙগা থাঙ হাইবদা য়াম্না লায়না হৈগনী। মসিদা তৌগদবা হায়ববু য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপা, মখাদা হাইথরকপা অনিসি চপ- চপ মান্নহল্লগা লোইরে। মরম অসিনা থাঙলোন মপূমসিগি থাঙহাইদু অমুক নৌনা তম্মুদ্রবসু য়াগনী।

**খূৎশু থাঙলেনগি অশাংবা -**

লানথাঙ ওইরবসু লৈতেংথাঙ ওইরবসু খূৎশু থাঙলেনগি অশাংবসি ময়ামগি ওইনা অরেপ্পা অমা নাইনা লৈরক্তে। মশা- মশাগি থগায়দা ওনগদবনী। ওনবা মতমদা মশাগি মপাঙ্গনগি মতুং ইন্না থগায়দগি খুদোল অমদগি অনি- অহুম ফাওবা তানা ওনগনী। য়াম্না তাঙনা থোকপদা থগায়দগি খিত্তং হেন্না ওনবসু য়াওই। অদুগা ময়ামদগি খূৎ কা হেন্না শাংবা মীওইগিদমক্তদি মহাক্কা ৱাংবা মান্নবা মীগি থগায়দা ওনগনী। থাঙ তেনমল্লবসু য়েংবদা নুংঙাইতবদা নত্তনা থাঙ হাইরকপদা হকচাংদা থাঙনা য়োম্বা ৱাৎলী। অপিকপা ফিম্না থুংদ-নমদা ইনবগুম্বনী। শাংমল্লবসু ফমথরগা হাইবা অকোনবা অরোয়বগি অথুবা থাঙহাইদা থাঙতোন্না লৈবাক্তা খেৎপা য়াওরকই। মিৎয়েংদা খ্বাইদগি ফজহনবা অমসুং হিরম খুদিংমক সোক্রা য়েংবদা অঙকপা পোকহনবা ওম্বদি ময়ায় ওইনা শাংবা থাঙদা হৈনবি থম্মগা হাইবা থাঙদুনী।

# পরৈ চঙবা ফুঙ্গা নূঙদুম মপি



**খোঙলোনগা থাঙলোনগা পুনসিন্নরগা শদিংদা খোঙ থাংদুনা অহানবা থাঙ হাইবা তম্বা হৌবা।**

**পরে চঙবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরে চঙবা মপূম নোংথাঙ লৈমনী।**

**পরে চঙবা ফুঙ্গা নূঙদুম মপি**-হায়রিবা খোঙলোন অসিদা থাঙ হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা নেৎলগা, "খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।" লেপ্পা মতমদা তীঙ- য়াঙ চুম্না লেপ্পগা মায় খিক্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎয়েং সান্না (লাপ্পা) য়েংগনি, মিৎ চেইবা য়াদে। লোয়ন- লোয়ননা য়েৎথাঙনা য়েৎকি মাঙগি নাকন্দা ওয়থাঙনা ওয়গি মাঙগি নাকন্দা, খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খূৎ চেপ্না থাঙ পায়গনী। থাঙতোন অনিমক লৈমায়দা লূকখদুনা খিক্তং ফেল্লৈননা পায়গনী। অদুদগি ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংজিল্লগা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা লেপকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরে চঙবা মপূম নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না নোংপোক ওল্লগা থাঙতোন অনিমক লৈমায়দা লূকখদুনা খিক্তং ফেল্লৈননা পায়রগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ হাইগৎলকপদুগা, ৩শুবা খোঙফম তম্না শদিংদা খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েক্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা খুৎনীং অনিমক খিক্তং ফন্দোক্তুনা লু- খিক্তং লূকখরগা নোংপোক ওনগনী।" অদুগা থাঙ পায়রিবা খূৎ অনিমক পক্লরগা (থেংনরগা) থাঙতোন অনিমক মথক্তা হাইগৎলপ তৌনা পায়রগা তাইবং মপুদা ওইরবসু ইমা লৈমরেন্দা ওইরবসু অপাম্বা অমা খল্লগা খূরমগনী। অকোনবদা শিন্তাকপা খূরমগনী। %১ খুরম্বা মতমদা য়াম্না শম্বা ৱাহৈদা অসুম্না খুরমগনী।

---

%১ অমখৎলকপদা ভায়রিবা থাঙবি শকোক শদিংগি মহৈরোয়সিংদি হৈক্রিবনিনা লাইগা শিন্তাকপগা খুরমদাইদা "যৌগন থাঙহাই" য়াওদনা খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওন্দুনা শদিংদা ইচম- চম্না লেপ্পগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরমগনী।

(১) তাইবং মপুনা কুবিয়ু।, (২) ইমা লৈমরেন্না কুবিয়ু। অমসুং (৩) শিন্তাকপনা কুবিয়ু।

খঙজিনগদবা- খোঙকাপ অমগি মকৈ থোংখোঙ পূময়ান্নচিংবা ফিরেপসিংদা অহানবদা খোঙ য়েৎ ওয়না লেপ্পিবা খোঙফমগি চৈশিংগা, খোঙলোনগি চৈশিংগা মশিং থীরকপদা তোঙান- তোঙান থীবা নত্রগা পূন্না থীবা অনিসি চৎনৈ।

# য়েৎকি থক্কি পরে হনবা টূ- হন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



**য়েৎকি থক্কি পৱে-হনবা টূ-হন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্কি থাঙলোন খুদিংমক ব্লেক বোর্দতা হান্না চোক্না য়েক্লগা তমখিবগুম্না, হন্দকমুকসু তরুকশুবা লামায়সিগি মথক্তা য়েক্লিবা, য়েৎকি থক্কি পৱে হনবা টূ-হন তঙ্খায়সিগি শক্তমসিগা চপ মান্ননা চোক্না ব্লেক বোর্দতা, তেন্নাদগি হৌনা তেঞ্জিন ফাওবা হান্না খূৎ য়েৎনা য়েক্পা হৈনবা তমগদবনী। হৈরবা মতুংদা খূবোম্মুক শাংবা চৈ মচা অমা খূৎ য়েৎনা থাঙগি খূৎপায়দা চেপ্পা পায়রগা চোক্কি মহুৎ শিন্দুনা, ব্লেক বোর্দ থেংনহন্দনা চোক্না য়েক্লিবা থাঙলোনগি লই পরেংসি কায়হন্দনা চৈতোনসিনা থাঙ হাইবগুম্না হাইগনী। হাইবা হৈরবা মতুংদা চৈ-মচাসিগি মহুৎতা থাঙ পায়রগা থাঙলোনগি খূৎলোন্দু শুনা থাঙ হাইবা তমগনী।

তম্বসিদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা নেৎলগা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লেপকনী।" মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না মথক্তা থারিবা মমিংঃ "য়েৎকি পৱে হনবা টূ-হন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমসিনী।" থাঙলোনগি খোঙচৎ-খূৎ য়েৎনা থাঙ চেপ্পা পায়রগা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা খূৎ য়েৎ লোংনা থাঙতোন লৈথরগা, ২শুবা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ লোংনা অমুক থাঙতোন লৈখৎলত্তুনা ৩শুবা চৈশিং য়ৌরকপদা, খূৎ চেপ্পা থাঙ পায়রগা থাঙতোন্না নোংপোক ওনগনী। ময়ানা লৈখা তম্না মাঙলোমদা ৩.৫গি চৈশিং য়ৌবা ফাওবা লৈথরক্কনী।

# ওয়গি থক্কি পৰে হনবা টৃ- হন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টূ - হন তম্থায় নোংথাঙ লৈমা**- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্কি থাঙলোন খুদিংমক ব্লেক বোর্দতা হান্না চোক্লা য়েক্লগা তমখিবগুম্না, হন্দকমুকসু তরেৎশুবা লামায়সিগি মথক্তা য়েক্লিবা ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টূ - হন তম্থায়সিগি শক্তমসিগা চপ মান্ননা চোক্লা ব্লেক বোর্দতা, তেন্নাদগি হৌনা তেঞ্জিন ফাওবা হান্না খূৎ ওয়না য়েকপা হৈনবা তমগদবনী । হৈরবা মতুংদা খূবোম্মুক শাংবা চৈ- মচা অমা খূৎ ওয়না থাঙগি খূৎপায়দা চেপ্লা পায়রগা চোক্কি মহুৎ শিন্দুনা, ব্লেক বোর্দ থেংহন্দনা চোক্লা য়েক্লিবা থাঙলোনগি লই পরেংসি কায়হন্দনা চৈতোনসিনা থাঙ হাইবগুম্না হাইগনী। হাইবা হৈরবা মতুংদা চৈ- মচাসিগি মহুত্তা থাঙ পায়রগা থাঙলোনগি খূৎলোন্দু শুনা থাঙ হাইবা তমগনী।

তম্বসিদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা নেৎলগা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লেপকনী।" মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না মথক্তা থারিবা মমিংঃ- "ওয়গি থক্কি পরৈহনবা টূ- হন তম্থায় নোংথাঙ লৈমসিনী।" থাঙলোনগি খোঙচৎ- খূৎ ওয়না থাঙ চেপ্লা পায়রগা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা মাঙগি ওয়গি নাক্কল্লোমদা খূৎ ওয় লোংনা থাঙতোন লৈথরগা, ২শুবা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ লোংনা অমুক থাঙতোন লৈখৎলক্কুনা ৩শুবা চৈশিং য়ৌরকপদা, খূৎ চেপ্লা থাঙ পায়রগা থাঙতোন্না নোংপোক ওনগনী। ময়ানা লৈখা তম্না মাঙলোমদা ৩.৫গি চৈশিং য়ৌবা ফাওবা লৈথরক্কনী।

**য়েৎকি থক্কি পরৈ হনবা টূ-হন তঙ্খায়গি থাঙলোনগা ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টূ-হন তঙ্খায়গি থাঙলোনগা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা ওইরকপা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরৈ হনবা টূ-হন মপূম নোংথাঙ লৈমা।**



**য়েৎকি থক্কি পরৈ হনবা টৃ-হন তঙ্খায়গি থাঙলোনসিগা ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টৃ-হন তঙ্খায়গি থাঙলোন**সিগা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি মথক্তা তমদুনা হৈখ্রবনিনা, থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নদুনা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরৈ হনবা টৃ-হন মপূম নোংথাঙ লৈমা শেম্মগা হাইবা থাঙহাইদুদি, মথক্তা য়েক্লিবা থাঙলোনসিগি শক্তমসি য়েংঙগা থাঙ হাইবদা য়াম্না লায়না হৈগনী। মরম অসিনা "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরৈ- হনবা টৃ- হন মপূম নোংথাঙ লৈমা" থাঙহাইসি অমুক নৌনা তম্মুদ্রবসু য়াগনী। মসিদা তৌগদবা হায়ববু খূৎ য়েৎ লোংনা থাঙতোন লৈথরকপা, খূৎ লোংনা থাঙতোন লৈখৎলকপা, অরোয়বগি ৩.৫গি চৈশিংদা থাঙ ময়ানা লৈথরকপা অহুমসি থাঙ অনিমক চপ- চপ মান্নরগা লোইরে। তম্বগি মহুক্তা খঙহন্নিংবা অমনা থাঙহাই তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা ওইরকপা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরৈ হনবা টৃ- হন মপুম নোংথাঙ লৈমসি, শিজিন্নরকপদা শিজিন্নফম মান্নদবগি মতুংইন্না মমিং মখল খরা লৈ।

মদুদিঃ লেপ্পা, খরা পাকথবা, য়াম্না পাকথবা অসিনচিংবা লৈথক্তা লেপ্পা ফিরেপশিংদা শিজিন্নরগনা "থক্কি" হায়বা ৱাহৈসি হাপকনী। অদুগা ফম্বা অমসুং খুকউ লৈতাবনচিংবা লৈখাদা লৈবা ফিরেপশিংদা শিজিন্নরগনা "খাগি" হায়বা ৱাহৈসি হাপকনী। মদুদি- "পরৈ হনবা মপূমসিদা শিজিন্নরগনা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ- হন নোংথাঙ লৈমা কৌই"। অদুগা মাঙগি য়েৎকি খুকউ লৈতাবা থোংখোঙ ফিরেপ্তা শিজিন্নরগনা "মাঙগি য়েৎকি খাগি খুকউ লৈতাবা থোংখোঙ ফিরেপ কৌই।" অসিনচিংবা।

# য়েৎকি থক্কি পরৈ হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা



**য়েৎকি থক্কি পরে হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা** - হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্কি তরুকশুবা লামায়দা হাইখিবা (য়াওখিবা) য়েৎকি থক্কি পরে হনবা টূ- হন তঙ্খায় থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্কি অরোয়বা ৩.৫গি চৈশিংদা য়েৎথাঙগি থাঙতোন্না লৈমায় তম্না লৈথরগা নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পগা লোইদুনা লৈখিবা অদুগি মখা শমথদুনা (%১) অদুম্মক লৈমায় তম্না লৈথরকপগা লোয়নননা য়েৎলোমদা থাঙতোন খরা হাইদোক্লগা ৪শুবা চৈশিং ফাওবা লৈথরক্কনী । লৈথরক্লিবসিগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা (মখারোমদা) খূৎ ঊপ্প- ঊপ্না থাঙতোন লৈথোক্তুনা চাওলৈ- লৈদুনা হাইরম্মগা ৪.৫গি চৈশিং য়ৌরকপদা তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্কনী। অদুগা ৫শুবদা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি খ্বাং তম্না থাঙ হাইগৎলক্তুনা ৫.৫গি চৈশিং য়ৌবদা খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈন্না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা য়েপসিনগনী। তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা ওয়থাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

খঙজিনগদবা- (%) *"য়েৎকি থক্কি পরে হনবা টূ-হন তঙ্খায়" থাঙ্লোনসিগি অরোয়বা ৩.৫গি চৈশিংদা, থাঙতোন্না লৈমায় তম্না লৈথরগা নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পগা লৈখিবদুগি মখা শমথরক্লিবা, থাঙলোনসিগি মমিং "য়েৎকি থাগি পরে হনবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা কৌই।" মথক্কি হান্নগি য়েৎকি থক্কি পরে হনবা টূ-হন তঙ্খায়গি থাঙলোনসিদা মখা শমথরক্লিবা, য়েৎকি থাগি পরে হনবা টূ- হন তঙ্খায় থাঙলোনসিগা, থাঙলোন তঙ্খায় অনি পূনসিন্নরিবসিগি মমিং "য়েৎকি পরে হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা কৌই।"*

%২ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম-অরাং মান্নহনগনী । অদুগা থাঙখোক্লা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা** - হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্কি তরেৎশুবা লামায়দা হাইখিবা (য়াওখিবা) ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টৃ- হন তঙ্খায় থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্কি অরোয়বা ৩.৫গি চৈশিংদা ওয়থাঙগি থাঙতোন্না লৈমায় তম্না লৈথরগা নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পগা লোইদুনা লৈখিবা অদুগি মখা শমথদুনা (%১) থাঙতোন্না লৈমায় তম্না অদুম্মক লৈথরকপগা লোয়ননা ওয়রোমদা থাঙতোন খরা হাইদোক্লগা ৪শুবা চৈশিং ফাওবা লৈথরক্নী। লৈথরক্লিবসিগা ঈরোয়ননা ওয়রোমদা (অৱাংলোমদা) খূৎ উপ্ল-উপ্না থাঙতোন লৈখোক্তুনা চাওলৈ- লৈদুনা হাইরম্মগা ৪.৫গি চৈশিং য়ৌরকপদা ওয়গি তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্নী। অদুগা ৫শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি খ্বাং তম্না থাঙ হাইগৎলক্তুনা ৫.৫গি চৈশিং য়ৌবদা খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈন্না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা য়েপসিনগনী। %২ অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

খঙজিনগদবা (%১) মথক্কি ৭শুবা লামায়দা য়াওখিবা "ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টৃ - হন তঙ্খায়" থাঙলোন্দুগি অরোয়বা ৩.৫গি চৈশিংদা থাঙতোন্না লৈমায় তম্না লৈথরগা নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পগা লৈখিবদুগি মখা শমথরক্লিবা, থাঙলোনসিগি মমিং "ওয়গি খাগি পরৈ হনবা তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা কৌই।" মথক্কি হান্নগি ওয়গি থক্কি পরৈ হনবা টৃ - হন তঙ্খায়গি থাঙলোনসিদা শমথরক্লিবা, ওয়গি খাগি পরৈ হনবা টৃ- হন তঙ্খায় থাঙলোনসিগা, থাঙলোন তঙ্খায় অনি পূনসিন্নরিবসিগি মমিং "ওয়গি পরৈ হনবা মপূম নোংথাঙ লৈমা কৌই।"

---

%২ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্না থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# পরৈ হনবা ফূঙ্গা নূঙদুম মপি



**খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা শদিংদা খোঙ থাংদুনা অনিশুবা থাঙ হাইবা তম্বা।**

**পরৈ হনবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি পরৈ হনবা টৃ-হন নোংথাঙ লৈমনী।**

**পরৈ হনবা ফূঙ্গা নৃঙদুম মপি** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কি ১২শুবা লামায়দা য়াওখিবা "পরৈ চঙবা ফূঙ্গা নৃঙদুম মপি" খোঙলোন্দুগি ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংঙগা মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্পা নোংপোক ওল্লগা "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি পরৈ চঙবা থাঙলোন মপূম নোং থাঙ লৈমা থাঙলোন"গা লোয়ননা লাইগা শিন্নাকপগা খুরম্মগা লোইখিবনী। মদুগি মখা শমথরকপা (তারকপা) অসিদা হন্দকমুক্তা পরৈ হনবা ফূঙ্গা নৃঙদুম মপি খোঙলোন অসিগি ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোকপগা লোয়ননা হান্নগি "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা হঞ্জিন্দুনা লেপকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি পরৈ হনবা টৃ-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা লাইবক মপাদা থাঙ অনিমক থম্মগা (পায়রগা) লাইগা শিন্নাকপগা খুরম্মগা লৈরম্বা অদুদগি, শদিংদা তুংহন্ননা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাংদোক্লকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ-হন্দা অহানবা থাঙ লৈথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা অনিশুবা লৈথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা ওয়থাঙনা মাঙগি ওয়গি নাকন্দা খূৎ কোল্লপ তৌনা থাদদুনা থাঙতোন্না নোংপোক ওন্দুনা পায়রগা খোঙ লেঙদনা লেপ্পুনা লৈগনী। পম্বদনা য়েৎকি থক্কি পরৈ হনবা টৃ-হন তম্ফায়দা য়েৎকি খাগি পরৈ হনবা তম্ফায় শমথদুনা য়েৎথাঙগি পরৈ হনবা মপূম তারগা য়েৎকি তুংগি খাংদা থাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। %১লোয়ননা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ"তা (%২) নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।

---

%১ য়েপসিনবা মতমগা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম-অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্কা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহগনী।

%২ খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ হায়রিবা অসিগি মমিংসি নত্তবা অতোপ্পা মমিং অমনা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ শদিং ফিরেপ কৌই।"

# য়েৎকি খাগি কারন তম্খায় নোংথাঙ লৈমা



য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী । মখা তারকপা অসিদা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেত্তুনা লেপ্লগা খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা, থাঙলোনসিগি তেন্নাগি ১বা চৈশিংদা খূৎ য়েৎনা থাঙ চেপ্না পায়রগা ওয়রোমদা খূৎ খর- খরা উপথরত্তুনা থাঙ হাইথরকপগা লোয়ননা, ২শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমউপ-উপথরত্তুনা ওয়রোমদা লৈমায় তম্না ফেল্লেননা থাঙ হাইথগনী।

মসিদগি অমুক ওয়রোমদগি মথক্লোমদা থাঙ লৈখৎলকপগা লোয়ননা খূৎ খর- খরা লোংখৎলত্তুনা, ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদগি মথক্লোমদা থাঙ লৈখৎলকপগা লোয়ননা খূৎ খর- খরা লৈখৎলত্তুনা ৫.৫গি চৈশিং য়ৌবদা, খূৎ উপথরপ তৌনা থাঙ পায়দুনা থাঙতোন্না ওয়রোমদা হাইদোক্লপ তৌরগা থাঙতোন খিত্তং লূকথবগা লোয়ননা হকচাংনা নোংপোক ওনগনী।

# ওয়গি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি খাগি কারন তম্খায় নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা ১বা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেত্তুনা লেপ্লগা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা, থাঙলোনসিগি তেন্নাগি ১বা চৈশিংদা খূৎ ওয়না থাঙ চেপ্লা পায়রগা য়েৎলোমদা খূৎ খর- খরা উপথরত্তুনা থাঙ হাইথরকপগা লোয়ননা, ২শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমউপ-উপথরত্তুনা য়েৎলোমদা লৈমায় তম্না ফেল্লেননা থাঙ হাইথগনী।

মসিদগি অমুক য়েৎলোমদগি মথক্লোমদা থাঙ লৈখৎলকপগা লোয়ননা খূৎ খর- খরা লোংখৎলত্তুনা, ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংগনী। হন্দকমুক্তা ওয়রোমদগি মথক্লোমদা থাঙ লৈখৎলকপগা লোয়ননা খূৎ খর- খরা লৈখৎলত্তুনা ৫.৫গী চৈশিং য়ৌবদা, খূৎ উপথরপ তৌনা থাঙ পায়দুনা থাঙতোন্না য়েৎলোমদা হাইদোক্লপ তৌরগা থাঙতোন খিত্তং লূকখথবগা লোয়ননা হকচাংনা নোংপোক্তা ওনগনী।

# য়েৎকি খাগি কারন মপূম নোংথাঙ লৈমা

নোংপোক
নোংপোক্না মায়ওন্নী
চীঙখৈ
মৈরম
১
৫.৫
১.৫
৩.৫
৩
৪
৬
৫
অৱাং
২
খা
৪.৫
২.৫
৬.৫
২শুবা ওয়
১বা য়েৎ
৮
থাঙতোন
থাঙখোক
তুংগী খ্বাংদা থাঙ ফৈনা য়েপসিনবা
৭
৭.৫
কুব্রু
সম্লোঙ
নোংচুপ


থাঙহাইরোল

**য়েৎকি খাগি কারন মপূম নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী । মখা তারকপা অসিদা মথক্কি খোঙলোন্দা ১বা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেত্তুনা লেপ্লগা খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা মথক্কি অরোয়বা ৫.৫গি চৈশিংদা ওয়রোমদা থাঙতোন খিত্তং লূকখরগা লেপ্তুনা লৈখিবা অদুদগি "য়েৎকি খাগি থাঙলোন তঙ্খায়" অমগা মখা শমথদুনা "য়েৎকি খাগি কারন মপূম নোংথাঙ লৈমা" শেম্নবগিদমক্তা ৬শুবা চৈশিং ফাওবা থাঙ লৈথরক্কনী।

লৈথরক্লিবসিগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা খিত্তং লৈথোক্লগা ৬.৫গি চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা খূৎ উপ্না পায়রগা, য়েৎলোমদা অদুম্মক থাঙতোন লৈথোক্তুনা মখারোমদা চাওলৈ-লৈদুনা হাইরম্মগা ৭শুবা চৈশিংদগি হৌনা, তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্কনী। অদুগা ৭.৫গী চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি খ্বাং তম্না থাঙ হাইগৎলত্তুনা ৮শুবা চৈশিং য়ৌবদা খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈনা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা য়েপসিনগনী। %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্না ওয়থাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। থাঙখোক্কা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি খাগি কারন মপূম নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি খাগি কারন মপূম নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী । মখা তারকপা অসিদা মথক্কি খোঙলোন্দা ১বা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না নেত্তুনা লেপ্লগা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা অরোয়বা ৫.৫গি চৈশিংদা য়েৎলোমদা থাঙতোন খিত্তং লূকথরগা লেপ্তুনা লৈখিবা অদুদগি "ওয়গি খাগি থাঙলোন তঙ্খায়" অমগা মখা শমথদুনা "ওয়গি খাগি কারন মপূম" নোংথাঙ লৈমা শেম্লবগিদমক্তা ৬শুবা চৈশিং ফাওবা লৈথরক্কনী ।

লৈথরক্লিবসিগা ঈরোয়ননা ওয়রোমদা খিত্তং লৈথোক্লগা ৬.৫গি চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা খূৎ উপ্লা পায়রগা, ওয়রোমদা অদুম্মক থাঙতোন লৈথোক্তুনা অৱাংলোমদা চাওলৈ- লৈদুনা হাইরম্মগা ৭শুবা চৈশিংদগি হৌনা, তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্কনী । অদুগা ৭.৫গি চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি খ্বাং তম্না থাঙ হাইগৎলক্তুনা ৮শুবা চৈশিং য়ৌবদা খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈম্না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা য়েপসিনগনী । %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্লা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। থাঙখোক্লা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ফূঙ্গা নূঙদুমদা ওয়গি মাঙগি খোঙফম অমগি খোঙচোং খোঙলোন



অহানবদা খঙগদবা খোঙফম লৌসিনবা- মথক্কি ২৪শুবা লামায়দা য়াওখিবা "পরৈহনবা ফূঙ্গা নূঙদূম খোঙলোন্দুদা শদিংদা থাংখিবা খোঙসি য়েংখক্তনী। খোঙ ওয়দি থাংখিদে হায়দুনা "ফুঙ্গা নূঙদুমদা ওয়গি মাঙগি খোঙফম অমগি খোঙচোং খোঙলোন" সিদা য়েংখক্তা লেপ্লা য়াদবনিনা হান্নগি মথক্কি **২শুবা ওয়**গি খোঙফমসি অমুক হন্না লৌসিনবনী ।

ওয়গি ফূঙ্গা নূঙদুমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "ওয়গি খাগি কারন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা অহুমশুবা থাঙ হাইবা তম্না।

ফূঙ্গা নূঙদুমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "ওয়গি খাগি কারন নোংথাঙ লৈমনী।"

**ফূঙ্গা নূঙদুমদা ওয়গি মাঙগি খোঙফম অমগি খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কি লামায় ২৪শুবদা য়াওখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী । মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা**২শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্না অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা খোঙ ওয়না ১বা খোঙফমদা তাগনী । খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি কারন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না নোংপোক ওল্লগা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা লৈরম্না অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংখৎলগা, ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী ।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি ওয়গি থক্কি শদিং উরোক ফিরেপ্পা নোংপোক ওনগনী।" মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা মথং- মথং লৈদুনা হাইরকপদা অহুমশুবা থাঙ লৈথবি য়ৌরকপদা মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদা থাঙ লৈদুনা পুসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈন্না য়েপসিনগনী। %১ অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্না য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্লা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম-অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন



অহানবদা খঙগদবা- মথক্কি থংনবা ৩৪শুবা লমায়দা য়াওখিবা "ফুঙ্গা নূঙদুমদা ওয়গি মাঙগি খোঙফম অমগি খোঙচোং খোঙলোনদা চোংখিবা খোঙসি ওয়খক্তনী। খোঙ য়েৎতি চোংখিদে হায়দুনা "য়েৎকি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং" খোঙলোনসিদা ওয়খক্তা লেপ্পা য়াদবনিনা হান্নগি মথক্কি ৪শুবা য়েৎকি খোঙফমসি অমুক হন্না লৌসিনবনী।

খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা মরিশুবা থাঙ হাইবা তম্বা।

য়েৎকি ফুঙ্গা নূঙদুমসিদা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১) "য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমনী।"

**ফুঙ্গা নূঙদুমদা য়েৎকি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৪শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, ১বা খোঙফমগা ২শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎলগা নোংপোক ওল্লগা লেপকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায়নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না "মাঙগি ওয়গি থক্কি শদিং উরোক ফিরেপ"তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা অদুম্মক হকচাং লৈবগা ঈরোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়রোমদগি লৈদুনা মথক্লোমদাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়রোমদগি মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা লৈদুনা হাইরকপদা, অহুমশুবা থাঙ লৈথবি য়ৌরকপদা য়েৎকি মাঙগি নাকল্লোমদা য়েৎথাঙ লৈদুনা পুসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা থাঙ ফৈম্না য়েপসিনগনী। %১ অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা ওয়থাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোন্না লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম অরাং মান্নহগনী। থাঙখোক্কা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন



খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা মঙাশুবা থাঙ হাইবা তম্বা।

ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "ওয়গি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা ওয়** -গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি লৈকাঙ অচৌবদা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় লৈদুনা থাঙ্গনী। খোঙ ওয়না থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিগা ২শুবা খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লৈকাঙ অচৌবদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় লৈদুনাথাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হৃন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা য়েৎলোমদগি মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎলোমদগি মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা লৈদুনা হাইরকপদা অহুমশুবা থাঙ লৈথবি য়ৌরকপদা, মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদা ওয়থাঙ লৈদুনা পূসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা থাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। %১ অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফৈল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোকলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোল্লোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা চপ মান্নহগনী।

# য়েৎকি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমা



**য়েৎকি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমা** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিগি অহানবা থাঙ হাইবা হৌরমদাইদা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্লা নোংপোক ওনগনী।" লোয়নন মাঙগিয়েৎকি নাকন্দা থাঙতোন্না লৈমায়দা লূকথদুনা ফেল্লেননা খূৎ য়েৎনা থাঙ চেপ্পা পায়গনী। মদুদগি থাঙতোন্না তেন্না তম্না হাইগৎলক্কনী। অদুগা খুবিগা খুদোম্বিগা চপ্তুনা থাঙ পায়রগা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ খর- খরা লোংখৎলকপগা লোয়নননা, য়েৎকি নাকল্লোমদা থাঙতোন লৈথরক্তুনা ৩শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংগনী। খূৎ লোংঙম্বদগি অমুক খরা- খরা চেপখৎলকপগা লোয়নননা ওয়রোমদগি মথক্লোমদা, থাঙতোন লৈখৎলক্তুনা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ- চেপখৎকনী। মতৌ অসুম্না থাঙ অহুমলক লৈদুনা হাইরম্মগা ১৩শুবা চৈশিং য়ৌরকপদগি হৌনা, খুবিগা খুদোম্বিগা চপ্তুনা থাঙ পায়গনী।

মসিদগি য়েৎকি নাকল্লোমদা ১৫শুবা চৈশিং য়ৌরমদাই ফাওবা খূৎ লোংনা থাঙতোন লৈথরক্কনী। অদুগা ১৫শুবা চৈশিংদগি হৌনা মথক্লোমদা খূৎ খর- খরা চেপখৎলক্তুনা ১৭শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ- চেপখৎকনী। লোয়নননা ১৭শুবা চৈশিংদগি হৌনা য়েৎকি নাকন্দা লৈমায় তম্না অমুক থাঙতোন লৈথরক্কনী। লৈথরক্লিবা থাঙতোনদুনা ১৮.৫গি চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা য়েৎলোমদা থাঙতোন খিত্তং লৈথোক্কনী। অদুদগি ১৯শুবা চৈশিংদগি হৌনা য়েৎলোমদা (মখারোমদা) চাওলৈ- লৈদুনা হাইরম্মগা ১৯.৫গী চৈশিংদগি হৌনা তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্কনী। মথংসিৎনা ২১শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি মথক্লোমদা থাঙ হাইগৎলক্কগা, ২২শুবা চৈশিংদা য়েৎথাঙনা তুংগি খ্বাংদা ফৈন্না য়েপশিনগনী। %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা ওয়থাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লোমনা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোনলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ শদিং খোঙচোং খোঙলোন



খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা তরুকশুবা থাঙ হাইবা তম্বা।

ওয়গী খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) য়েৎকী খাগী কারন মপুম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচং শদিং খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্কি ৩৮শুবা লামায়দা য়াওখিবা "ওয়গি খোঙফম অনিগি লৈকোয় খোঙচোং" খোঙলোনদুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ১বা ওয়গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা; ওয়গি খোঙহন অচৌবদা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙ ওয়না থাংঙিবা ১বা খোঙফমসির্দাগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুন্নক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি কারন মপুম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুন্নক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুন্নক লৈদুনা হাইগনী। (হৈরবদি অহুন্নক্তগি মশিং হেন্না লৈদুনা হাইবা য়াই।) খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা য়েৎথাঙনা তুংগি খ্বাংদা থাঙ ফৈনা য়েপসিল্লগা ওয়থাঙনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফৈল্লেননা পায়দুনা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, খোঙহন অচৌবদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওই থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা লৈদুনা হাইথরকপদ্দা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্নুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু মখা তানা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসির্দাগিদি খোঙ চোংদনা নোংপোক ওল্লগা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা হাইরকপদা য়েৎকি ৩শুবা থাঙ হন্দুনা লৈথবি য়ৌরকপদা, মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা থাঙ লৈদুনা পুসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা থাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা ওয়থাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফৈল্লেননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্তা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অরাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোকলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপদুগা থাঙতোনলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপদুগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমা** - হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিগি অহানবা থাঙ হাইবা হৌরমদাইদা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা নোংপোক ওনগনী।" লোয়ননা মাঙগি ওয়গি নাকন্দা থাঙতোন্না লৈমায়দা লূকথদুনা ফেল্লৈননা খূৎ ওয়না থাঙ চেপ্পা পায়গনী। মদুদগি থাঙতোন্না তেন্না তম্না হাইগৎলক্কনী। অদুগা খুবিগা খুদোম্বিগা চপ্পুনা থাঙ পায়রগা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ খর-খরা লোংখৎলকপগা লোয়ননা, ওয়গি নাকল্লোমদা থাঙতোন লৈথরক্তুনা ৩শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংগনী। খূৎ লোংঙম্বদগি অমুক খর-খরা চেপখৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদগি মথক্লোমদা, থাঙতোন লৈখৎলক্তুনা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ-চেপখৎকনী।

মতৌ অসুম্না থাঙ অহুম্লক লৈদুনা হাইরম্মগা ১৩শুবা চৈশিং য়ৌরকপদগি হৌনা, খুবিগা খুদোম্বিগা চপ্পুনা থাঙ পায়গনী। মসিদগি ওয়গি নাক্কলোমদা ১৫শুবা চৈশিং য়ৌরমদাই ফাওবা খূৎ লোংনা থাঙতোন লৈথরক্কনী। অদুগা ১৫শুবা চৈশিংদগি হৌনা মথক্লোমদা খূৎ খর- খরা চেপখৎলক্তুনা ১৭শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পুমচেপ-চেপখৎকনী। লোয়ননা ১৭শুবা চৈশিংদগি হৌনা ওয়গি নাকন্দা লৈমায় তম্না অমুক থাঙতোন লৈথরক্কনী। লৈথরক্লিবা থাঙতোনদুনা ১৮.৫গি চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা ওয়রোমদা থাঙতোন খিত্তুং লৈথোক্কনী। অদুদগী ১৯শুবা চৈশিংদগি হৌনা ওয়রোমদা (অৱাংলোমদা) চাওলৈ-লৈদুনা হাইরম্মগা, ১৯.৫গি চৈশিংদগি হৌনা তুংলোমদা থাঙ লৈসিল্লক্কনী। মথংসিংনা ২১শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা তুংগি মথক্লোমদা থাঙ হাইগৎলক্লগা, ২২শুবা চৈশিংদা য়েৎথাঙনা তুংগি খ্বাংদা ফৈনা য়েপসিনগনী। %১ অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্পুনা লৈরম্বা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লৈননা পায়গনী।

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোকলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোনলোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ শদিং খোঙচোং খোঙলোন



**খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা তরেৎশুবা থাঙ হাইবা তম্বা ।**

**য়েৎকী খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১) ওয়গী খাগী কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী ।

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচং শদিং খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা য়েৎকি খোঙহন অচৌবদা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। খোঙ য়েৎনা থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "ওয়গি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। (হৈরবদি অহুম্লক্তগি মশিং হেন্না হাইবা য়াই।) খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা য়েৎথাঙনা তুংগি খ্বাংদা থাঙ ফৈন্না য়েপশিল্লগা ওয়থাঙনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়দুনা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, খোঙহন অচৌবদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু মখা তানা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা নোংপোক ওল্লগা লেপ্তুনা লৈরগা, থাঙদি লেপ্তুনা হাইরকপদা ওয়গি ৩শুবা থাঙ হন্দুনা লৈথবি য়ৌরকপদা, মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদা থাঙ লৈদুনা পুসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈন্না য়েপসিনগনী। %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা হান্না য়েপ্তুনা লৈরম্বা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়গনী।

---

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অরাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপদুগা থাঙতোল্লোম্না হকচাংদগি হেন্দোকপদুগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# য়েংকি ফূঙ্গা নূঙদুম শদিং খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা নিপানশুবা থাঙ হাইবা তম্বা।

**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১) য়েৎকি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।**

**য়েৎকি ফুঙ্গা নূঙদুম শদিং খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা, হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদুদা থাঙ অমুক্তং লৈদুনা হাইগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদসু "য়েৎকি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা য়েৎলোমদা হকচাং চেপ্তুক তৌদুনা নোংপোক্তা মায় চেপ্না য়েংঙগা থাঙ লেপ্তুনা হাইরকপদা, ৩শুবা থাঙ হন্দুনা লৈথবি য়ৌরকপদা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা থাঙ লৈদুনা পুসিল্লগা তুংগি খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈন্না য়েপসিনগনী। %১অদুগা হান্না ওয়গি তুংগি খ্বাংদা ফৈন্না য়েপসিল্লগা লৈরম্বা ওয়থাঙদুনা মাঙদা ফেল্লেননা থাঙতোন হাইগৎনা পায়গনী।

---

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্লা থাঙতোনগা অনিসি লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম-অমাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# য়েৎকি ফৃঙ্গা নৃঙদুম শদিং খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**খোঙলোনগা থাঙলোনগা পূনসিন্নরগা মাপনশুবা থাঙহাইবা তম্বা।**

**য়েৎকী ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) ওয়গি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।

**য়েৎকি ফুঙ্গা নূঙদুম শদিং খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা অহানবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মায়না নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক লৈরগা ৪শুবা খোঙফমগা ৫শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি কারন মপূম অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না ওয়থাঙনা মাঙদা থাঙতোন হাইগৎনা ফেল্লেননা পায়দুনা য়েৎলোমদা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হাইগথরক্লিবা ওয়থাঙদু অমুক্তং হন্দুনা লৈথগনী। হন্দুনা লৈথরিবা ওয়থাঙদুনা লখৎলকপগা, তুংগি খ্বাংদা য়েপ্তুনা লৈরিবা য়েৎথাঙদু মাঙদা পুথোক্লকপগা; অনিসি মান্নহনবগা ঈরোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরমগনী।"

অহানবা খণ্ডগদবা-

থাওহাইরোলগী মনুংদা লৈরিবা খোঙলোন পুম্নমকসি য়েকপদা খোঙ য়েং- ওয়না লেপ্লুনা লৈরিবা খোঙফমসিংদা ওন্নিবা মায়ওনসিং অসি হোংদোক্লিংবা কয়া লৈরবসু তম্বা মতমদদি য়েক্লিবা খোঙফম অদুদা লোপ্লিবা মায়ওন অদুগী মতুং ইন্না করিমত্তা শোয়নবা লৈতনা কায়দনা অদুম্মক তমগদবনী। হৈরবা মতুংদা তম্বদা চোংখিবা খোঙচোংগী শক্তমশিং অদুদি করিমত্তা কায়হন্দনা চোংঙগা চোংঙক- চোংঙকপা খোঙফম খুদিংগী ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াই। মসি খোঙলোন অমসুং খোঙফমগী হৌনশানী। অদুম্নদি ওইরগা ওন্নিং- ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াদবা মশাগী ওইনা অরেপ্পা মায়কৈ অমদা ওন্দুনা লৈবা খোঙফম কয়া অমসু লৈরি। মায়ওন হোংদোক- হোংজিন তৌবা য়াদবসিং অসিদি মশাগী চপ চানা ওনগদবা মায়কৈদা মায়ওন চুপ্পা শেম্লিংঙাই লৈতনা ফজনা খোঙফম চেংনা লৈখ্রবনিনা মসিদা থোইদোক্লা মিংয়েং চঙনিংঙাই লৈতে।

# য়েৎকি খোঙকাপ মফৈ অমগি পরৈ চঙবা ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙচৎ (খোঙথাং) খোঙলোন



> যেৎকি পবৈ চঙবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পরৈ চঙবা মপৃম নোংথাঙ লৈমনী।"

য়েৎকি খোঙকাপ মফৈ অমগি পরৈ চঙবা ফৃঙ্গা নৃঙদুম খোঙচৎ (খোঙথাং) খোঙলোন অসিদা পবৈ চঙঙমদাইদা খোঙ যেৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা নেৎসগা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পৃময়ান ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।" লেপ্পা মতমদা তীঙ- য়াঙ চুম্না লেপ্পগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎয়েং সান্না (লাপ্পা) য়েংগনী, মিৎ চোইবা য়াদে। লোযন লোযননা য়েৎথাঙনা য়েৎকি মাঙগি নাকন্দা ওয়থাঙনা ওয়গি মাঙগি নাকন্দা খৃৎ অনিমক চপ তিংনা থাদরগা খৃৎ চেপ্পা থাঙতোন অনিমক লৈমাযদা লৃকথদুনা খিত্তং ফেল্লেননা পাযগনী। অদুদগি ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংজিল্লগা মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিবেপ্তা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা লেপকনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পবৈ চঙবা মপৃম নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না নোংপোক ওল্লগা থাঙতোন অনিমক লৈমাযদা লৃকথদুনা খিত্তং ফেল্লেননা পাযবগা লৈবম্বা অদুদগি, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা, খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা শদিংদা থাংজিল্লগা নেৎথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিবেপ্তা খৃৎনিং অনিমক খিত্তং ফন্দোক্তুনা লু- লৃকথবগা নোংপোক ওনগনী।" অদুগা থাঙ পাযাবনা খৃৎ অনিমক পক্লবগা (থেংনবগা) থাঙতোন অনিমক মথক্তা হাইগৎলপ তৌনা ফেল্লেননা পাযবগা, তাইবং মপুদা ওইববসু ইমা লৈমরেন্দা ওইববসু অপান্বা অমা খল্লগা খুবমগনী। অকোনবদা শিন্তাকপা খুরুমগনী। খুবম্বা মতমদা য়াম্না শম্বা ৱাহৈদা অসুম্না খুরমগনী।

মদুদি (১) তাইবং মপুনা কুবিযু।
(২) ইমা লৈমবেন্না কুবিযু।
(৩) শিন্তাকপনা কুবিযু।

খুরুম্বা লোইরগা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা শদিংদা থাঙ হন্দুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা হান্না লৈরম্বা (লেপ্লম্বা) "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পৃময়ান ফিরেপ্তা হঞ্জিন্দুনা লেপ্পগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।"

খঙহনজনিংবা অমনা- "লাইগা শিন্তাকপগা খুরম্বা লোইরগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপা অদুদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু- হন নোংথাঙ লৈমা হাইবসু য়াই। হাইগে হায়রবদি শিন্তাকপনা তম্বিগদবনী।"

# য়েৎকি খাগি ইরৈ তম্খায় নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন



**য়েৎকি খাগি ইরৈ তন্থায় নোংথাঙ লৈমা**- হায়রিবা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা, খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্পগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা য়েৎকি নাকন্দা য়েৎকি খূদাং কোল্লপ তৌনা থাদরগা খূৎ য়েৎনা থাঙ চেপ্পা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়গনী। মতৌ অসুম্না তেন্নাগি ১বা চৈশিংদসু থাঙ চেপ্পা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়রম্বদগি খূৎ উপ্পগা ওয়রোমদা থাঙতোন খিত্তং লৈদুনা হাইগনী। ওয়রোমদগি অমুক মথক্লোমদা খূৎ খর-খরা চেপখৎলক্তুনা থাঙতোন লৈদুনা হাইগৎলকপদা, ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ-চেপখৎলগা থাঙতোন য়ুংখৎলপ তৌনা ফেল্লেননা থাঙ পায়গনী।

পন্থদনা খূদক্তা য়েৎলোমদা লৈখা তন্না খূৎ খর-খরা লোংখৎলকপগা লোয়ননা থাঙতোন লৈথরক্তুনা ৬শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংনা থাঙ পায়রগা, থাঙতোন্না ওয়রোমদা হাইদোক্লা লৈরম্মগা হকচাংলোমদা অমুক লৈসিল্লক্কনী। মসিদগি অমুক খূৎ খর-খরা উপথরকপগা লোয়ননা থাঙতোন লূকথরপ তৌরগা য়েৎলোমদা লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা য়েৎথাঙদুনা ৮.৫গি চৈশিংদগি হৌনা মথক্তা থাঙ খিত্তং হাইগৎলগা ৯শুবা চৈশিংদা, থাঙতোন খিত্তং লূক্লা থাঙ চেপ্পা পায়দুনা হকচাংনা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা নোংপোক চীঙখৈদনা থাঙতোন ওনগনী।

খঙজিনগদবা- থাঙলোন খুদিংমক থাঙ পায়বদা খূৎ চেপ্পা, উপ্পা, লোংবা হায়দুনা তাক্লিবা পূম্নমকসি মী-মীগি খেৎনবা খর-খরা লৈনবনিনা খরদি সোয়নফম থোকই। অদু ওইরবসু থাঙ হাইরকপদা থাঙলোনগি অশেংবা শক্তমসিংদু করিমত্তা খেৎনবা লৈতনা চপ-চানা তামিন্নরকপনিনা মসিদা থোইনা খন্ন-নৈননিংঙাই লৈতে।

# য়েৎকি খাগি ইরৈ তম্খায়দা ওয়থাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন



**য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায়দা ওয়থাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা ওয়গি নাকন্দা ওয়গি খূদাং কোল্লপ তৌনা থাদরগা খূৎ ওয়না থাঙ চেপ্পা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়গনী। মতৌ অসুম্না তেন্নাগি ১বা চৈশিংদসু থাঙ চেপ্পা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়রম্বদগি খূৎ লোংনা ওয়রোমদা থাঙতোন খিত্তং লৈদুনা হাইরগা ওয়রোমদগি অমুক মথক্লোমদা, খূৎ খর- খরা চেপখৎলক্তুনা থাঙতোন লৈদুনা হাইগৎলকপদা ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ- চেপখৎলগা থাঙতোন য়ুংখৎলপ তৌনা ফেল্লেননা পায়গনী।

পন্থদনা খুদক্তা য়েৎলোমদা লৈখা তম্না খূৎ খর- খরা উপথরকপগা লোয়ননা থাঙতোন লৈথরক্তুনা ৬শুবা চৈশিং য়ৌবদা, খূৎ পূমউপ- উপথদুনা থাঙ পায়রগা থাঙতোন্না ওয়রোমদা হাইদোক্লা লৈরম্মগা হকচাংলোমদা খূৎ উপ্প- উপ্পা অমুক লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা ওয়থাঙদুনা ৯শুবা চৈশিং য়ৌরকপদা থাঙ চেপ্পা য়েৎলোমদা থাঙ হাইদোক্লা থাঙতোন খিত্তং লূক্লা পায়গনী, অদুগা হকচাংনা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা থাঙতোন্না মৈরম ওনগনী।

**অরোয়বদা মরূওইনা খঙগদবা- য়েৎকি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা।**

য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমগা, য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায়দা ওয়থাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমগা, থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা মসিগি মথংদা য়েৎকি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা শেমদুনা য়েক্লগা তাক্কদবনী। অদুবু থাঙলোন মপূমসিদি য়েকপা য়াদবনিনা শিন্তাকপনা মহৈরোয়সিংদা মপূং ওইনা তাকপি- তম্বীগদবনী।

---

য়েৎকি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমগা, ওয়গি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমগা থাঙলোন মপূম অনিসিগি মমিং ইবদা "মপূম" হায়বা ৱাহৈসি য়াওদনসু ইনৈ। মসিগি মরমদি- য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায়গি থাঙলোনগা, ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায়গি থাঙলোনগা তঙ্খায় অনিসিগি মমিং ইরকপদা "তঙ্খায়" হায়বা ৱাহৈসি হাপ্তুবা য়াদে। অদুনা তঙ্খায় হায়বা ৱাহৈসি য়াওদ্রবদি মপুম্মি হায়বা খঙগদবনী। মসি থাঙলোন খুদিংমক্কি চৎনবিনী।

# ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন



**ওয়গি খাগি ইরৈ তম্মায় নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা, খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। মদুগা ওয়গি নাকন্দা ওয়গি খূদাং কোল্লপ তৌনা থাদরগা খূৎ ওয়না থাঙ চেপ্লা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়গনী। মতৌ অসুম্না তেন্নাগি ১বা চৈশিংদসু থাঙ চেপ্লা থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়রম্বদগি খূৎ উপ্লগা য়েৎলোমদা থাঙতোন খিত্তং লৈদুনা হাইগনী। য়েৎলোমদগি অমুক মথক্লোমদা খূৎ খর-খরা চেপখৎলক্কুনা থাঙতোন লৈদুনা হাইগৎলকপদা, ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ-চেপখৎলগা থাঙতোন পুংখৎলপ তৌনা ফেল্লেননা থাঙ পায়গনী।

পন্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা লৈখা তম্না খূৎ খর-খরা লোংখৎলকপগা লোয়ননা থাঙতোন লৈথরক্কুনা ৬শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং-লোংনা থাঙ পায়রগা, থাঙতোন্না য়েৎলোমদা হাইদোক্লা লৈরম্মগা হকচাংলোমদা অমুক লৈসিল্লক্কনী। মসিদগি অমুক খূৎ খর-খরা উপথরকপগা লোয়ননা থাঙতোন লূকথরপ তৌরগা ওয়রোমদা লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা ওয়থাঙদুনা ৮.৫গি চৈশিংদগি হৌনা মথক্তা থাঙ খিত্তং হাইগৎলগা ৯শুবা চৈশিংদা, থাঙতোন খিত্তং লূক্লা থাঙ চেপ্লা পায়দুনা হকচাংনা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা নোংপোক মৈরমদনা থাঙতোন ওনগনী।

# ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা**- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙয়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙকাপ অমগি মফে থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্পগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা য়েৎকি নাকন্দা য়েৎকি খূদাং কোল্লপ তৌনা থাদরগা খূৎ য়েৎনা থাঙ চেপ্না থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়গনী। মতৌ অসুম্না তেন্নাগি ১বা চৈশিংদসু থাঙ চেপ্না থাঙতোন খিত্তং লূকথনা পায়রম্বদগি খূৎ লোংনা য়েৎলোমদা থাঙতোন খিত্তং লৈদুনা হাইরগা য়েৎলোমদগি অমুক মথক্লোমদা, খূৎ খর-খরা চেপখৎলক্তুনা থাঙতোন লৈদুনা হাইগৎলকপদা ৪শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমচেপ চেপখৎলগা থাঙতোন য়ুংখৎলপ তৌনা ফেল্লেননা পায়গনী।

পন্থদনা খূদক্তা ওইরোমদা লৈখা তম্না খূৎ খর-খরা উপথরকপগা লোয়ননা থাঙতোন লৈথরক্তুনা ৬শুবা চৈশিং য়ৌবদা, খূৎ পূমউপ-উপথদুনা থাঙ পায়রগা থাঙতোন্না য়েৎলোমদা হাইদোক্লা লৈরম্মগা হকচাংলোমদা খূৎ উপ্প-উপ্পা অমুক লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা য়েৎথাঙদুনা ৯শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ চেপ্না থাঙতোন খিত্তং লূক্লা চীঙখৈ ওন্দুনা পায়রগা হকচাংনা নোংপোক ওনগনী।

**অরোয়বদা মরূওইনা খঙগদবা- ওয়গি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা -**
"ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমগা", "ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমগা," থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি তম্বা লোইরবনিনা হন্দকমুক্লা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা ওয়গি খাগি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা শেমদুনা য়েক্লগা তাক্কদবনী । অদুবু থাঙলোন মপূমসিদি য়েকপা য়াদবনিনা শিন্তাকপনা মহৈরোয়শিংদা মপূং ওইনা তাকপি তম্বীগদবনী।

# ওয়গি খোঙফম অনিগি তুংহন শমজি খাইবা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



হন্দকমুক্না য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমগা ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমগা লোয়ননা চোংদুনা থাঙ হাইবা তমগদবনী। তম্বদা চোংগদৌরিবা খোঙলোন্দু মথক্তা য়েক্লিবসিনী। মখাদনা খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবদু ৱাহৈনা শন্দোক্লা ইদুনা তাক্লিবসি তম্বদা কায়হল্লোইদবনী।

ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা", থাঙলোন মরিসিনী।

ওয়গি খোঙফম অনিগি তুংহন শমজি খাইবা মপুম খোঙচোং খোঙলোন - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নেৎলগা, মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা নোংপোক ওল্লগা লৈরিবা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা অমুক্তং চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা", "য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন অনিসিনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা, শগোল খোঙচের্নগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা অমুক্তং চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলর্কখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা তুংহন্ননা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্পুনা ওয়রোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বগা লোয়ননা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংগনী। হন্দকমুক্না য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচের্নগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা অমুক্তং চোংদুনা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা, ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা, থাঙলোন অনিসিনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক্তা মায় চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা অমুক্তং চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্পুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বগা লোয়ননা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংগনী।

# য়েৎকি থক্কি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা



**য়েৎকি থক্কি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা**- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা, খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা য়েৎকি নাকল্লোমদা য়েৎকি খূৎনিংনা লেং- মপা য়ৌরপ থাঙ্গৎলগা মাঙলোমদা খূদাং খরা কোনসিল্লগা খূৎ ঊপ্লা থাঙ পায়গনী। থাঙ পায়বা মতমদা ওয়রোমদা থাঙতোন হাইদোক্লগা লৈমায়দা থাঙতোন লূকথরপ তৌগনী। অসুম্না থাঙ পায়রম্বদগি খূৎ ঊপ্ল-ঊপ্লা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা য়েৎলোমদগি ওয়গি নাকল্লোমদা কোকথক তম্না থাঙ লৈদুনা হাইগৎলক্কনী।

হাইগৎলক্লিবা য়েৎথাঙদুনা কোক কন্দুনা থাঙ লৈদুনা হাইরম্মগা তুংলোমদগি য়েৎকি নাকল্লোমদা, খূৎ লোংলপ্লা লৈদুনা মাঙলোমদা হাইথরক্লগা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং- লোংগনী। খূৎ লোংন- লোংনা ওয়রোমদা থাঙতোন হাইদোক্লা লৈরক্তুনা ৭শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ চেপকনী। খূৎ চেপ্ল- চেপ্লা হকচাংলোমদা ৭.৫গি চৈশিং ফাওবা লৈসিল্লগা ৮শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা, খূৎ খর- খরা ঊপথরক্তুনা ৯শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমঊপ- ঊপথরগা থাঙতোন্না লৈমায়দা ফৈল্লেননা য়ুংথরগা হকচাংনা নোংপোক ওনগনী।

# য়েৎকি থক্কি ইরৈ তম্খায়দা ওয়থাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা



**য়েৎকি থক্কি ইরৈ তঙ্খায়দা ওয়থাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা**- হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা মাঙদা ওয়গি খূদাং কোল্লপ তৌনা লৈরগা খূৎ চেপ্লা য়েৎলোমদা থাঙতোন হাইদোক্লা লূকথরপ তৌনা পায়গনী।

অসুম্না পায়রম্বদগি তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ খর- খরা লোংখৎলকপগা লোয়ননা ওয়রোমদগি থাঙ লৈদুনা হাইগৎলক্কনী। ২শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং লোংগনী। খূৎ লোংন- লোংনা ৩শুবা চৈশিং লান্দুনা চৎলগা তুংলোমদগি কোকথক তম্লা থাঙ হাইগৎলকপা ফাওবা খূৎ লোংগনী। মসিদগি কোক কন্দুনা থাঙ লৈদুনা হাইরম্মগা য়েৎলোমদা থাঙ লৈথরক্তুনা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ চেপ্তক্লা ঊপথগনী। খূৎ ঊপথ- ঊপথনা ৭শুবা চৈশিং ফাওবা ওয়রোমদা থাঙতোন লৈদুনা হাইরম্মগা, ৮শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা হকচাংলোমদা থাঙতোন লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা থাঙতোন্দুনা য়েৎলোমদা খিত্তং লৈদুনা হাইদোক্লগা ৯শুবা চৈশিং য়ৌবদা হান্নগুম্না মাঙদা ওয়গি খূদাং কোল্লপ তৌনা লৈবগা, খূৎ চেপ্লা য়েৎলোমদা থাঙতোন লূকথরপ তৌনা হাইদোক্লা পায়রগা হকচাংনা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।

**অরোয়বদা মরূওইনা খঙগদবা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা।**
"য়েৎকি থক্কি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমগা", "য়েৎকি থক্কি ইরৈ তঙ্খায়দা ওইথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমগা", থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি তম্বা লোইরবনিনা হন্দকমুক্লা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূর্নসিন্নরগা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা শেমদুনা য়েক্লগা তাক্কদবনী। অদুবু থাঙলোন মপূমসিদি য়েকপা য়াদবনিনা শিন্তাকপনা মহৈরোয়শিংদা মপূং ওইনা তাকপি- তম্বীগদবনী।

# য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



যেৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমগা থাঙলোনগা খোঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা থাঙ হাইবা তমগদবনী। ৩শুবদা চোংগদৌরিবা, "য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচাগি ১বা খোঙলোন"দু মথক্তা য়েক্লিবসিনী। মখাদনা থাঙলোনগা খোঙলোনগা চৎমিন্নবদু, ৱাহৈনা শন্দোক্লা ইদুনা তাক্লিবসি ৩শুবদা কায়হল্লোইদবনী।

য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কী লমায় ৬৬শুবদা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না, নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, অমুক্তং চোংঙগা অৱাং ওন্দুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ অৱাং ওল্লগা থাঙ্গৎলকপদুগা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ১বা খোঙফমদা অৱাং ওল্লগা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি থোংখোঙ মফৈ ফৈনম ফিরেপ"তা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদা থাঙলোন মপূম অমা লৈদুনা হাইগনী। মথংসিৎনা অৱাং ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎলগা মখা ওনগনী। খোঙলোনসিদসু "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় মখা পাংনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা মখা ওল্লগা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি থক্কি থোংখোঙ মফৈ ফৈনম ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লেপকক তৌগনী।" লেপকক তৌরিঙৈদা থাঙলোন মপূম অমা হাইগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন অসি মথক্তা তমদুনা হৈখ্রবনিনা হন্দকমুক্রা থাঙলোনগা খোঙলোনগা পূনসিন্নবগা চেংদুনা থাঙ হাইবা তমগদবনী। তম্বদা চোংগদৌরিবা "য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচাগি ২শুবা খোঙলোন"দু মথক্তা য়েক্লিবসিনী। মখাদনা থাঙলোনগা খোঙলোনগা চৎমিন্নবদু, ৱাহৈনা শন্দোক্লো ইদুনা তাক্লিবসি তম্বদা কায়হল্লোইদবনী।

য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা ১বা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৪শুবা খোঙফমগা ৫শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎলগা অৱাং ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না মাঙগি থক্কি খোংখোঙ মফৈ ফৈনম ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগম্ম অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওইরোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ অৱাং পাংনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা, খোঙ য়েৎতুনা ৫শুবা খোঙফমদা অৱাং ওল্লগা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা মাঙগি থক্কি খোংখোঙ মফৈ ফৈনম ফিরেপ্তা অৱাং ওল্লগা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদা থাঙলোন মপূম অমা হাইরগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারমগনী।

# ওয়গি থক্কি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা





থাঙহাইরোল

**ওয়গি থক্কি ইরৈ তম্খায় নোংথাঙ লৈমা-** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা, খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা ওয়গি নাকল্লোমদা ওয়গি খুৎনিংনা লেং মপা য়ৌরপ থাঙ্গৎলগা মাঙলোমদা খূদাং খরা কোনসিল্লগা খুৎ উপ্লা থাঙ পায়গনী। থাঙ পায়বা মতমদা য়েৎলোমদা থাঙতোন হাইদোক্লগা লৈমায়দা থাঙতোন লূকথরপ তৌগনী।

অসুম্না থাঙ পায়রম্বদগি খুৎ উপ্ল-উপ্লা তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা ওয়রোমদগি য়েৎকি নাকল্লোমদা কোকথক তম্না থাঙ লৈদুনা হাইগৎলক্কনী। হাইগৎলক্লিবা ওয়থাঙদুনা কোক কন্দুনা থাঙ লৈদুনা হাইরম্মগা তুংলোমদগি ওয়গি নাকল্লোমদা, খুৎ লোংলপ্লা লৈদুনা মাঙলোমদা হাইথরক্লগা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খুৎ পূমলোং লোংগনী। খুৎ লোংন-লোংনা য়েৎলোমদা থাঙতোন হাইদোক্লা লৈরক্তুনা ৭শুবা চৈশিং য়ৌবদা খুৎ চেপকনী। খুৎ চেপ্ল - চেপ্লা হকচাংলোমদা ৭.৫গি চৈশিং ফাওবা লৈসিল্লগা ৮শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা, খুৎ খর-খরা উপথরক্তুনা ৯শুবা চৈশিং য়ৌবদা খুৎ পূমউপ-উপথরগা থাঙতোন্না লৈমায়দা ফৈল্লেননা য়ুংথরগা হকচাংনা নোংপোক ওনগনী।

# ওয়গি থক্কি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা



**ওয়গি থক্কি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন** হায়রিবা থাঙলোন অসি মথক্তা হাইখিবা থাঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা থাঙলোন অসি হাইরমদাইদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্তা লেপ্লগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা মাঙদা য়েৎকি খূদাং কোল্লপ তৌনা লৈরগা খূৎ চেপ্না ওয়রোমদা থাঙতোন হাইদোক্না লূকথরপ তৌনা পায়গনী। অসুম্না পায়রম্বদগি তেন্নাগি ১বা চৈশিংদগি হৌনা খূৎ খর- খরা লোংখৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদগি থাঙ লৈদুনা হাইগৎলক্কনী। ২শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ পূমলোং- লোংগনী।

খূৎ লোংন- লোংনা ৩শুবা চৈশিং লান্দুনা চৎলগা তুংলোমদগি কোকথক তম্না থাঙ হাইগৎলকপা ফাওবা খূৎ লোংগনী। মসিদগি কোক কন্দুনা থাঙ লৈদুনা হাইরম্মগা ওয়রোমদা থাঙ লৈথরক্তুনা ৫শুবা চৈশিং য়ৌবদা খূৎ চেপ্তুক্না উপথগনী। খূৎ উপথ- উপথনা ৭শুবা চৈশিং ফাওবা য়েৎলোমদা থাঙতোন লৈদুনা হাইরম্মগা, ৮শুবা চৈশিং য়ৌরমদাইদগি হৌনা হকচাংলোমদা থাঙতোন লৈসিল্লক্কনী। লৈসিল্লক্লিবা থাঙতোন্দুনা ওয়রোমদা খিক্তং লৈদুনা হাইদোক্লগা ৯শুবা চৈশিং য়ৌবদা হান্নগুম্না মাঙদা য়েৎকি খূদাং কোল্লপ তৌনা লৈরগা, খূৎ চেপ্না ওয়রোমদা থাঙতোন লূকথরপ তৌনা হাইদোক্না পায়রগা হকচাংনা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।

**মরূওইনা অরোয়বসিদা খঙগদবা- ওয়গি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা।**

ওয়গি থক্কি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমগা ওয়গি থক্কি ইরৈ তঙ্খায়দা য়েৎথাঙনা তুংইনবা নোংথাঙ লৈমগা থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি তম্বা লোইরবনিনা হন্দকমুক্না থাঙলোন তঙ্খায় অনিসি পূনসিন্নরগা ওয়গি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা শেমদুনা য়েক্লগা তাক্কদবনী। অদুবু থাঙলোন মপূমসিদি য়েকপা য়াদবনিনা শিন্তাকপনা মহৈরোয়শিংদা মপূং ওইনা তাকপি- তম্বিগদবনী।

# ওয়গি খোঙফম অনিগি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন



ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা অসি মথক্তা তমদুনা হৈখ্রবনী, হৃদ্কমুক্লা থাঙলোনগা খোঙলোনগা পূনসিন্নরগা চোংদুনা থাঙ হাইগ তমগদবনী। তম্নদা চোংগদৌরিবা 'খোঙলোন্দুনা মথক্তা য়েক্লিবসিনী। মখাদনা খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবদু ৱাহৈনা শন্দোক্লা ইদুনা তাক্লিবসি তম্নদা কায়হল্লোইদবনী।

ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১)"ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম অনিগি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কি লামায় ১৯শুবদা য়াওখিবা য়েৎকি খোঙফম মরিগি চিথেক মচা ২শুবা খোঙচোং খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৪শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না অৱাং ওল্লগা লৈরম্না অদুদগি, খূৎলৈ থুনা য়েৎলোমদা হকচাং মপুম অমা লৈবগা লোয়ননা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোংদা চোংঙগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। তাবগা পন্থদনা খূদক্তা য়েৎলোমদা হকচাং য়েৎ-ওইননা লৈরগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা থাঙলোন মপুম অমা হাইগনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না অৱাং ওল্লগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা লৈরম্না অদুদগি খূৎলৈ থুনা য়েৎলোমদা হকচাং মপুম অমা লৈবগা লোয়ননা, খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগম্ব অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোংদা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি"দা য়েৎকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্পা য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্পা নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা কৌব্রু নত্রগা অৱাং ওনগনী। মায়না নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংগনী।

খঙজিনগদবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকী থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা কৌব্রু নত্রগা অৱাং ওনগনী। ৱাহৈ পরেংসিগী মনুংদা "হকচাংনা" হায়বা ৱাহৈসিনা তাক্লিবা (পীরিবা) মফমসি কদায়বুনো হায়বদা লেংবান্দগি খোঙ ফাওবা মাঙগি শরুকসিনী।

মক ওইনা অবোয়র্নাসদা খঙগদবা। যেৎকি তৎ তঙ্খায় নোংথাং লৈমগা, ওযাং অমসুং তঙ্খায় নোংথাড লৈমগা, থাঙলোন তঙ্খায় অনিাস, যেকপদা খবা লৈনা থোকপদগ যেংজনা তাক্লুবনা। মাসিগা লোয়নানা যেৎকি অমসুং মপম নোংথাড লৈমগা, ওযাগ অমসুং মপম নোংথাড লৈমগা থাঙলোন মপম অনা আসিসু যেকপা হান্নানা থাঙলোন মপম ও মসিগা মথাক থাঙলোন তঙ্খায় আনাসগা শিন্তাকপনা মতৈলোয়শংদা নপং ওযনা তাকপ ওৎসগাদবনী



অইবা মশানা শোক ১৯৭৬ তা পুখোকখিবা তা যৌশাবদা শিজিন্নবা চীরোঙ তা

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি য়েরুম মওং পল্লান্দবি মপূম খোঙচোং খেঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি য়েকম মওং পল্লান্দবি মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৫শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা নোংপোক পূমওন ওল্লগা ১বা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোকলেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তাদুনা মায় চেপ্পুক্রা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা নোংপোক পূমওন ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা, ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎথাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরম্মগা ২শুবা খোঙফমদগি তৌনা ৫শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা মরিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা "শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা" ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয়থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু হান্নগুম্না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বা ওইনা হন্দকমুক্রা হকচাং চেপ্পুক্রা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংজিল্লকপদুগা, লোয়ননা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা লৈরগা য়েৎলোমদা পুসিল্লকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুগ্গাঅহুমসি মান্নহনগনী। %১

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নৈ হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি শজিক মপূম খোঙচোং খোঙলোন



> য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি শজিক মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৪শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না হকচাং চেপ্তুক্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্লা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা নোংপোক পূমওন ওল্লগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা হকচাং চেপ্তুক্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্লা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা নোংপোক পূমওন ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎথাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু হান্নগুম্না ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা "ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থমগনী।" হন্দকমুক্না য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৪শুবা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ

থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙ্গা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বা ওয়না হন্দকমুকসু য়েংলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েংনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা, ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয়থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েংথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়থাঙ অর্মুঙ্কি লৈনবিদা য়েংকি থক্কি থোংখোঙ ফিবেপ্তা য়েংকি থক্কি নাক্তা য়েংবি থাঙ কারন থম্মগা হকচাং চেপ্তুক্না লৈবগা চাঁউখৈ নত্রগা নোংপোক্তা মায় চেপ্পা য়েংগনী।



যেৎকি থাক্ক থোংখোঙ ফিবেপ্তা যেৎকি থক্কি •াক্তা যের্থক থাঙ কাবন থম্মগা হকচাং
চেপ্তুক্রা লৈবগা চাঙখৈ নত্রগা নোংপোক্তা মায চেপ্লা যেং•া

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি থবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



যেংকি ১বা খোঙজোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১) "যেংকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন মপূম অনিসিনী।

**যেংকি খোঙফম মাপনগি থবা খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কী ৮৮শুবা লামায়দা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তরকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তরকপা অসিদা মথক্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা যেং**কি খোঙফমসিদা হান্না মায় লেপ্লুক্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হৃকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চেংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "যেংকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হৃকচাং লৈবগা লোয়ননা "শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চেংখৎলগা" ১বা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তরকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হৃদকমুকসু ওয়রোমদা হৃকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ যেৎনা ফেন্দুনা চেংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তরকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হৃদকমুকসু হান্নগুম্না ওয়রোমদা হৃকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চেংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মখা তরকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, যেংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা যেংথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়গি থক্কি নাত্তা ওয়গি থাঙ কারন থমগনী। হৃদকমুক্না যেংলোমদা হৃকচাং লৈবগা লোয়ননা ৪শুবা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা 'শগোল খোঙচেনগি খোঙথাং'দা লেপ্তুনা অহুম্লক চেংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না 'ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - যেংলোমদা হৃকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ যেৎনা ফেন্দুনা চেংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ যেংথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তরকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ যেংথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হৃদকমুকসু যেংলোমদা হৃকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চেংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেংথাঙ্গৎলকপদুগা ওয়থাঙ যেংথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তরকপসিদা চেংখৎলগা

থাঙ্গৎলকাখিবা খোঙ যেঙুনা ৫শুবা খোঙ্‌ফমদা নেৎথবকপদগা, ওযথাঙ [illegible] খাঙনা কোকথাঙাগ মাচদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা থাঙলোন মপম অমি হাইবা লোইগনী। মবোযবা ওইনা হন্দকমুকসু যেৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা শগোল খোঙচেৎনগি খোঙথাংদা খোঙ যেৎনা ফেন্দনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙ্‌ফম তম্না খোঙ ওয থাঙ্গৎলকপদুগা, ওযথাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা, যেৎথাঙনা ওর্যাগ শেগ্রাক্তা লোল্লকপদুগা, (হাইগৎলকপদুগা) অহুমসি মান্নহনগনী। %১

মখা তবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ৬শুবা খোঙ্‌ফমদা নেৎথবকপদুগা, লোযননা যেৎকি খোঙহন মচাদা নত্রগা যেৎকি খোঙহন যাইমদা ৭শুবা খোঙ্‌ফমদা খোঙ যেৎনা শদিংদা থাঙ্গৎলম্মগা অমুক হঞ্জিন্দুনা খঙনেৎ নেৎথবগা, খোঙ ওযনা [illegible]নতাইদা থেনগদাগ যেৎবি [illegible] তম্না খঙখাং থাঙ্গৎলকপদুগা, খঙচোং চোংসিনবদগা, কোকথাক্তা হাইগৎখিনা ওযগা[illegible] কোক [illegible] শেগ্রাক্তা লোল্লকাখ[illegible] (হাইগৎলকখিবা) [illegible]

[illegible]

[illegible]

---

%১ অহুমসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

%২ মরিসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি থবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১)য়েৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি থবা খোঙচোং - খোঙলোন** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্কী ৯২শুবা লামায়দা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দগি মখা তাবকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অবোয়বা খোঙফমদা লৌবিবা **৭শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হন্না নোংপে ত্তা মায় চেপ্লা য়েংঙগা লৈবল্লা অদু অদুম্মক লৈরগা, ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওযনা শদিংদা নেৎলগা ওযবোমদা হকচাং লৈবগা লোযননা য়েৎকি হাইবৌ শদিংদা চোংদুনা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকি থাঙ কাবন থমদুনা য়েৎকি কল্লাত্তা ওযাগি খোঙ যেপ্পগা নোংপোত্তা মায চেপ্লা যেংদুনা লৈবল্লা অদু অদুম্মক লৈবগা, য়েৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন থম্ন থম্না যেৎকি কল্লাত্তা যেপ্পগা নোনহাইদা থেন্দুনা লৌবিবা খোঙ ওযদুনা শদিংদা ৮শুবা খোঙফমদানেৎলম্বদুগা, ওযবোমদা হকচাং লৈবগা লোযননা য়েৎকি হাইবৌ- শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথত্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %১মখা তাবকপাসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথাত্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উপোক ফিবেপ্তা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওনগনী।"

---

%১ অহুমসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম তরুক্কি তুংহন ফৈচোং খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম তরুকি তুংহন ফৈচোং খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলেন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈরগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না চোংগনী। **পন্থরমদনা** খুদক্তা ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা তুংহন ফৈচোং খোঙচোংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎলগা, ৩শুবা খোঙফমদা ওয়গি কল্লাক ময়াদা য়েৎকি খোঙ থাঙ্গৎতুনা লৈগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈদুনা চোংখৎলগা, ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয়থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্তা নোংপোক ওল্লগা "তুংহন ফৈচোং" খোঙচোংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা তুংহন ফৈচোং খোঙচোংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্বদুগা লোয়ননা য়েৎকি খোঙনা ওয়গি কল্লাক ময়াদা থাঙ্গৎলগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।

# ওয়গি খোঙফম তরুক্কি তুংহন ফৈচোং খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন

ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১)"ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।"(২) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম তরুক্কি তুংহন ফৈচোং খোঙচোং খোঙলোন**- হায়বিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তাবকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তাবকপা অসিদা মথক্তা ওয়গি কল্লাক মযাদা য়েৎকি খোঙ থাঙ্গৎলগা লৈখিবা অদুদগি হুন্দকমুক্তা ওয়বোমদা হকচাং হাইফেক্তুং লৈবগা লোযননা, খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা খঙচোং চোংঙগা খোঙ ওয়না নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "ওয়থাঙ অমুক্কী লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মথক্কি অবোযবা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়দুগি কল্লাক ময়াদুদা থাঙ্গৎতুনা নোংপোক ওল্লগা লৈখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফম তম্না খঙচোং চোংখৎলকপদুগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কাবন থম্নদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা, মবিসি মান্নহনগনী।

%১ খোঙলোনসিগি মখা তাবকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেন্দুনা লৈবিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা শদিংদা নেৎলগা, ওয়বোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইবৌ- শদিংদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন - থম্না য়েৎকী কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈবিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা ৫শুবা খোঙফমদানেৎলম্নদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইবৌ শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎথাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %১ মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উবোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মবিসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।
%১ অহুমসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লাইরেন মথেক মকোক্তা খোঙফম অনি লাংবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> যেৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "যেৎথাঙ ওযথাঙ লৈনবি থাঙলোন মপূম অমা।" (২) "যেৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লাইরেন মথেক মকোক্তা খোঙফম অনি লাংবা খোঙচোং খোঙলোন**- হার্যাববা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তাবকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তাবকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অবোযবা খোঙফমদা লৈবিবা **৬শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈবম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, খোঙহন অচৌবদা খঙচোং- চোংখৎলগা ১বা খোঙফমদা খোঙ যেৎনা খঙনেৎ নেৎথবগা হঞ্জিন্দুনা খঙতা তাবগা খোঙ ওয খঙথাং থাঙ্গৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "যেৎথাঙ ওযথাঙ লৈনবি" থাঙলোন মপূম অমা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি যেৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈবম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, খোঙহন অচৌবদা খঙচোং- চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ খঙথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা খঙচোং চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা খঙনেৎ নেৎথলকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা অকোনবগি অনিশুবা লৈথবকপা থা। হাইদুগা ঈশোযননা যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন থম্বদুগা যেৎকি কল্লাক্তা ওযগি খোঙ যেপ্লদুপ্লামবিসি মান্নহনগনী। খোঙলোনসিগি মখা তাবকপদা যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন থম্ল- থম্লা ওযবোমদা হকচাং লৈবগা লৈকাঙ অচৌবদা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওযনা শদিংদা লৈদুনা নেৎকনী। মসিদগিসু ওযবোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোযননা যেৎকি হাইবৌ শদিংদা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "যেৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন থম্ল - থম্লা ওযবোমদা হকচাং লৈবগা ওযগি লৈকাঙ অচৌবদা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওযনা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওযবোমদা হকচাং লৈবগা লোযননা যেৎকি হাইবৌ- শদিংদা খোঙ ওযনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা "মাঙগি যেৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মবিসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

%১ অহুমসি খবা অকোন অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লাইরেন মথেক মকোক্তা খোঙফম অনি লাংবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১)"য়েৎকি খাগি ইবৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মথাগি পল্লান্দবি লাইরেন মথেক মকোক্তা খোঙফম অনি লাংবা খোঙচোং খোঙলোন** হায়বিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংব লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তাবকপা ২শুবা খোঙলোন্নি। মখা তাবকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অবোযবা খোঙফমদা লৈবিবা **৩শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না, নোংপোক ওল্লগা লৈবন্না অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ য়েৎনা ৪ শুবা খোঙফমদা থাংগনী। খোঙ য়েৎনা থাংগবা ৪ শুবা খোঙফমসিদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা অদুম্মক চোংদুনা চৎলগা, চোংনা চোংনা ওযবোমদা হকচাং লৈবগা ৭শুবা খোঙফমগা ৮শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা অনিবক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি খাগি ইবৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্পা নোংপোক ওল্লগা লৈবন্না অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লৈকাঙ অচৌবদা চোংখৎলগা ৪শুবা [illegible] তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। [illegible]লকপাসিদা য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা মখা ওন্দনা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা [illegible] কপদগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথৎগি খোঙলোনসিদসু [illegible] হকচাং অদুম্মক লৈসিনবগা লোযননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫ শুবা খোঙফম তম্না [illegible]ঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা [illegible]লকপাসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ৫ শুবা খোঙফমদা নোংচুপ ওল্লগা [illegible]ৎথবকপদগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদগা; অনিসি মান্নহনগনা। মসিদগি খোঙ চোংদনা [illegible] লৈবগা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লেপ্পুনা লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপাসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা চাঁউখৈ ওল্লগা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দবমক্তা ওযবোমদা হকচাং লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৭ শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয লৈদুনা থাংজিল্লকপদুগা, লোযননা য়েৎথাঙ ওযথাঙনা য়েৎলোমদা লৈথবগা য়েৎকি থক্কি নাওা য়েৎকি থাঙ কাবন হাইযেৎ তাবন্নদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অবোযবসিদসু ওযবোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা য়েৎকি হাইবৌ শাদংদা খোঙ ওযনা যেন্দুনা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপাসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনাহাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা ঈবোযননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্পা নোংপোক ওনগনী।"

> যেৎকি খোঙলোন মপূর্মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১) "যেৎথাঙ ওযথাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমানী।"

**য়েৎকি খোঙফম মরিগি তাংজ শাথেক মপূম খোঙচৎ খোঙলোন-** হায়বিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগী মখা তাবকপা খোঙলোন্নী মখা তাবকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অবোয়বা খোঙফমদা লৈবিবা ৮শুবা য়েৎকি খোঙফর্মসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈবন্না অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা হকচাং নোম্বদুনা লূ লূকথবগা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা মবিবক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "যেৎথাঙ ওযথাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা হান্না মাঙগী য়েৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈবন্না অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোযননা, লূ লূকথরগা হকচাং নোম্বদুনা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম ওন্না খোঙ যেৎথাঙ্গৎলকপদুগা, খৎ [illegible]নিমক থাদদুনা পাযবা থাঙ অনিদুনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙথাংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথনবকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদনা মখাদা লৈথনবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকম্লকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক [illegible] কপদনা হকচাং নোম্বগা তাংজ শাথেক্তা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম ওন্না খোঙ ওয [illegible]ঙ্গৎলকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি [illegible] মখা তাবকপসিদা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙথাংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ২শুবা [illegible] নেৎথনবকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মখাদা লৈথনবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকম্লক্লা য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা ল[illegible] কথদনা হকচাং নোম্বগা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম ওন্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙথাংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মখাদা লৈথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকম্লক্লা য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লূ লকথদুনা হকচাং নোম্বগা তাংজ শাথেক্তা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম ওন্না খোঙ ওয থাঙ্গৎলকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা তাংজ শাথেক্তা শগোল খোঙথাংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, খৎ থাদবগা পাযবা যেৎথাঙ ওযথাঙদুনা মখাদা লৈথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা "যেৎকি থক্কি নাক্তা যেৎকি থাঙ কাবন থমদুনা হকচাংনা মৈবম নত্রগা মখা ওল্লগা মাযনা নোংপোক্তা চেপ্পা যেংগনী।"

> ***খঙজিনগদবা-*** যেৎকী থক্কি নত্রগা যেৎকী থাঙ কাবন থমদুনা হকচাংনা মৈবম নত্রগা মখা ওল্লগা মাযনা নোংপোক্তা চেপ্পা যেংগনী। বাইহ পবেংসিগী মনুংদা 'হকচাংনা' হাযবা বাইসিনা তাক্লিবা (পীবিবা) মফর্মসি কন্দাযবনো হাযবদা লেংবান্দগী খোঙ ফাওবা মাঙগী শকর্কাসিনী।

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লিনশাং খূরূপ থাবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



অহানবদা খঙগদবা- য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি খোঙলোনসিদা খূরূপ থাদুনা চোংগদবনী হায়রিবসি, শগোল্না মমায় হাইগত্তুনা য়াম্না কন্না চেনবদুবু খূরূপ থাদুনা চেনবা কৌই। মদুগি শক্তমদা চোংগদবনী। চোংবা মতমদা খোঙ অনিমক চপ- চপ মান্ননা ৱাংন- ৱাংনা অমুক্তদা পূল্লপ- পূল্লপ চোংখৎমিন্নরগা মখাদসু চপ- চপ মান্ননা নেৎথমিন্নগদবনী। চোংখৎমিন্নবা অদুদা মখাগি খোঙনা হুই অমা ফাওবগি মনুংদা ৱাংনা চোংখৎকনী। মথক্কি খোঙনা চোংখৎপদা থাঙ্গৎলিবা খোঙদুগি খূকউ দুনা খ্বাং মপাদগি খিত্তং হেনগৎপা ফাওবা থাঙ্গৎতুনা য়াম্না থুনা শগোল্না খূরূপ থাদুনা চেনবগুম্না চোংগনী। চোংবগি অনেম- অৱাংগি চাং পীরিবসি খরা খেৎনরবসু অকাযবা লৈতে।

য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না
(১) "য়েৎকি ত্তবং নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লন্দবি লিনশাং খূরূপ থাবা খোঙচেং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্কী ১০৮শুবা লামায়দা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা থাঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোযবা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফম্মসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৫শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা লেপ্তুনা মঙাবক চেংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি ত্তবং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকিথক্কিনাত্তা য়েথকিথাঙ থাংনা থমদনা হকচাংনা মৈবম নত্রগা মখা ওন্দুনা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংঙগা লৈরম্বা অর্দুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা নোংপোক পূমওন- ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখৎলগা, ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎনা মখাদা লোপ্পিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা খোঙ পূল্লপ থাঙ্গৎমিন্নরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা পূল্লপ চোংখৎমিন্নবকখিবা খোঙ য়েত্তুনা মখাদা লোপ্পিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদা পূল্লপ নেৎথমিন্নবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎনা মখাদা লোপ্পিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা পূল্লপ থাঙ্গৎমিন্নবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা পূল্লপ চোংখৎমিন্নরকখিবা খোঙ য়েত্তুনা মখাদা লেপ্পিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা ২শুবা খোঙফমদা পূল্লপ নেৎথমিন্নরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখৎলগা, ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয়না মখাদা লোপ্পিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা খোঙ পূল্লপ থাঙ্গৎমিন্নরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা পূল্লপ চোংখৎমিন্নবকখিবা খোঙ ওয়দুনা মখাদা লেপ্পিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা ৩শুবা খোঙফমদা পূল্লপ নেৎথমিন্নরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখৎলগা

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লিনশাং খূন্দপ থাবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



যেৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১) "যেৎকি তবং নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি লিনশাং খূরূপ থাবা খোঙচোং খোঙলোন** হায়বিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্কী ১০৮শুবা লামাযদা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তাবকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। চোংবদা লোইসিনখিবদা অদুগি মবমদি ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা লেপ্পুনা চোংগদবনী। অদুবু খোঙলোন অনি থোক্লা খাইদোকখিবদগি ৫শুবা খোঙফম ফাওবা চোংঙগা নোংপোক ওল্লগা লেপখিবনী। লাইবিকসিদা খোঙলোন যেকপদা যাদদুনা খোঙলোন অনিথোক্লা খাইদোক্লবসু চোংঙকপা মতমদদি, ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবসি শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা লেপ্পুনা তকক্লক চোংদুনা চৎকদবনী। ৬শুবা খোঙফমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "যেৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা হান্না যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন হাইফেৎ তাবগা মাযনা নোংপোক্তা চেপ্লা যেংঙগা লৈবস্না অদু অদুম্মক লৈবগা, শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎনা মখাদা লেপ্লিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়নননা খোঙ পূল্লপ থাঙ্গৎমিন্নবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা পূল্লপ চোংখৎমিন্নবকখিবা খোঙ যেত্তুনা মখাদা লেপ্লিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়নননা ৬শুবা খোঙফমদা পল্লপ নেৎথমিন্নবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা মাঙগি যেৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্লা নোংপোক ওনগনী। হন্দকমক্লা যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকী থাঙ কাবন থম্ম থম্মা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থুনা থাংজিনগনী। মসির্দাগ ওয়বোমদা হকচাং লৈবগা যেৎকি চোপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎ তাগনী। হেক তাবগা পম্বদনা ওয়বোমদা হকচাং ওয়নননা লৈবগা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্নদনা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদস্ 'যেৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লেমা হাইগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- যেৎকি থক্কি নাত্তা যেৎকি থাঙ কাবন থম্ম থম্মা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থূনা থাংজিল্লগা, মসির্দাগ ওয়বোমদা হকচাং লৈদুনা যেৎকি চোপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা যেৎকি চোপ লৈচোং মচাদা খোঙ যেৎনা চোংখৎলকপদা যেৎকি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৯শুবা খোঙফমদা তুংহন্নদনা থাংদোক্লকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা মাঙগি যেৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্লা নোংপোক ওনগনী।

নোংপোক হেক ওনবগা পম্বদনা খূৎলৈ থুনা মথক্তা ১বা চোংবা হেক তৌখিবা খোঙফমদুদগি হৌনা ৫শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খূরূপ থাবা খোঙচেন্দা চোংখিবদুগা চপ মান্ননা হন্দকমক্কস ১০শুবা খোঙফম মকোককসিদগি হৌনা ১৪শুবা খোঙফম ফাওবা অমুক হঞ্জিন্দুনা চপ মান্ননা কর্বমওা সোয়নবা লৈতনা চোংগনী। থাঙসু "যেৎকি তবং নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। হাইগদৌরিবা থাঙলোনসিনা হাইবা লোইসিল্লকপদা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎনা নেৎথবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা যেৎকী নাকল্লোমদা লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা যেৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকি থাঙ কাবন হাইফেৎ তাবমগনী। লোয়ন লোয়নননা ১২শুবা খোঙফমদা লৈবিবা ওয়গি খোঙদুনা ১১শুবা যেৎকি খোঙফমদা থূনা থাংজিল্লগা "মাঙগা ওয়গি থক্কি খোংখোঙ ফিবেপ্লা নোংপোক ওল্লগা লাইগা শন্নাকপগা খূবমগনী।"



মাঙ্গগি ওয়াগি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্পা
নোংপোক ওল্লগা লাইগা শিন্নাকপগা খুরুম্না



অহুমশুবা থাওহাই

# থাওবি শাকোক লংদাইলোন

# অহানবদা মরূ ওইনা খঙগদবা

থাঙবি শাকোক লৈংদাইহৌন্দা লৈংদাই খোঙলোন ঙাক্তা তমগদবনী। তমগদৌরিবা লৈংদাই খোঙলোনসিং অসি খরা হুত্থবা থক্কী খোঙলোন ওইরবসু চন- চানবা য়েংদুনা থাঙহাই খুদিংমক্তা হাপ্পা য়াই। অরাংবা থাক্কী লৈংদাই খোঙলোনসিংদুদি তম্মক- তম্মকইবা থাঙহাইসিংদুগী মওং য়েংঙগা শিন্তাকপনা খুদক্তা অপাম্বা খন্দুনা তম্বিরগা হাপকদবনী। থেঙ্গৌরোন, খৌশারোনগুম্না খোঙফম অমত্তা হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াদে। হান্না লৈরম্মিবা খোঙফমদুদা কায়দনা অদুম্মক চোংগদবনী হায়বা অদুগুম্বা লৈংদাইহৌন্দা অকক্লবা লৈতে।

লৈংদাই খোঙলোন হাপফম থোকপা থাঙহাইদা হাপ্পনা হাইবা থাঙহাইদগী হাপ্পগা হাইবা থাঙনা ফজবা হেনবসি হায়দনা কান্নরোয় তমদনা থোকওই। য়েংবদা হৈগুম- হৈচা নাইনা লৈগুম- লৈচা নাইনা কাফাইগুম কুয়োম নাইনা মচা প্রোপ- প্রোপ তাবগুম তোংঙান তানা ফজনা উগনী। করি অমুক হায়রুনী!! থাঙ হাইবদা খোঙলোন অমগা অমগা তাইনবা খুদিংগী লৈংদাই খোঙলোন অমমম মরক খন্দুনা হাপখ্রবা থাঙহাইদুনা ফজবসি, চীঙক্ল লাইয়ামগী থম্মোয়বু হুমদুনা পুবা ঙম্বা নুংশিবা লৈনম চেনবা শিঙেন লৈরাং কায়াগী লৈশক- লৈচু কয়ানা: লৈচন চান- চানা লেংখ্রবা শিঙেন লৈরাং পারেংনা মপুগী ঙকশমদা থোনবমুক অদুক্কি মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা নীন্না ফজবগুম্বনী।

# য়েৎকি খোঙকাপ মফৈ অমগি পরৈ চঙবা ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙচৎ (খোঙথাং) খোঙলোন



> যেৎকী পরে চঙবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎথাঙ ওযথাঙগী পবৈ চঙবা মপূম নোংথাঙ লৈমনী।"

য়েৎকি খোঙকাপ মফৈ অমগি পবৈ চঙবা ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙচৎ (খোঙথাং) খোঙলোন অসিদা পবৈ চঙঙমদাইদা, খোঙ যেৎনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওযনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎলগা খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিবেপ্তা নোংপোক ওনগনী। লেপ্পা মতমদা তীঙ- যাঙ চুম্না লেপ্পগা মায খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মিৎযেং সান্না (লাপ্না) যেংগনী, মিৎ চোইবা যাদে। লোযন-লোযননা যেৎথাঙনা যেৎকি মাঙগি নাকন্দা ওযথাঙনা ওযগি মাঙগি নাকন্দা খূৎ অনিমক চপ তিংনা থাদবগা, খূৎ চেপ্পা থাঙতোন অনিমক লৈমাযদা লূকথদুনা খিত্তং ফেল্লেননা পাযগনী। অদুদগি ১বা খোঙফমদা খোঙ যেৎনা শদিংদা থাংজিল্লগা "মাঙগি যেৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিবেপ্তা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা লেপগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা "ঙলোন্না- "যেৎথাঙ ওযথাঙগি পবৈ চঙবা মপূম নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা ৎমিন্নবা হান্না নোংপোক ওল্লগা থাঙতোন অনিমক লৈমাযদা লূকথদুনা খিত্তং ফেল্লেননা পাযবগা লৈবম্বা দদগি যেৎথাঙ ওযথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা, খোঙ যেৎনা ১বা খোঙফমদা শদিংদা থাংজিল্লগা ৎথনকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা মাঙগি যেৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিবেপ্তা খূৎনিং অনিমক ফন্দোক্না লূকথবগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা থাঙ পাযানবা খৎ অনিমক পক্লবগা (থেংনবগা) তা অনিমক মথাঙ হাইগৎলপ তৌনা পাযবগা, তাইবং মপুদা ওইববসু ইমা লৈমবেন্দা ওইববসু ম্বা ঙমা শল্লগা খনমগনী। অকোনবদা শিন্তাকপদা খূকমগনী। খূবম্বা মতমদা যাম্না শম্বা শাহৈদা সান্না খনমগনী।

মদুদ (১) তাইবং মপুনা কৃবিয।

(২) ইমা লৈমবেন্না কৃবিয।

(৩) শিন্তাকপনা কৃবিযু।

পকুম্বা লোইবগা খোঙ যেৎনা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা শদিংদা হন্দুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা হান্না লৈবম্বা (লেপ্পম্বা) "খোঙকাপ অমগী মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিবেপ্তা হজিন্দুনা লেপ্পগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।"

খঙহল্লিবা অমনা- লাইগা শিন্তাকপগা খুবম্বা লোইবগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎনা শদিংদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপা অদুদা, যেৎথাঙ ওযথাঙগি থক্কি টূ- হন নোংথাঙ লৈমা হাইবসু যাই। হাইগে হাযববদি শিন্তাকপনা তম্বিগদবনী।

# য়েৎকি ফুঙ্গা নূঙদুম ওয়গি পন্নিংদা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনবা লংদাই মপূম খোঙফম মঙাগি খোঙচোং খোঙলোন



**লমলেম খোঙফম**-খোঙলোনগি মনুং চন্দবা মফমদা লৈবা খোঙফমগি চৈশিং থাবদসু য়াওদবা খোঙফমদুবু লম অরেম্বা (লম অহাংবা) মফমদা লৈবা খোঙফম্নি হায়দুনা "লমলেম খোঙফম" কৌই।

য়েৎকি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" (২) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি টৃ-হন নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফুঙ্গা নৃঙদুম ওয়গি পন্নিংদা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনবা লংদাই মপূম খোঙফম মঙাগি খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নোংপোক ওল্লগা শদিংদা থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা -নোংপোক ওল্লগা শদিংদা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাংঙকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাংঙকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা মাঙদা য়েৎকি থক্কি থাঙ কারন থমগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা ৩শুবা খোঙফমদা খঙচোং চোংঙগা নোনকাপ হঞ্জিন্দা খোঙ ওয়না থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওযবোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎথাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টৃ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি ২শুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কম্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তাবকপদা য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নোংপোক ওন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা ৪শুবা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলম্বদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খবা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# ওয়গি ফূঙ্গা নূঙদুম য়েৎকি পন্নিংদা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনবা লংদাই মপূম খোঙফম মঙাগি খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি লংদাই খোঙলোন মপুমসিদা - হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা। (২) ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি থক্কি টু- হন নোংথাঙ লৈমা। থাঙলোন অনিসিনী।**

**ওয়গি ফৃঙ্গা নুঙদুম য়েৎকি পম্নিংদা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনবা লংদাই মপুম খোঙকম মঙাগি খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নোংপোক ওল্লগা শদিংদা থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - নোংপোক ওল্লগা শদিংদা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাংঙকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাংঙকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা মাঙদা ওয়গি থক্কি থাঙ কাবন থমগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ ওয়না ৩শুবা খোঙফমদা খঙচোং- চোংঙগা নোনকাপ হঞ্জিন্দা খোঙ য়েৎনা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি থক্কি টু- হন নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা থক্কী টু- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি ২শুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা, ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্পদুগা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্বদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা ওয়গি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলগা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি হাইরৌ শদিংদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নোংপোক ওন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কাবন থম্ন- থম্না ওয়গি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা শদিংদা ৪শুবা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলম্বদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, ওয়গি হাইরৌ শদিংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয থাঙ্গৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মবিসি খবা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

%২ অহুমসি খবা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম ফমলোন লংদাই মপূম খোঙফম তরুক্কি খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা** - হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফূঙ্গা নুঙদুম ফমলোন লংদাই মপূম খোঙফম তরুক্কি খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা নোংপোক চীঙখৈ ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা মাঙদা য়েৎকি থক্কি থাঙ কারন থমগনী। হন্দকমুক্লা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি খোঙগা ওয়গি খোঙগা খোঙ অনিমক পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ৩শুবা খোঙলোন্দা মাঙচোংগি খূৎচোংদা চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা অৱাং কৌব্রু ওল্লগা খোঙ অনিমক পূল্লপ ফমদুনা তাগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমনী" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা মাঙচোংগি খূৎচোংদা ৩শুবা খোঙলোন্দা খোঙ অনিমক অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংখৎমিন্নরকপদুগা, ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ ওয় চপ মান্ননা থাঙ্গৎমিন্নরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ ওয় অনিদুনা ৪শুবা খোঙফমদা অৱাং কৌব্রু ওল্লগা ফমথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টূ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদা নহাক্লা ফমথরক্লিবদু নমাঙদা য়েৎকি খাগি থাঙ কারন থমগনী।

হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং অদুম্মক লৈদুনা হৌগৎলকপদুগা লোয়ননা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থাংগনী। পম্থদনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নোংপোক চীঙখৈ ওন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক খিত্তং লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা খোঙ ওয়না শদিংদা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্থদনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না

খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা, নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা মাঙগী য়েৎকি থক্কি উরোক ফিবেপ তারকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।%২

%১ অহুমসি খবা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খবা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।



যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপগা লোযননা মাঙগী যেৎকি থক্কি উবোক ফিবেপ্তা  নোংপোক চীঙখৈ ওনবা



# ওয়গি ফূঙ্গা নূঙদুম ফমলোন লংদাই মপুম খোঙফম তরুক্কি খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা** - হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) ওয়গী তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা (২) ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি থক্কি টূ- হন নোংথাঙ লৈমা। থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি ফুঙ্গা নুঙদুম ফমলোন লংদাই মপূম খোঙফম তরুক্কি খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা নোংপোক মৈরম ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক মৈরম ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা মাঙদা ওয়গি থক্কি থাঙ কারন থমগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি খোঙগা য়েৎকি খোঙগা খোঙ অনিমক পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ৩শুবা খোঙলোন্দা মাঙচোংগি খূৎচোংদা চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খা-সম্থোঙ ওল্লগা খোঙ অনিমক পূল্লপ ফমদুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ- হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা মাঙচোংগি খূৎচোংদা ৩শুবা খোঙলোন্দা খোঙ অনিমক অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংখৎমিন্নরকপদুগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় য়েৎ চপ মান্ননা থাঙ্গৎমিন্নরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।

%১মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয় য়েৎ অনিদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খা- সম্থোঙ ওল্লগা ফমথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা থক্কি টূ- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদা নহাক্লা ফমথরক্লিবা অদুগি নমাঙদুদা ওয়গি খাগি থাঙ কারন থমগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং খিক্তং অদুম্মক লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংগনী। পম্থদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা ওয়গি হাইরৌ- শদিংদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নোংপোক মৈরম ওন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎলোমদা হকচাং খিক্তং অদুম্মক লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা শদিংদা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্বদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্থদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা ওয়গি হাইরৌ শদিংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, নোংপোক মৈরম ওল্লগা মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ তারকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।





ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপগা লোয়ননা মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ নোংপোক মৈরম ওনবা

# য়েংকি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



যেৎকি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোংগি ১বা খোঙলোনসিদগি হৌনা মথংগি ২শুবা খোঙলোনগি ৪শুবা খোঙফম ফাওবসিদা "যেৎকি তবং কোক্লেন থাঙবি শাখাই নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী।

**য়েৎকি খোঙফম নিপানগি ফমলোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন** - হায়বিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈবিবা খোঙ যেত্তুনা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, ২শুবা খোঙফমদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। যেৎকি ফমলোন লংদাইগি ১বা খোঙলোনসিদগি হৌনা মথংগি ২শুবা খোঙলোনগি ৪শুবা খোঙফম ফাওবদা হাইগদবা খোঙলোন্না - "যেৎকি তবং কোকলেন থাঙবি শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌবম্বদগি শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙদা যেৎকী থক্কি থাঙ যেৎকি কাবন থম্মগা হকচাংনা চীঙখৈ ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা যেংগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম নিপানগি ফমলোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



য়েৎকি মথক্কি ১বা খোঙফমদগি হাইবা হৌরগা লোইসিনখিদবা "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি শাখাই" থাঙলোন্দু ২শুবা খোঙলোনসিগি ৪শুবা খোঙফমসিদা হাইবা লোইশিনগদবনী। ৫শুবা খোঙলোনগা ৬শুবা খোঙফমগা অনিসিদা "শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী। ৮শুবা খোঙফমদনা "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি" হাইগনী।

**য়েৎকি খোঙফম নিপানগি ফমলোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ ওয়না ৪শুবা খোঙফমদা খঙচোং চোংঙগা খোঙ য়েৎনা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- মথক্কি ১বা খোঙলোন্দা "য়েৎকি তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমা" হাইবা লোইখিদবা অদুগি মখা শমথদুনা হাইগদবনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হাপ্পা মাঙদা য়েৎকি থক্কি য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা চীঙখৈ ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংদুনা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, খঙচোং চোংখৎলগা পনমাঙদা লৈরিবা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়গী কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্পদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। লোয়ননা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোনখিবা (হাইগৎখিবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা মাঙদা হাইথরকপগা ঈরোয়ননা, য়েৎকি খোঙগা ওয়গি খোঙগা খোঙ অনিমক পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ৫শুবা খোঙলোন্দা মাঙচোংগি খূৎচোংদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা নোংচুপ ওল্লগা খোঙ অনিমক পূল্লপ ফমদুনা তাগনী। অদুগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী।

%১ মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থাংগনী। পস্থদনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা চোংদুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা নেৎলম্বদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ম - থম্না ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %১ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ তাগনী।"

---

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোং খাঙলোন

১বা খোঙলোন



ওয়গি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোংগি ১বা খোঙলোনসিগী ১বা হৌনা মথংগী ২শুবা খোঙলোনগি ৪শুবা খোঙফমসিদা "ওয়গী তরং কোক্লেন থাওবি শাখাই নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী।

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা নোংপোক মৈরম ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, ২শুবা খোঙফমদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। ওয়গি ফমলোন লংদাইগি ১বা খোঙলোনসিদগি হৌনা মথংগি ২শুবা খোঙলোনগি ৪শুবা খোঙফম ফাওবদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি তরং কোকলেন থাঙবি শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক মৈরম ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরম্বদগি শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙদা য়েৎকি থক্কি য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংগনী।"

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



ওয়গি মথক্কি ১বা খোঙফমদগি হৌনা হাইবা হৌরগা লোইশিনখিদবা "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি শাখাই" থাঙলোন্দু ২শুবা খোঙলোনসিগি ৪শুবা খোঙফমসিদা হাইবা লোইশিনগদবনী। ৫শুবা খোঙলোনগা ৬শুবা খোঙফমগা অনিসিদনা "শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী। ৮শুবা খোঙফমগা "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী।

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি ফম্লোন লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা ৪শুবা খোঙফমদা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ ওয়না নোনকাপ হজ্জিন্দা থেনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- মথক্কি ১বা খোঙলোন্দা "ওয়গি তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমা" হাইবা লোইখিদবা অদুগি মখা শমথদুনা হাইগদবনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙদা য়েৎকি থক্কি য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংদুনা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংখৎলগা পনমাঙদা লৈরিবা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা য়েৎকি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) য়েৎথাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎকি কমলাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

লোয়ননা য়েৎকি শেগ্রাক্তা লোনখিবা (হাইগৎখিবা) ওয়থাঙদুগা লোয়ননা কোকথক্তা হাইগৎখিবা য়েৎথাঙদুনা মাঙদা হাইথরকপদুগা ঈরোয়ননা ওয়গি খোঙগা য়েৎকি খোঙগা খোঙ অনিমক পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ৫শুবা খোঙলোন্দা মাঙচোংগি খুৎচোংদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা নোংচুপ ওল্লগা খোঙ অনিমক পূল্লপ ফমদুনা তাগনী। অদুগা মাঙদা ওয়গি খাগি ওয়গি থাঙ কারন থমগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংগনী। পম্বদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা ওয়গি হাইরৌ শদিংদা চোংদুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা ওয়গি হাইরৌ শদিংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী। %১ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "নোংপোক মৈরম ওল্লগা মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ তাগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি ওয়গি পন্নিংদা থেনবা লংদাই মপূম খোঙচোং



**য়েৎকি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকী তরং নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি ওয়গি পন্নিংদা থেনবা লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ২শুবা খোঙফমদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিগি অরোয়বা খোঙফম ফাওবদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরম্বদগি নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা মায় মখা ওল্লগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগদগি খঙচোং- চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, লোয়ননা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পুনা থম্মগা থেনবদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংবগা লোয়ননা, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্পা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম মণ্ডাগি পল্লান্দবি য়েৎকি পন্নিংদা থেনবা লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা হাগদবা থাঙলোন্না - (১) ওয়গি তরং নোংথাঙ লৈমনী।**

**ওয়গি খোঙফম মঙাগি পল্লান্দবি য়েৎকি পন্নিংদা থেনবা লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ২শুবা খোঙফমদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিগি অরোয়বা খোঙফম ফাওবদা হাইগদবা থাঙলোন্না - ওয়গি তরং নোংথাঙ লৈমনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরম্বদগি নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্কা ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা মায় অৱাং ওল্লগা খোঙ য়েৎনা নোনহাইদা থেনগদগি খঙচোং-চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, লোয়ননা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্তুনা থম্মগা থেনবদুগা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্বদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ লোয়ননা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্ন- থম্না ওয়গি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংবগা লোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি হাইরৌ- শদিংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।



যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরক্লগা
যেৎকি থক্কি নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্তা নোংচুপ নত্রগা মখা ওনবা



# য়েৎকি উনা লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি টূ-হ্ন নোংথাঙ লৈমা।" (২)"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**য়েৎকি উনা লংদাই মপূম খোঙচেং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফম্মদা লৈরিবা, **৫শুবা য়েৎকি** খোঙফম্মসিদা হান্না নোংচুপ নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি খঙচেং- চেংদুনা ১বা খোঙফম্মদা খোঙ য়েৎ তরগা খোঙ ওয়না নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হ্ন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকিথক্কিনত্রগা য়েৎকিখাগি নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্তা নোংচুপ নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, খোঙ ওয়না নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগদগি খঙচেং-চেংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহ্নগনী।

মখা তারকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফম্মদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টূ- হ্ন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকী থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাত্তা ওয়গি খোঙয়েপ্লদুগা; মরিসি মান্নহ্নগনী।%১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাত্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফম্মদা হঞ্জিন্দুনা শদিংদা নেৎলগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চেংদুনা ৩শুবা খোঙফম্মদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকী থাঙ কারন থম্ল- থম্লা য়েৎকি কল্লাত্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা ২শুবা খোঙফম্মদানেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি হাইরৌ শদিং"দা নত্রগা "য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন"দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চেংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েত্থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহ্নগনী। %১ মখা তারকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফম্মদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় হন্দোক হঞ্জিন মায় চেপ্তুক্কি খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (৪) "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন মরিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় হন্দোক হঞ্জিন মায় চেপ্তুক্কি খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা** ওয়গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চেংদুনা চৎলগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা ১বা খোঙফমদগি ৩শুবা খোঙফম ফাওবসি য়েৎলোমদা কোক চেপথরগা "য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক্তা ওয়রোমদা মায় চেপ্লা য়েংগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক্তা ১বা খোঙফম অম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা য়েৎলোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখত্তুনা য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক্তা ২শুবা খোঙফম অম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগাঅনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা য়েৎলোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখত্তুনা য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক্তা ৩শুবা খোঙফম অম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগাঅনিসি মানহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুগা লোয়ননা য়েৎলোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়রোমদা কোক চেপথরগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থমগনী। হন্দকমুক্তা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি খোঙহন য়াইমদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। খোঙ য়েৎনা থাংঙিবা ৪শুবা খোঙফমসিদগি হৌনা ৬শুবা খোফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চেংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা ৪শুবা খোঙফমদগি ৬শুবা খোঙফম ফাওবসি ওয়রোমদা কোক চেপথরগা "ওয়গি চেপ্তুক শাথেক্তা য়েৎলোমদা মায় চেপ্লা য়েংগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হন্দকমুক্তা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙহন য়াইমদা চোংখৎলগা ওয়গি চেপ্তুক শাথেক্তা ৪শুবা খোঙফম অম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা

থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা ওয়রোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ওয়গি চেপ্তুক শাথেত্তা ৫শুবা খোঙফম অম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা ওয়রোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ওয়গি চেপ্তুক শাথেত্তা ৬শুবা খোঙফম অম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা ওয়রোমদা কোক অদুম্মক চেপথরগা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা য়েৎকিথক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা, য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈসিন্দুনা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংগনী।



য়েৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকি থাঙ কারন
থম্মগা, য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ
ফিরেপ্তা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না
নোংপোক্তা চেপ্লা য়েংবা



# ওয়গি লুতুংগি ফূঙ্গা নূঙদুমগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১) "য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি লুতুংগি ফৃঙ্গা নুঙদুগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগী মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৫শুবা ওয়গি খোঙফমসিদা হান্না মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা খোঙ য়েৎনা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়গী থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থমগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা মৈরম ওন্দুনা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগদগি খঙচোং- চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্বদুগা, ওয়গি কমলাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্লদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা ওয়গি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা শদিংদা নেৎলগা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা ওয়গি হাইহৌ হাইফেন্দা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্ন- থম্না ওয়গি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গী হাইরৌ শদিংদা নত্রগা ওয়গি হাইরৌ- হাইফেন্দা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ্পা নোংপোক ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি চিথেক মরি অচৌবা খোঙফম তরানিথোইগি খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি চিথেক মরি অচৌবা খোঙফম তরানিথোইগি খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না চোংবা ফাওবদি নোংপোক অদুম্মক ওনগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুন্নক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি ওয়গি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি তয়াম্বা কারন ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।" হন্দকমুক অৱাং মায়কৈদা চোংদুনা চৎপসিদনা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ৪শুবা খোঙফমদগি ৬শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুন্নক চোংদুনা চৎকনী। হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা

থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি থক্কি তয়াম্বা কারন ফিরেপ্তা অৱাং ওনগনী।" হন্দকমুক নোংচুপ মায়কৈদা চোংদুনা চৎপসিদনা ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ৭শুবা খোঙফমদগি ৯শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - অৱাং ওল্লগা লৈরম্বদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি তয়াম্বা কারন ফিরেপ্তা নোংচুপ ওনগনী।" অরোয়বা ওইনা হন্দকমুক মখা মায়কৈদা চোংদুনা চৎপসিদনা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ১০শুবা খোঙফমদগি ১২শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১০শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা,

ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১০শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু যেৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১১শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয থাঙ্গৎলকপদুগা, ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ১১শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু যেৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১২শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওযথাঙ যেৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোযননা "ওর্যগি থক্কি তযাম্বা কাবন ফিবেপ্তা মখা ওনগনী।"

# ওয়গি চেগপ হৈশুং লৈচোং মচা য়েৎকি খুনিংথেক খোঙচোং খোঙলোন

নোংপোক

নোংপোক্কা মায়ওন্নী

চীঙখৈ

মৈরম

৫শুবা ওয়

৬শুবা য়েৎ

৪শুবা য়েৎ

৩শুবা

য়েৎকি খূকউ লৈতাবা

৩শুবা ওয়

২শুবা য়েৎ

১বা ওয়

অরাং

থবা

মথক্কি অরোয়বা খোঙফম অনিসিদা ওয়গি থক্কি তয়াম্বা কারন ফিরেপ্পা মখা ওনখিবা

কুম্ভ

সঙ্গোঙ

নোংচুপ

**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি চেগপ হৈস্তুং লৈচোং মচা য়েৎকী খুৎনিংথেক্ষ খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১১শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থাংগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, "য়েৎকি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচাদা চোংদুনা নোংপোক ওল্লগা য়েৎকি খুকউ লৈতাগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি থক্কি তয়াম্বা কারন ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি নোংপোক ওল্লগা, ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থাংবা ফাওবদি য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন লেঙদনা থমগনী। "মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচা"দা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তন্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্কনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা নোংপোক ওন্দুনা, য়েৎকি খুকউ লৈতারগা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ তাগনী।" অদুগা য়েৎকি খুকউনা লৈতারিবা অদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা ওয়গি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্ন-থম্না, ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। হেক তাবগা পম্থদনা খুদক্তা য়েৎলোমদা হকচাং তুংহন্ননা লৈরগা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা, খোঙ য়েৎনা মখা পাংনা ৬শুবা খোঙফমদা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তন্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা, খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা মখা পাংনা থাংদোক্লকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি থক্কি থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ্তা মখা ওনগনী।"

# য়েংকি খোঙফম মাপনগি ফূঙ্গা নূঙদুম মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" (২) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফূঙ্গা নূঙদুম মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি থক্কি থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা, নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা লেপকক তৌগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা, ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা নোংপোক্তা মায় ওনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফূঙ্গা নূঙদুম মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১)"য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।"

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফুঙ্গা নুঙদুম মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। মসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- মথক্কি অরোয়বা ৩শুবা খোঙফমদা য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎতুনা লৈখিবা ওয়থাঙদুনা, ওয়গি শেগ্রাক্তা লোনখিবা য়েৎথাঙ্গুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবিদা থাঙ লৈথদুনা হাইথরকপদুগা, নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী।

%১ মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা ৫শুবা খোঙফমদা নোংচুপ ওল্লগা তাগনী। তাবগা লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা নোংপোক ওল্লগা য়েৎকি খুকউ লৈতাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-নোংপোক ওল্লম্বদগি ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নোংচুপ ওল্লগা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়রোমদা লেপ্তুনা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা "মাঙগি য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্থোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফূঙ্গা নূঙদুম মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফৃঙ্গা নূঙদুম মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না, নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা; ৬শুবা খোঙফমগা ৭শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। ৬শুবা খোঙফমসিদনা "ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী। ৭শুবা খোঙফমসিদনা "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পান্থোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলকপদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈথরকপগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মায়ওন্না নোংচুপ নত্রগা কৌব্রুনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফূঙ্গা নূঙদুম মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৪শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৪শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-**"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি ফৃঙ্গা নৃঙদুম মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন-**হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মৎক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৪শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা ওয়্গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংচুপ নত্রগা কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংচুপ নত্রগা কৌব্রু ওল্লগা ৮শুবা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংবগা লোয়ননা; ওয়রোমদা হকচাং মপৃম অমা লৈরগা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। হায়রিবা ৮শুবা খোঙফমসিগা ৯শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। অদুগা ৮শুবা ওয়গি খোঙফমসিদা খোঙ ওয়না চোংবা ফাওবদি মথক্কি অরোয়বা ৭শুবা খোঙফমদা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমখিবদু অদুম্মক লেঙদনা থমগনী।

মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং মপৃম অমা লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংদুনা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোকলেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং মপৃম অমা লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# শরেং মতুপকি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন



**লংদাই খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**শরেং মতুপকি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খোঙ ওয়না ১বা খোঙফমদা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ ওয়-য়েৎনা নোনহাই নোনহন্দা থেনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগী য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, খোঙ ওয়- য়েৎনা নোনহাই নোনহন্দা থেনগদগি খঙচোং- চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় খঙথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খঙচোং চোংখৎলগা খঙথাং থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা খঙনেৎ নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, খোঙ ওয়গি কমলাক্তা য়েৎকি খোঙ হাইফেৎ য়াম্না থুনা য়েপ্লম্বদুগা, ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খূৎলৈ থুনা খঙনেৎ নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, তরুকসি মান্নহনগনী।%১ মসিগি মখা তারকপা খোঙলোন্দা য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা, ৩শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা; য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি হাইরৌ- শদিং"দা নত্রগা "য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন"দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ তরুকসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েংকি চিথেক মরি মচা মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙফম



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈবিবা **৪শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাবগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি যেৎকি থক্কি উবোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈবম্বা অদুদগি ওযরোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈবগা লোযননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, যেৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি থক্কি থোংখোঙ মফৈ- ফিনম ফিবেপ্তা অৱাং ওল্লগা লেপকক তৌগনী।" লেপকক তৌরিঙৈদা থাঙ অনিরক লৈদুনা হাইগনী। হন্দকমুকসু অৱাং অদুম্মক ওল্লগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎ তারগা, মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। হায়বিবা ২শুবা খোঙফমসিগা ৩শুবা খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদসু শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদসু "যেৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- অৱাং অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্তা যেৎলোমদা হকচাং লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা যেৎলোমদা হকচাং লৈসিন্দুনা "মাঙগি থক্কি থোংখোঙ মফৈ-ফৈনম ফিবেপ্তা মখা ওল্লগা লেপকক তৌগনী।" লেপকক তৌবিঙৈদা থাঙ অনিবক লৈদুনা হাইগনী।

# য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ- তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক মখা ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। হেক তাবগা পন্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙয়েৎ নোংচুপ ওন্দুনা তাগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা ওয়রোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা নোংপোক ওল্লগা য়েৎকি খুকউ লৈতাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি থক্কি থোংখোঙ মফৈ- ফৈনম ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক মখা ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকনা ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা ওয়রোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা য়েৎকি খুকউ লৈতারগা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্থোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১)** "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৬শুবা খোঙফমগা ৭শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্ফোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লেপ্তুনা লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা "ওয়গি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্ফোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ- তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৪শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৪শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি চিথেক মরি মচা মাঙ-তুংগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৪শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না, নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৮শুবা খোঙফমগা ৯শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি লৈতাবা থোইখোইবা পান্থোইবি ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, হৌগৎলকপগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি নত্রগা য়েৎকি খাগি নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্তা অৱাং ওনগনী।"

# ওয়গি খোঙকম নিপানগি লৈকোয় মচেৎ খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈকোয় মচেৎ খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নত্রগা য়েৎকি খাগি নোংথাঙ লৈমা ফিবেপ্তা অৱাং ওল্লগা লৈবম্বা অদুদগি ওয়বোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা, ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওযথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ শদিং ফিরেপ্তা মাঙদা য়েৎকি থক্কি থাঙ কারন থম্মগা মখা ওনগনী।"

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈকোয় মচেৎ খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈকোয় মসেং খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা য়েৎকি খোঙনা নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ লেপচানবা (য়াম্না পাকথদবা) ফিরেপ্তা মাঙদা য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা, থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা খঙনেৎ-নেৎথরকপদুগা লোয়ননা ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ হাইফেৎ য়েপ্লম্বদুগা, নোনকাপ হঞ্জিন্দা ওয়গি শৌকাই খোঙচোংদা খঙচোং-চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খঙনেৎ-নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টু-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ লোয়ননা য়াম্না থুনা য়েৎকি কল্লাক ময়াদা ওয়গি খোঙ থাঙ্গৎলগা নম-পোন্দুনা লু-লূকথরগা ৬শুবা খোঙফমদা মিৎকুপ অমত্তং য়েংদুনা লৈগনী।

মসিগি মখা তারকপা খোঙলোনসিদসু অদুম্মক লু-লূকথ-লূকথনা, ওয়গি খোঙতোন লূক্লা ৬শুবা খোঙফমদা ওয়গি খোঙ থাংজিল্লকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুনা লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি ওয়গি লৈকাঙ য়াইমদা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা লৈদুনা নেৎলগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ-হাইফেন্দা চোংদুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন-থম্না ওয়গি লৈকাঙ য়াইমদা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা লৈদুনা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ-শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হারৌ-হাইফেন্দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %৩ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈমা সরাক তঙ্খায় লংদাই খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১)"য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈমা সরাক তঞ্জায় লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না, নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা চাওকান- কান্দুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈমা সরাক চেপলৈ- চেপহুন মপূম"দা লৈরগা চোংদুনা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। হেক তাবগা য়েৎলোমদা হকচাং লেপ্তুনা লৈসিন্দুনা "লেপলৈ তঞ্জায়"দা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা চাওকান কান্দুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি লৈমা সরাক চেপলৈ চেপহুন মপূমদা লৈরগা, চোংঙকইবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা তারমদাই ফাওবদি য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎখিবদু, অদুগা তপ্না- তপ্না কোক কন্দুনা লৈরগা হাইগৎলক্কনী। ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারক্তুনা হেক নেৎথরকপদগি হৌনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা লেপলৈ তঞ্জায়দা, ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না তারমদাই ফাওবসিদা য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ অনিসি অমুক্তদা চপ মান্ননা; ৩/৪রক লৈদুনা হাইরম্মগা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা সম্থোঙদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংগনী।"

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদগি ১০শুবা খোঙলোন ফাওবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমনী।" অদুগা ১বগি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** - (১) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" (২) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নৃঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না সম্ভোঙ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা সম্ভোঙ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা লেপকক তৌগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং চেপ্তুক তৌদুনা মায়না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা মায়না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। হায়রিবা ২শুবা খোঙফমসিগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসি শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং চেপ্তুক তৌরগা মায়না নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈদুনা মায় নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি কোক- কন ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফুঙ্গা নুঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অবোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা নত্রগা শদিংদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি কোক- কন ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা নত্রগা শদিংদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথবকপদুগা, ওয়গি কোক- কন ফিবেপ্তা কোকথক্তা লৈখিবা ওয়থাঙদুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোনখিবা (হাইগৎখিবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়নননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কাবন থম্বদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী।

%১মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়নননা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ৫ শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ৫শুবা খোঙলোন্দা অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংদুনা, সম্থোঙ নত্রগা মখা ওল্লগা ৬শুবা খোঙফমদা ফমদুনা তারগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়নননা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ৫শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ৫শুবা খোঙলোন্দা, অমুক্তদা চপ মান্ননা খোঙ য়েৎ ওয় অনিনা ৬শুবা খোঙফম তম্না চোংখৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ ওয় অনিদুনা পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরগা ফমথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা "মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা সম্থোঙ নত্রগা মখা ওনগনী।"

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইববসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১) "য়েৎথাঙ ওয়াথাঙগি থক্কী ট্‌- হন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন 'অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা খোঙফম**সিদা হান্না সম্থোঙ নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংদুনা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা ওয়গি খোঙনা নোনহাই কোচিনা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি ট্‌- হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ফম্মগা মাঙদা য়েৎকি খাগি থাঙ কারন থমদুনা সম্থোঙ নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলক্লগা, খোঙ ওয়না নোনহাই কোচিদা থেনগদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা খঙচোং- চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি ট্‌- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কম্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা, নোনহাই কোচিদা ওয়রোমদা খোঙ য়াম্না লৈসিন্দুনা নেৎপগা লোয়ননা ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপৃম অমা তঙ্খায় লৈরগা, য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চোংদুনা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা -য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা নোনহাই কোচিদা ৮শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা, খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংচুপ ওনগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৪শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৪শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নৃঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈফোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৪শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৯শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হাইফেত্তং লৈদুনা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা ১০শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। মখা তানা হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হাইফেত্তং লৈদুনা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১০শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১০শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি কোক-কন ফিরেপ্তা লৈগনী।" হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা নত্রগা শদিংদা ১২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, ওয়গি কোক-কন ফিরেপ্তা লৈখিবা ওয়থাঙদুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোনখিবা (হাইগৎখিবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি-খৃৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ১৩শুবা খোঙলোন্দা, খোঙ ওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ১৩শুবা খোঙলোন্দা, খোঙ অনিমক অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংদুনা নোংপোক ওল্লগা ১৪শুবা খোঙফমদা ফমদুনা তারগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি খৃৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ১৩শুবা খোঙলোন্দা খোঙওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ১৩শুবা খোঙলোন্দা অমুক্তদা চপ মান্ননা খোঙ য়েৎ-ওয় অনিনা ১৪শুবা খোঙফম তম্না চোংখৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ-ওয় অনিদুনা পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ১৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরগা ফমথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওনগনী।"

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৫শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৫শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কী টূ-হন নোংথাঙ লৈমা।" (২)"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৫শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৪শুবা খোঙফম**সিদা হান্না নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংদুনা ১৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা ওয়গি খোঙনা নোনহাই কোচিনা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ফম্মগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলক্লগা খোঙ ওয়না নোনহাই কোচিদা থেনগদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা খঙচোং-চোংখৎলগা ১৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টূ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা, ১৬শুবা খোঙফমদা নোনহাই কোচিদা ওয়রোমদা খোঙ য়াম্না লৈসিন্দুনা শদিংদা নেৎপগা লোয়ননা ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা তঙ্খায় লৈরগা, য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চোংদুনা ১৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" 'খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেনদুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা নোনহাই কোচিদা ১৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ - হাইফেন্দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ১৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা মখা নত্রগা মৈরম ওনগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৬শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৬শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নৃঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৬শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৭শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না, মখা নত্রগা মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হাইফেত্তং লৈদুনা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা ১৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা ১৯শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা মখা নত্রগা মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হাইফেত্তং লৈদুনা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১৯শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি কোক- কন ফিরেপ্তা মখা ওনগনী।"

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৭শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৭শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগী লৈঝোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৭শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৯শুবা** ওয়গি খোঙফমসিদা হান্না, মখা ওল্লগা য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈদুনা চেপ্তক তৌরগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক লৈরগা; শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা নত্রগা শদিংদা ২০শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি কোক- কন ফিরেপ্তা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা নত্রগা শদিংদা ২০শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, ওয়গি কোক- কন ফিরেপ্তা কোকথক্তা লৈখিবা ওয়থাঙদুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোনখিবা (হাইগৎখিবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কাবন থম্বদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।

%১ মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি - খূৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ২১শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ২১শুবা খোঙলোন্দা অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংদুনা অৱাং নত্রগা কৌব্রু ওল্লগা ২২শুবা খোঙফমদা ফমদুনা তারগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি- খূৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না ২১শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ২১শুবা খোঙলোন্দা অমুক্তদা চপ মান্ননা খোঙ য়েৎ- ওয় অনিনা ২২শুবা খোঙফম তম্না চোংখৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ- ওয় অনিদুনা পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ২২শুবা খোঙফমদা নেৎথরগা ফমথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙদা য়েৎকি খাগি থাঙ কারন থমদুনা অৱাং নত্রগা কৌব্রু ওনগনী।"

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েংকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৮শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি চশুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১)"য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু- হন নোংথাঙ লৈমা।" (২)"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফুঙ্গা নুঙদুম খোঙফম মাপনগী লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা চশুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২২শুবা** খোঙফমসিদা হান্না অৱাং নত্রগা কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংদুনা ২৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা ওয়গি খোঙনা নোনহাই কোচিনা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু- হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ফম্মগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা অৱাং নত্রগা কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, হৌগৎলক্লগা খোঙ ওয়না নোনহাই কোচিনা থেনগদাগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা খঙচোং- চোংখৎলগা, ২৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টু- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা, ওয়রোমদা য়াম্না লৈসিন্দুনা শদিংদা নোনহাই কোচিনা ২৪শুবা খোঙফমদা নেৎপগা লোয়ননা ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপুম অমা তঙ্খায় লৈরগা; য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চোংদুনা ২৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা নোনহাই কোচিনা ২৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবস্ চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবস্ চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

৯শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ৯শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১)“ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।”

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৯শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২৪শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা, অদুদগী য়েৎলোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ ওয়না হান্না ২৬শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ওয়গি মতুং ইন্দুনা ২৬শুবা খোঙলোন্দা; অমুক্তদা চপ মান্ননা চোংদুনা নোংচুপ ওল্লগা ২৭শুবা খোঙফমদা ফমদুনা তারগা মাঙদা ওয়গি খাগি ওয়গি থাঙ কারন থমগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- “ওয়গি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।” খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ ওয়না হান্না ২৬শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ওয়গি মতুং ইন্দুনা ওয়গি ২৬শুবা খোঙলোন্দা, অমুক্তদা চপ মান্নন্না খোঙ ওয়-য়েৎ অনিনা ২৭শুবা খোঙফম তম্না চোংখৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্কৎলকখিবা খোঙ ওয়-য়েৎ অনিদুনা পূল্লপ অমুক্তদা চপ মান্ননা ২৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরগা ফমথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা “মাঙদা ওয়গি খাগি ওয়গি থাঙ কারন থমদুনা নোংচুপ ওনগনী।”

# য়েৎকি ফূঙ্গা নূঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১০শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ১০শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১)“য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমা।” (২)“য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।” থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি ফৃঙ্গা নৃঙদুম খোঙফম মাপনগি লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১০শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২৭শুবা খোঙফম**সিদা হান্না, নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংচুপ ওল্লগা য়েৎলোমদা অৱাং পাংনা ফৈনা খঙচোং-চোংথোক্লুনা; ২৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -“য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমনী।” খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ফম্মগা মাঙদা ওয়গি খাগি ওয়গি থাঙ কারন থম্মগা নোংচুপ ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলক্লগা খোঙ ওয়না, নোনহাইদা থেনগদগি নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা অৱাং পাংনা ফৈনা খঙচোং-চোংথোক্লুনা ২৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা ফৈনা চোংথোক্লগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টু-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কম্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২৯শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলগা, ওয়রোমদা হুকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা চোংদুনা ৩০শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না “য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।” খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২৯শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হুকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ শদিংদা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩০শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩০শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা “মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা অৱাং কৌব্রু ওনগনী।”

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন - অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি নাক অনিগি শদিং শাথেক লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (৪)"য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন মরিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি নাক অনিগি শদিং শাথেক লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা, **৩০শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না অৱাং কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা, য়েৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা খোঙ ওয়না ফেল্লগা চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা নোংচুপ ওনগনী। পম্বদনা খুদক্তা অমুক হন্না ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা য়েৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ ওয়না ফেল্লগা চোংদুনা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা অৱাং কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক"তা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা য়েৎকি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা শদিং শাথেক্তা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী। পম্বদনা খুদক্তা অমুক হন্না ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা য়েৎকি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা শদিং শাথেক্তা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈগনী। হকচাংদি লেপ্তুনা ওয়রোমদা অদুম্মক খজিক্তং লৈরগা য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী।

হন্দকমুক্তা নোংচুপ ওল্লগা লৈরিবা অদুদগী য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা "ওয়গি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক"তা, খোঙ য়েৎনা ফেল্লগা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী। পম্বদনা খুদক্তা অমুক হন্না য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা খোঙ য়েৎনা ফেল্লগা চোংদুনা, ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না নোংচুপ ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগী য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ

য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা ওয়গি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা শদিং শাথেক্কা লোয়ননা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী। পম্থদনা খুদক্তা অমুক হন্না য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা ওয়গি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা শদিং শাথেক্কা লোয়ননা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহল্লগা খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈগনী। হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক খজিক্তং লৈসিল্লগা ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা, "য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা নোংচুপ অদুম্মক ওনগনী।"



যেৎকি থক্কি নাক্তা যেৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্মগা যেৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংচুপ ওনবা



# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি নাক অনিগি শদিং শাথেক লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



অহানবদা খঙগদবা

> যেৎকি খোঙফম তরুক্কি নাক অনিগি শদিং শাথেক লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোনসিনা অরোয়বনিনা ৩/৪রক হঞ্জিন্দুনা থুনা থাঙ হাইগদবনী।

> **যেৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১)"যেৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**যেৎকি খোঙফম তরুক্কি নাক অনিগি শদিং শাথেক লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ২শুবা যেৎকি খোঙফমসিদা হান্না নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা যেৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা খোঙ ওয়না ফেল্লগা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎ তারগা নোংপোক ওনগনী। হেক তাবগা পম্বদনা খুদক্তা অমুক হন্না ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা যেৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ ওয়না ফেল্লগা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ যেৎ তারগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "যেৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না যেৎকি থক্কি নাক্তা যেৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা যেৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা যেৎকি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা শদিং শাথেক্কা লোয়ননা নেৎথরকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্বদনা খুদক্তা অমুক হন্না ওয়রোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা যেৎকি থক্কি নাক্কি শদিং শাথেক্তা, খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ যেৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা যেৎকি থক্কি নাক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ যেত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিং শাথেক্কা লোয়ননা নেৎথরকপদুগা, যেৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি যেৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা, যেৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হন থাঙহাইগা ঈরোয়ননা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরুমগনী।"

## অহানবা খণ্ডগদবা-

*থাঙহাইরোলগী মনুংদা লৈরিবা লৈতেং*
*থাঙহাই অয়াম্বনা লংদাই খোঙলোন হাপ্তবা*
*য়াদে। লংদাই খোঙলোন হাপ্তুনা হাইবা*
*থাঙহাইদগী লংদাই খোঙলোন হাপ্লগা হাইবা*
*থাঙহাইনা হায়নিংঙাই লৈতনা লম য়ৌনা*
*অদুক্কি মতিক ফজবা হেল্লি হায়দুনা*
*পাউরৌ - পাছ্থু কয়া তৌদুনা শিংথানরিবনী।*
*অদুবু অথৌ লোইমোমগা শিনৌ - লৌশিরেনগা*
*থাঙহাই অনিসিদি লংদাই খোঙলোন হাপ্লগা*
*থাঙ হাইবসু চংলৈ। লংদাই খোঙলোন হাপ্তুনা*
*থাঙ হাইবসু চংলৈ। থাঙ হাইগদৌরিবা*
*মী- মীদুগী পুক্নিংগী অপাম্বা মতুংইন্না তৌবদা*
*করিসু অকায়বা লৈতে। মহাক্কি অপাম্বদুমক*
*নিংথৌগী সনা য়াথংনী। হোংবা য়াদে।*

# ওয়গি লৈহুন চেগপ লৈচোং মচাদা থৌগল খোঙলোনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**অহানবদা খণ্ডগদবা**-অহানবা চোংথোক্লিবা ওয়গি লৈহুনসিনা থাঙ হাইগদৌরিবা মফমদু য়ৌবা ঙমদ্রবদি ওয়গি লৈহুনসিদা অমুক্কা হন্না অনিরক শুনা চোংগদবনী।

ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি কুপ তরং মসুং নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি লৈহুন চেগপ লৈচোং মচাদা থৌগন খোঙলোনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি থাঙ হাইরমদাইদা মনুংদগি চোংথোক্লনবা অমসুং থৌগন খোঙলোনগা পক্লবা খোঙলোন্নী। চোংথোক্লমদাইদা মখা মায়কৈদা লৈরগা খোঙ ওয়না লমলেম খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা নেৎলগা "মাঙগি থক্কি থোংখোঙ শদিং মফৈ ফিরেপ"তা লেপ্তুনা মাঙদা ওয়গি থক্কি থাঙ কারন থমগনী। লোয়ননা হকচাংনা নোংচুপ ওল্লগা মায়না অৰাংদা চেপ্পা য়েংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি লৈহুন্দা মনুংদগি চোংথোক্লক্তুনা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা ৩শুবা খোঙফমদা তাগনী। হেক তাবগা পন্থদনা খুদক্তা লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা হকচাংনা কৌব্রু ওল্লগা মায়না অৰাংদা চেপ্পা য়েংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং মসুং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি থক্কি থোংখোঙ শদিং মফৈ ফিরেপ্তা লেপ্তুনা মাঙদা ওয়গি থাঙ কারন থম্বগা লোয়ননা হকচাংনা নোংচুপ ওল্লগা মায়না অৰাংদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা ওয়গি লৈহুন্দা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা ওয়গি লৈহুন্দা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাগৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা তুংহন্ননা লৈরগা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা অৰাং পাংনা ৩শুবা খোঙফমদা থাংদোক্লকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা হকচাংনা কৌব্রু ওল্লগা মায়না অৰাংদা চেপ্পা য়েংগনী। লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী।"

# ওয়্গি লৈহুন চেগপ লৈচোং মচাদা থৌগন খোঙলোনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি লৈহুন চেগপ লৈচোং মচাদা থৌগন খোঙলোনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগী মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোননী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না অৱাংদা মায় চেপ্তুক্না য়েংঙগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক লৈরগা, ৪শুবা খোঙফমদা মখা পাংনা খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাংদোকপগা লোয়ননা "য়েৎকি চোমলাং অহনবি" ৩/৪রক লৈদুনা থাঙ হাইগনী। লোয়ননা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংদোক্লগা "ওয়গি থক্কি তয়াম্বা ফিরেপ্তা অৱাং ওনগনী।" হন্দকমুক্লা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। হেক তাবগা পন্থুদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং, ওয়- ওয়ননা লৈরগা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্কনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, নোংপোক ওল্লগা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদুগা, মাঙদা য়েৎকি থক্কি থাঙ কারন থম্বদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১ লোয়ননা "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ- হনগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা লাইগা শিন্তাকপগা খুরুমগনী।" মায়ওন্না নোংপোক্লী।

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম মঙাগি লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**ওয়গি খোঙফম মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** - (১) "ওয়থাঙ য়েৎথাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম মঙাগি লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা পরে চঙখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তাবকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৫শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা মঙাবক চোংদুনা চৎকনি। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়থাঙ য়েৎথাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়বোমদা হকচাং লৈবগা লোযননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোন অসিদসু ওয়বোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়বোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওযথাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকুমুকসু ওয়বোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওযথাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওযদুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথবকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অবোয়বসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহগনী। মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, "য়েৎকি থক্কি তযাম্বা ফিরেপ" তারকপদুগা, অনিসি মান্নহনবগা লোযননা নোংপোক ওনগনী।

# য়েংকি খোঙফম অহুমগি তুংলম কৃষ্ণা লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১)** "য়েৎকী চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি তুংলম কূপ্পা লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা লৈকাঙ অচৌবদা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। খোঙ য়েৎনা থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুমলক লেপকক-লেপকক তৌনা চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা খোঙলোন্না "য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমানী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি তয়াম্বা ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা, লেপকক-লেপকক তৌবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা লৈকাঙ অচৌবদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তাবকপসিদা চোংখৎলগা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথবকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌবিঙৈদুদা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎত্রিঙৈ মবক্তুদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙ অমুক্তং লৈদুনা হাইরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখত্তুনা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদুদা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎত্রিঙৈ মরক্তুদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙ অমুক্তং লৈদুনা হাইরগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হকচাংগি য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিনবগা ঈবোয়ননা যেৎথাঙ ওয়থাঙ অমুক্তং লৈদুনা হাইগনী। লোয়ননা "য়েৎকি নাক্কি থক্কি থোঙখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা নোংচুপ্তা লৈসিনগনী। মায়না মখাদা চেপ্না য়েংগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম অহুমদা মাঙদা শমজি খাইদুনা কাবা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "য়েৎকী কামজাও হুনবা নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম অহুমদা মাঙদা শমজি খাইদুনা কাবা মপূগ খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মায়না মখাদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হুকচাং খিত্তং লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচৎকি শদিং খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুল্লক চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি কামজাও হুনবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি নাক্কি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হুকচাংনা নোংচুপ্তা লৈসিন্দুনা মায়না মখাদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হুকচাং খিত্তং লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা শগোল খোঙচৎকি শদিং খোঙথাংদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচৎকি শদিং খোঙথাংদা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচৎকি শদিং খোঙথাংদা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, নোংপোক ওল্লগা "য়েৎকি থক্কি তাথরকপা ফিরেপ" তারকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী।

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈরোই ফৈচৎ খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**ওয়গি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমা" (২) "ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ য়েৎলোমদা মনিং হনবা নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈরোই ফৈচৎ মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংগনী। লোয়ননা খোঙ ওয়না ১বা খোঙফমদা শদিংদা চাওকান- কানগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমানী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না "য়েৎকি তাংথরকপা ফিরেপ"তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংঙগনী। অদুগা শদিংদা চাওকান- কানগদগি ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা চাওকান কাল্লগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোন্দনা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদা "য়েৎকি শাথৌ-খোঙচোং"দা চোংঙগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদসু "ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমা অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্নগি মায়ওন্দুদা অদুম্মক ওল্লগা য়েৎকি শাথৌ খোঙচোংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শাথৌ-খোংচোংদা চোংখৎলুরগা থাংদোক্লকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা থাঙ্গৎলকখিবা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্থদনা খুদক্তা খোঙ ওয়না ৪শুবা খোঙফমদগি খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা শদিংদা থাঙ্গৎলম্মগা অমুক হঞ্জিন্দুনা ৪শুবা খোঙফমদা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ য়েৎলোমদা মনিং হনবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদগি খোঙ ওয়না শদিংদা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈদা য়েৎলোমদা থাঙ মনীং- হন্দুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ৪শুবা খোঙফমদগি শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা অমুক হঞ্জিন্দুনা তারকপদুগা, মনিং হন্দুনা হাইগৎখিবা থাঙ অনিদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। হেক তাবগা পম্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং তুহন্ননা লৈরগা ওয়- ওয়নবা খোঙথাংদা খোঙ

ওয়না ৬শুবা খোঙফমদা অৱাং পাংনা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদসু ওয়থাঙ য়েৎথাঙগি পূমলৈ অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা খোঙ য়েৎনা চোংখৎলকপদা য়েৎকি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা; তুংহন্ননা লৈরগা ওয়- ওয়নবা খোঙথাংদা ৬শুবা খোঙফমদা অৱাং পাংনা থাংদোক্লকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা হকচাংনা নোংপোক ওল্লগা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংদুনা "য়েৎকি লৈতাবা শাংখৈবা মফৈ ফিরেপ্তা য়েৎথাঙনা লীরি চিংগনী।"



যেৎকি লৈতাবা শাংখৈবা মফৈ ফিবেপ্তা
হকচাংনা নোংপোক ওল্লগা মাযনা অৱাংদা
চেপ্পা যেংদুনা যেৎথাঙনা লীবি চিংবা



# ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈরোই ফৈচং খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "ওয়গী থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি লৈরোই ফৈচং খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না হকচাংনা নোংপোক ওন্দুনা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা খোঙ য়েৎনা ৭শুবা খোঙফমদা লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ লৈদুনা থাংগনী। থাংবগা ঈরোইননা য়েৎলোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ৱাংনা চোংখৎলগা খোঙ ওয়না ৮শুবা খোঙফমদা নোংপোক ওল্লগা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি শাংখৈবা মফৈ ফিরেপ্তা য়েৎথাঙনা লীরি চিংঙগা হকচাংনা নোংপোক ওন্দুনা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা, "লৈকাঙ অচৌব"দা শদিংদা নত্রগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ লৈদুনা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা লৈকাঙ অচৌবদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্বদনা খুদক্তা লেপ্তুনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়নননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ৱাংনা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা "ওয়গি থক্কি পাম্ভোইবি ফিরেপ"তা নত্রগা "ওয়গি লৈতাবা পম্ভোইবি নুংওন ফিরেপ"তা নোংপোক ওনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি লৈরোই ফৈচৎ মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** - (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পূমলৈ ওয়রোমদা মনিং হনবা নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি লৈরোই ফৈচৎ মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৭শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা ১বা খোঙফমদগি থাংগৎলগা অমুক হঞ্জিন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমনী"। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি থক্কি পাম্বোইবি ফিরেপ্তা নত্রগা ওয়গী লৈতাবা পাম্বোইবি নুংওন ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্না অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা ১বা খোঙফমদগি থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা লৈখৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা ১বা খোঙফমদগি থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা অমুক হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোন্দনা খোঙ ওয়না ২শুবা খোঙফমদা "ওয়গি শাথৌ খোঙচোং"দা চোংঙগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদসু "য়েৎথাঙ ওয়থার্ঙগি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্নগি মায়ওন্দু অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি শাথৌ খোঙচোংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শাথৌ খোঙচোংদা চোংখৎলুরগা থাংদোক্লকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পন্থদনা খুদক্তা খোঙ য়েৎনা ৪শুবা খোঙফমদগি খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন- অচৌবদা শদিংদা থাঙ্গৎলম্মগা অমুক হঞ্জিন্দুনা ৪শুবা খোঙফমদা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পূমলৈ ওয়রোমদা মনিং হনবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদগি খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি পূমলৈদা ওয়রোমদা থাঙ মনীং হন্দুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা ৪শুবা খোঙফমদগি শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা অমুক হঞ্জিন্দুনা তারকপদুগা, মনিং হন্দুনা হাইগৎখিবা থাঙ অনিদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। হেক তাবগা পন্থদনা খুদক্তা য়েৎলোমদা হকচাং তুংহন্ননা লৈরগা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ৬শুবা খোঙফমদা মখা পাংনা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদসু য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি

পূমলৈ অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা -য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লৈরগা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ওয়গি চেগপ লৈচোং মচাদা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা, তুংহন্না লৈরগা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা ৬শুবা খোঙফমদা মখা পাংনা থাংদোক্লকপদুগা; য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা হকচাংনা নোংপোক ওল্লগা মায়না মখাদা চেপ্না য়েংদুনা “ওয়গি লৈতাবা শাংখৈবা মফৈ ফিরেপ্তা ওয়থাঙনা লীরি চিংগনী।”

ওয়গি লৈতাবা শাংখৈবা মফৈ ফিরেপ্তা
হকচাংনা নোংপোক ওল্লগা মায়না মখাদা
চেপ্পা য়েংদুনা ওয়থাঙনা লীরি চিংবা





# ওয়গি মাঙগি নাক্তা খোঙফম মঙাদা ফেল্লেননা কাবা ঙকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন

**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**ওয়গি মাঙগি নাত্তনা খোঙফম মঙাদা ফেন্নেননা কাবা ঙকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না হকচাংনা নোংপোক ওন্দুনা মায়না মখাদা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না হকচাংনা নোংপোক ওন্দুনা মায়না মখাদা চেপ্লা য়েংঙগা ওয়গী থক্কি শাংখৈবা ফিরেপ্তা ওয়থাঙনা লীরি চিংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু হান্নগুম্না ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনি। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ'তা চীঙখৈ ওনগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈসিন্দুনা লৈকাঙ অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙয়েৎ লৈদুনা থাংবগা লোয়ননা, ৫শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - "য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা" ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ

য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারক্লিবা হন্দকমুক্কি খোঙলোনসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মব লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, লোয়ননা কোকথক্তগি ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা, চপ মান্ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা সম্থোঙ ওনগনী।"



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা, চপ মান্ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা সম্থোঙ ওনবা



# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মপূমদা য়েৎকি লুতুংদা ফেল্লেননা কূম্বা খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১)** "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মপূমদা য়েৎকি লুতুংদা ফেল্লেননা কুম্বা খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না সম্থোঙ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা থাংগনী। থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ- লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চিহাইদা সম্থোঙ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ওয়গি খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা চোংখৎলগা, ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা, ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্পুনা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপুম অমা হাইবগা লোয়ননা, ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা "য়েৎকি থক্কি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ্পা চীঙখৈদা মায় লৈসিন্দুনা তুংহন্ননা য়েংগনী।" পম্থদনা খুদক্তা য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা খঙলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি থক্কি তয়াম্বা শরক ফিরেপ্পা খা-মৈরম ওনগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয়দা য়েৎকি লুতুংদা ফেল্লেননা কৃম্বা খোঙফম অনি হনবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয়দা য়েৎকি লুতুংদা ফৌন্নেননা কুম্না খোঙফম অনি হনবা খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না খা-মৈরম ওল্লগা লৈরম্না অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা ১শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা থাংগনী। থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিদগী হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুল্লক চোংদুনা চৎগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি থক্কি তয়াম্বা শরক ফিরেপ্তা খা-মৈরম ওল্লগা লৈরম্না অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙহন য়াইমদা নত্রগা খোঙহন অচৌবদা চোংখৎলগা" ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোন অসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম অমা হাইবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা "য়েৎকি থক্কি থোইখোইবা পাম্ভোইবি ফিরেপ্তা সম্থোঙ ওনগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয়দা য়েৎকি লুতুংদা ফেল্লেননা কূম্বা খোঙফম অনি হনবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয়দা য়েৎকি লুতুংদা ফৌল্লেননা কুপ্পা খোঙফম অনি হনবা খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না সম্বোঙ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৪শুবা খোঙফমদা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাঙ্গনী। অদুগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং ঙম্বমখৈ ব্রাংনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি থক্কি থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ্তা সম্বোং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ লৈদুনা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎনা শদিংদা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বসিদসু হান্নগুম্না য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লেপ্তুনা লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ব্রাংনা চোংখৎলগা, ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি, খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা চিঙখৈ নত্রগা নোংপোক ওনগনী।"

# ওয়াগি ঙকচোয় খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

১ বা খোঙলোন



**ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**ওয়গি ঙকচোয় খোঙফম মঙাগী ফৈচৎ নৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না চীঙখৈ নত্রগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গী খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা চীঙখৈ নত্রগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা, "২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারক্লিবা খোঙলোনসিদসু হান্নগুম্না ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিনবগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপূম অমা অমুক্তং লৈদুনা হাইরগা, "য়েৎকি থক্কি" নত্রগা "য়েৎকি খাগি", "তয়াম্বা লু- তুং ফিরেপ"তা মখা ওনগনী।"

# ওয়গি ঙকচোয় খোঙফম মঙাগি ফৈচৎ লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদব থাঙলোন্না - (১) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**ওয়গি ঙকচোয় খোঙফম মঙাগী ফৈচৎ লৈকোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাংগনী। অদুগা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা নোংপোক ওল্লগা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি থক্কি নত্রগা য়েৎকি খাগি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ্তা মখা ওন্দুনা লৈরম্বদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা লৈদুনা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বা অসিদসু হান্নগুম্না য়েৎলোমদা অদুম্মক হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙ হাইদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ- লৈসিন্দুনা, "ওয়গি তয়াম্বা শরক ফিরেপ"তা কৌব্রু নত্রগা অৱাং পাংনা লৈসিন্দুনা য়েংগনী। পন্থরমদনা ওয়রোমদা অমুক হকচাং খঙলৈ লৈসিন্দুনা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্বোইবি ফিরেপ"তা অৱাং ওনগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় ফেল্লেননা য়েত্তা কাবা ঙকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় ফেল্লেননা য়েত্তা কাবা ঙকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্থোইবি ফিরেপ্তা অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিগি মখা তারকপা খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্থোইবি ফিরেপ্তা" মৈরম ওনগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা অচৌবদা য়েৎকি ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ লৈদুনা থাংবগা লোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ লৈদুনা শদিংদা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ

য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা খোঙ লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বগী খোঙফম অসিদসু লেপ্তুনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগীদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক ওনগনী।"



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ-লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক ওনবা



# ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় ফেম্লৈননা ওয়দা কূম্বা ঙকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন

নোংপোক

নোংপোক্লা মায়ওন্নী

৫শুবা ওয়

৪শুবা য়েৎ

১বা ওয়

নোংচুপ

**ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় ফেল্লেননা ওয়দা কূম্বা ঙঃকচোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন-** হাযরিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, "ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনি।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বাখোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনি। হন্দকমুক্কি খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা য়েৎকি থক্কি ইরৈ মপুম অমা হাইবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা "য়েৎকি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ্পা খা- মৈরম ওনগনী।"

হন্দকমুক্তা য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা লৈরগা "য়েৎকি খোঙফম ৱাংমগি লৈকাঙ অচৌবা" ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাংগনী। পন্থদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা অমুক্তং ঙস্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা -য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা য়েৎকি খোঙফম ৱাংমগি লৈকাঙ অচৌবদা শদিংদা লৈদুনা' ৪শুবা

খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বা খোঙলোনসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা "শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা" ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ইরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ- লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ" লৈতারগা "য়েৎকি চীহাইদা সম্থোঙ নত্রগা নোংচুপ ওনগনী।"



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি
মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা
থাঙহাইদুগা ইরোয়ননা
য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ
লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ"
লৈতারগা "য়েৎকি চীহাইদা
সম্থোঙ নত্রগা নোংচুপ ওনবা

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় য়েৎকি নাক্তা ফেল্লেননা কাবা তেলঙ্গা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।**

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় য়েৎকি নাক্তা ফেল্লেননা কাবা তেলঙ্গা মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না সম্থোঙ নত্রগা নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চিহাইদা সম্থোঙ নত্রগা নোংচুপ ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংগি খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্তা মৈরম ওনগনী।" হন্দকমুক্না য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা লৈরগা "য়েৎকি খোঙফম ৱাংমগি লৈকাঙ অচৌবা" ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ শদিংদা লৈদুনা থাংগনী।

পম্থরমদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্নমখৈ ৱাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা লৈরগা খোঙফম ৱাংমগি য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা শদিংদা লৈদুনা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা,

ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বা খোঙলোনসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ঙম্বমখৈ ৱাংনা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ - লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা "য়েৎকি চীহাইদা চীঙখৈ ওনগনী।"

**খঙজিনগদবা-**

থাঙহাইরোলগি মনুংদা লৈরিবা খোঙলোন পুন্নমকসি য়েকপদা খোঙ য়েৎ- ওয়না লেপ্তুনা লৈরিবা খোঙফমসিংদা ওল্লিবা মায়ওনসিং অসি হোংদোক্লিংবা কয়া লৈরবসু তম্বা মতমদদি য়েক্লিবা খোঙফম অদুদা লেপ্লিবা মায়ওন অদুগি মতুং ইন্না করিমত্তা শোয়নবা লৈতনা কায়দনা অদুম্মক তমগদবনী। হৈরবা মতুংদা তম্বদা চোংখিবা খোঙচোংগি শক্তমশিং অদুদি করিমত্তা কায়হন্দনা চোংঙগা চোংঙক- চোংঙকপা খোঙফম খুদিংগি ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াই। মসি খোঙলোন অমসুং খোঙফমগি হৌনশানী। অদুম্ন দি ওইরগা ওন্নিং- ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াদবা মশাগি ওইনা অরেপ্পা মায়কৈ অমদা ওন্দুনা লৈবা খোঙফম কয়া অমসু লৈরি। মায়ওন হোংদোক- হোংজিন তৌবা য়াদবসিং অসিদি মশাগি চপ চানা ওনগদবা মায়কৈদা মায়ওন চুপ্পা শেম্লিংঙাই লৈতনা ফজনা খোঙফম চেৎনা লৈখ্রবনিনা মসিদা থোইদোক্লা মিৎয়েং চঙনিংঙাই লৈতে।



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা
থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা
ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ -
লৈসিন্দুনা "ওয়গি খুকউ লৈতারগা
"য়েৎকি চীহাইদা চীঙখৈ ওনবা



# য়েৎকি খোঙফম মরিগি শেনা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোল্লা-** (১) "য়েৎকি তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি লৌয়ে হুমাই নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (৪) "য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন মরিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম মরিগি শেনা মপূম খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি মখা তারকপা খোঙলোল্লী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৪শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না চিঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা নোংপোক ওনগনী। অদুগা ১বা খোঙফমগা ২শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেল্লগা খোঙ য়েৎখক্তনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। অনিরক চোংদুনা চৎপসিদা অনিরক লেপকক লেপকক তৌরগা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোল্লা -"য়েৎকি তিম্বোং থাংগোন লেনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চিহাইদা চিঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা নোংপোক ওন্দুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎকি তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মখাদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্কি ২শুবা খোঙফমসিদসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মখাদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, তিম্বোং থাঙ্গোল লেনবি থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মখাদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। লোয়ন- লোয়ননা "ওয়গি লৌয়ে হুমাই নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোনগা লোয়ননা ওয়গি নাকল্লোমদা তাংজ শাথেক্তা হকচাং চেপ্পা, লৈনা থেক্ল- হাইনা, হুম্না লৈথরম্মগা, য়েৎলোমদা "য়েৎকি লৌয়ে হুমাই নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোনগা লোয়ননা লৈখৎলক্তুনা তাংজ- শাথেক্তা হকচাং চেপ্পা, লৈনা, থেক্ল- হাইনা, হুম্না য়েৎকি নাকল্লোমদা লৈথরক্কনী। অদুগা অমুক হান্না ওয়রোমদা ওয়গি লৌয়ে হুমাই নোংথাঙ লৈমা থাঙলোনগা লোয়ননা লৈখৎলক্তুনা তাংজা শাথেক্তা ওয়গি নাকন্দা লৈথরগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি

থাঙ কারন থমগনী। পন্থদনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংবগা ঈরোয়ননা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাংদোক্কনী। তুংহন্ননা খোঙ থাংদোকপসিদা "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন হাইবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা "চোমলাং শাথেক"কা লোয়ননা য়েৎকি চোমলাং অহনবি থাঙহাইদা ৩/৪রক্তং লৈদুনা হাইগনী।



ওয়গি লৌয়ে হুম্মাই শাথেক্তা ওয়রোমদগি য়েৎলোমদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈখৎলকপা



"চোমলাং শাথেক"কা লোয়ননা য়েৎকি চোমলাং অহনবি থাঙহাইদা নোংপোক ওল্লগা ৩/৪রক্তং লৈদুনা হাইবা

# ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মাঙদা কাবা ঙকচোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মাঙদা কাবা শুকচোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা খোঙহন অচৌবদা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। খোঙ ওয়না থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমানী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙহন অচৌবদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফমদগি খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিগি মখা তারক্লিবা খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা "য়েৎকি লৈতাবা থোইখোইবা নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।" মসিদগী য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ৪শুবা খোঙফমগা ৫শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা -য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা

খোঙ য়েক্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি, খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা লোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা "য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনগনী।"



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তগি থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা লোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং খংলৈ লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনবা



# ওয়াগি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মাঙদা কাবা ঙকচোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "ওয়গি থক্কি লৈফন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি থক্কি কামজাউ হুনবা নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মাঙদা কাবা ঙকচোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক নত্রগা মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগী, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "ওয়গি থক্কি লৈফন তঙ্খায় অমা" মৈরম মায়কৈ য়ৌবদা হাইবা লোইগনী। লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা খোঙ য়েৎনা ফেল্লগা খোঙ ওয় ৱাংনা থাঙ্গৎলগা চোংখৎতুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তারগা নোংপোক ওনগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি কামজাউ হুনবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা খোঙ য়েৎনা ফেন্দুনা ৱাংনা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, কামজাউ হুনবা থাঙহাইদা য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, কামজাউ হুনবা থাঙহাইদা মথক্তা লৈখৎলকখিবা য়েৎথাঙদুনা মখাদা হাইথরম্মগা মথক্তা অমুক লৈখৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা তাংথরকপা শাথেক্কা লোয়ননা থাঙ ৩/৪রক লৈদুনা হাইরম্মগা "য়েৎকি থক্কি তাংথরকপা ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# ওয়গি খোঙফম অনিদা শমজি খাইদুনা কূম্বা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



**খোঙফম লৌসিনবা-** মথক্কি ৫৩শুবা লামায়দা য়াওখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফম অনিদুদা লেপখিবসি খোঙ অনিদু ওয় ঙাক্কনী। অদুনা ৫শুবা ওয়গি খোঙফমসিগি মহুত্তা মখাগি থংনবা ৪শুবা য়েৎকি খোঙফমসি ওয়না মখা চৎথরক্লিবা খোঙলোনসিদা লৌসিন্দুনা হাপ্পনী।

**ওয়গি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" (২) "য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা" (৩) "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা" (৪) "ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা।" থোঙলোন মরিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম অনিদা শমজি খাইদুনা কূপ্না মপূম খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা ওয়**গী খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংঙগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্কনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা ওয়রোমদা লৈসিল্লগা মখা ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি থক্কি তাংথরকপা ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা ওয়রোমদা অদুম্মক লৈসিনবগা লোয়ননা "য়েৎকি খাগি ইরৈ তঙ্খায় অমা" হাইবা লোইদুনা মখা ওল্লকপদা "য়েৎকি থক্কি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ তাগনী।" হন্দকমুক্তা য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না থাঙ্গৎলকপদুগা খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা তুংহন্ননা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিনবগা লোয়ননা "ওয়গি খাগি ইরৈ তঙ্খায় অমা" হাইবা লোইদুনা অৱাং ওল্লকপদা "ওয়গি থক্কি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ তাগনী।"

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি শেলোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**ওয়গি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি শেলোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১বা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা নোংপোক ওন্দুনা ওয়গি খোঙহন য়াইমদা নত্রগা ওয়গি খোঙহন অচৌবদা খোঙ ওয়না ১বা খোঙফমদা থাংগনী। খোঙ ওয়না থাংঙিবা ১বা খোঙফমসিগা ২শুবা খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি থক্কি তয়াম্বা লুতুং ফিরেপ্তা অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি খোঙহন য়াইমদা নত্রগা ওয়গি খোঙহন অচৌবদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফমদগি খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্নুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎকি পাম্বোইবি লাইখন ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী। অদুগা ২শুবা খোঙফমদা লৈরিবা খোঙ য়েত্নুনা নোংপোকলোমদা "মাঙগি য়েৎকি খোঙহাই খোঙকাও"দা কাওথোকউবগা কাওথোকউরিবা খোঙ য়েত্তু হঞ্জিল্লকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা য়েৎকি খোঙনীঙনা নীঙ য়ৈনা চোংখৎকনী। লোয়ননা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা মখা ওল্লগা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -"য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - ২শুবা খোঙফমদা লৈরিবা খোঙ য়েত্নুনা "মাঙগী য়েৎকি খোঙহাই খোঙকাও"দা কাওথোক্কদগি খোঙ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) "য়েৎকি পাম্বোইবি লাইখন"দা মখা থংঙিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা মাঙগি য়েৎকি খোঙহাই খোঙকাওদা কাওথোকউবা খোঙ য়েত্তুগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা খোঙ য়েৎনা নেৎথরকপদুগা, ৩শুবা খোঙফমদা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা মখা ওনগনী।"

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি শেলোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**ওয়গি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি টৃ- হন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকী কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অনিসিনী।**

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি শেলোয় খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগী মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক মখা ওল্লগা ৪শুবা খোঙফমদা শৌকাই খোঙচোং খঙচোং চোংঙগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা লু- লূকথরগা নম পোন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি টৃ - হন্দা মাঙদা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনি। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- মখা ওল্লগা শৌকাই খোঙচোংদা খঙচোং চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টৃ- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। লোয়ননা খোঙ ওয়গি খুদোন্না৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী টৃ- হন্দা অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা খা - সম্থোং ওল্লগা মাঙদা য়েৎকি থক্কি থাঙ কারন থম্বদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু খা- সম্থোঙ অদুম্মক ওল্লগা খোঙ ওয়না শদিংদা খোঙহন মচাদা ৬শুবা খোঙফমদা থাংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈমা শরাক চেপহন মপূমদা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা, হকচাংগি য়েৎলোমদা লেপ্তুনা অদুম্মক লৈসিন্দুনা লেপলৈ মপূমদা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। লেপ্পা লৈতনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা "য়েৎকি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ"তা মৈরম ওনগনী। খোলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- খা সম্থোঙ ওল্লগা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী।

মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি লৈমা শরাক চেপলৈ চেপহন মপূমদা লৈরগা চোংঙিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা তারমদাই ফাওবদি মথক্কি ৬শুবা খোঙফমদা য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎখিবদু অদুম্মক লেপ্তুনা হাইগত্তুনা লৈগনী। ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা হেক তারকপদগি হৌনা য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লৈসিন্দুনা লেপলৈ মপূমদা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না তারমদাই ফাওবসিদা য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ অনিমক অমুক্তদা চপ মান্ননা ৩/৪রক লৈদুনা হাইগনী। অদুগা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না তারকপগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগা লোয়ননা লৈসিনমিন্নদুনা য়েৎকি থক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা মৈরম ওনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মঙাদা ওয়দা লাংদুনা ফেল্লেননা কারগা ফৈহুন লাংবা মপূম খোঙচোং খোঙলোন



অহানবা খঙগদবা- খূৎ অনিমক তিংথোক্তুনা চাওনা হাই-হুম্বগা লোয়ননা হকচাং থেক্লা - লৈনা চাওহাই হাইবা থাঙহাইদুবু "কামজাউ হুনবা কৌই।" খূৎ কোনসিল্লগা পীক্ল া হাইবা থাঙহাইনা "খাগি লাইরেন মমৈ কৌই।" থাঙহাই অনিসি চপ মান্নে। অমনা চাওনা লৈদুনা হাইবনি অমনা পীক্লা লৈদুনা হাইবনী। মদুদা মমিং অনি থোক্লা থোনবনী।

য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোয়া - (১) "ওয়গি লৈফন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি খাগি লাইরেন মমৈ নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়গি থক্কি ইরৈ মপূম নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন

**য়েৎকি খোঙফম মঙাদা ওয়দা লাংদুনা ফেল্লেননা কারগা ফৈহুন লাংবা মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎকি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং লৈরক্তুনা চিঙখৈ ওল্লকপদা, ওয়গি থক্কি লৈফন মপূম অমা হাইবা লোইরগা য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় তাগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা মৈরম ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগী ওয়রোমদা হকচাং লৈরকপগা লোয়ননা, য়েৎকি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংদা খোঙ ওয়না নোম্মগা ফেন্দুনা শদিংদা খোঙ য়েৎনা চোংখৎলগা, চীঙখৈ ওল্লকপদা ওয়গি থক্কি লৈফন মপূম অমা হাইবা লোইগনী। লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা কৌব্রু মায়কৈ য়ৌরকপদা য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় তাগনী। কারন তঙ্খায় হেক তাবগা য়েৎলোমদা হকচাং লৈদুনা য়েৎকি তাংজ শাথেক্কা য়েৎথাঙগা লোয়ননা হাইরকপা থাঙদুনা নোংপোক ওল্লকপদা তুংগি খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী।

হন্দকমুকসু চীঙখৈ অদুম্মক ওন্দুনা খোঙ য়েৎনা নোম্মগা ফেন্দুনা শদিংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তন্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, "ওয়গি থক্কি লৈওনবা" শাথেক্কা ঈরোয়ননা ওয়থাঙনা "ওয়গি থক্কি লাইরেন মমৈ- মৈতোন্না মথক্তা য়ুংনা য়েৎপা শাথেক্কি" থাঙলোন্দা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, খ্বাং মখা ফাওবা ওয়গি খাগি লাইরেন মমৈ মৈতোন্না মখাদা য়ুংনা লৈথরকপা শাথেক্কি থাঙলোন্দা থাঙ লৈ- লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু চীঙখৈ অদুম্মক ওন্দুনা খোঙ ওয়না নোম্মগা ফেন্দুনা শদিংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তন্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা তুংদা তিংথোক্তুনা হাইদোক্লগা য়েৎথাঙনা মাঙদা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, লোয়ননা "য়েৎকি তাংথরকপা ফিরেপ্তা চীঙখৈ অদুম্মক ওনগনী।" হন্দকমুক্লা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ লৈদুনা

থাংঙগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙস্বমখৈ ব্রাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি লৈকাঙ মচাদা নত্রগা য়েৎকি লৈকাঙ অচৌবদা লৈদুনা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা লৈদুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বসিদসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙস্বমখৈ ব্রাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ঙস্বমখৈ ব্রাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদগিদি, খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা "য়েৎকি চীহাইদা অব্রাং ওনগনী।"



ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা, য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউ লৈতারগা “য়েৎকি চীহাইদা অৱাং ওনবা

# য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইদা মায়কৈ মরিগি তীনফা ঈরোয় খোঙচৎ খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম ১৪দা মায়কৈ মরিগি তীনফা ঈরোয় খোঙচৎ খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফদা লৈরিবা **৪শুবা য়েৎকী** খোঙফমসিদা হান্না য়েৎকি চিহাইদা অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা লেপ্তুনা তরুল্লক "তীনফা ঈরোয়গী খোঙচত্তা চৎকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি চীহাইদা অৱাং ওল্লগা লৈরম্নদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা, তীনফা ঈরোয়গি খোঙচত্তা ১বা খোঙফম তম্মা খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা তীনফা ঈরোয়গী খোঙচৎতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ২শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতারকপদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী। %১ হন্দকমুক্লা ২শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউনা লৈতাদুনা লৈরিদু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা "তীনফা ঈরোয়গি খোঙচত্তা" ৩শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

হন্দকমুক্কি মখা তারকপা খোঙলোনসিদসু নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা ৩শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারিবা অদুদগি হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা "কামজাউ হুনবা চাওকান- কানবা খোঙথাং"দা খোঙ য়েৎনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ৫শুবা খোঙফমদা ওয় খুকউনা লৈতারকদুগা, অহুমসি মান্নহনগনি। %২ হন্দকমুকসু ৫শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতাদুনা লৈরিদু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা নোংপোক ওল্লগা হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎতা ৬শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইদা মায়কৈ মরিগি তীনফা ঈরোয় খোঙচৎ খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইদা মায়কৈ মরিগি তীনফা ঈরোয় খোঙচৎ খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা অৱাং ওন্দুনা ৬শুবা খোঙফমদগি হৌনা ১৩শুবা খোঙফম ফাওবা লেপ্তুনা "তরেৎলক তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎতা চৎকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -"য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ৬শুবা খোঙফমসিদা য়েৎকি খুকউ লৈতারগা নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা অৱাং ওল্লগা তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎতা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ৮শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউনা লৈতারকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %১ হন্দকমুক্লা ৮শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতাদুনা লৈরিদু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা মখা ওল্লগা হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা মখা অদুম্মক ওল্লগা তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎতা ৯শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্কি মখা তারকপা খোঙলোনসিদসু মখা অদুম্মক ওল্লগা ৯শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারিবা অদুদগি হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

হন্দকমুকসু মখা অদুম্মক ওল্লগা "কামজাউ হুনবা চাওকান- কানবা খোঙথাং"দা খোঙ য়েৎনা ১০শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ১১শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতারকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ হন্দকমুকসু ১১শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউনা লৈতাদুনা লৈরিদু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা অৱাং ওল্লগা হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অৱাং অদুম্মক ওল্লগা "তীনফা ঈরোয়গি খোঙচৎ"তা ১২শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউনা লৈতারকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। অরোয়বসিদা ১৩শুবা খোঙফমদা য়েৎকি খুকউ লৈতাদুনা লৈরিদু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা হৌগৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ওয়গি খোঙহৌ সাফূ খোইরেন খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** - (১) য়েৎকি থক্কি ইরৈ লুতুং লাংবা নোংথাঙ লৈমা।(২) য়েৎকি কুপ তরং মশুং নোংথাঙ লৈমা। (৩) য়েৎকি থক্কি লাইরেন মমৈ নোংথাঙ লৈমা। থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ওয়গি খোঙহৌ সাফু খোইরেন খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা থাঙ হাইবা অরোয়বগি অথুবা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৩শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা "য়েৎকি লুতুং লাংবা খোঙচোংদা চোংঙগা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা চিঙখৈ ওল্লগা তাগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লুতুং লাংবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা "য়েৎকি লুতুং লাংবা খোঙচোং"দা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা কৌব্রু নত্রগা নোংচুপ পাংনা ওয়রোমদা হকচাং লৈথরকপগা লোয়ননা "য়েৎথাঙনা তুংদা লাংগনী।" অদুগা খোঙ য়েৎনা ২শুবা খোঙফমদা খঙচোং-চোংদুনা খোঙ খঙথাং- থাংবগা ঈরোয়ননা নোংপোক পাংনা শদিংদা খোঙ ওয় থুনা থাংজিল্লগা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি কুপ তরং মসুং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা কৌব্রু নত্রগা নোংচুপ পাংনা ওয়রোমদা হকচাং লৈথরকখিবদুগা লোয়ননা তুংদা লাংঙুবা য়েৎথাঙদু লৈদুনা হাইরগা মাঙদা পুসিল্লক্কনী। পুসিল্লকপগা পম্বুদনা খুদক্তা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ খঙচোং-চোংদুনা খোঙ খঙথাং থাংঙকপগা লোয়ননা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়থাঙনা মথক থংঙকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ৩শুবা খোঙফমদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা নোংপোক পাংনা শদিংদা থুনা থাংজিল্লগা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ লেঙদনা লেপ্পুনা লৈরগা ওয়থাঙনা কোকথক্তগি লৈথরক্তুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা, "ওয়গি খোঙহৌ সাফু"দা সাফু কন্না য়েৎলোমদা খঙহাই হাইথগনী।

হাইথরক্লিবা থাঙহাইগি অকনবা সাফুদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা য়েৎকি থক্কি নাক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা খঙপাক- পাকথরগা সম্থোঙ ওন্দুনা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্মগা খৃৎলৈ থুনা ওয়রোমদা হকচাং খঙলৈ- লৈসিল্লগা চীঙখৈ ওন্দুনা, য়েৎকি থক্কি

লৈওনবা শাথেক্কা ঈরোয়ননা য়েৎথাঙনা "য়েৎকি থক্কি লাইরেন মমৈ- মৈতোন্না মথক্তা য়ুংনা য়েৎপা নোংথাঙ লৈমা" শাথেক্কি থাঙলোন্দা, মথক্তা থাঙ হাইগত্তুনা লৈরম্মগা খ্বাং মখা ফাওবা "য়েৎকি খাগি লাইরেন মমৈ- মৈতোন্না মখাদা য়ুংনা লৈথরকপা; নোংথাঙ লৈমা" শাথেক্কি থাঙলোন্দা থাঙ লৈ- লৈদুনা হাইথরক্লগা "য়েৎকি কুপ তরং মসুং নোংথাঙ লৈমা তাগনী।" তাবগা পম্বুদনা খুদক্তা "ওয়গি তুংয়ান শাথেক"তা কোকথক্তগি ওয়থাঙনা মাঙদা লৈদুনা হাইথরক্লগা, চীঙখৈদা মায় চেপ্লা য়েংদুনা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তাগনী।



যেৎকি থক্কি নাক্তা যেৎকি থাঙ
কারন হাইফেৎ তারম্মগা চীঙখৈদা
মায় চেপ্না য়েংবা

# য়েংকি খোঙফম তরেংকি ওয়গি খোঙহৌ সাফু খোইরেন খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



| |
|---|
| য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লুতুং লাংবা নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী। |

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ওয়গি খোঙহৌ সাফূ খোইরেন খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ২শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না চীঙখৈদা মায় চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা য়েৎকি খাগি খোঙশিন-খোঙচোংদা খঙচোং-চোংদুনা খোঙ য়েৎনা ৪শুবা খোঙফমদা তারগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লুতুং লাংবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারগা চীঙখৈদা মায় চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা, য়েৎকি খাগি খোঙশিন খোঙচোংদা খঙচোং চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ খঙথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খঙচোং চোংখৎলগা খঙথাং থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা খঙনেৎ-নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা খোঙ ওয়না শদিংদা থুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা হকচাং লৈথরকপগা ঈরোয়ননা য়েৎথাঙনা লুতুংদা লাংঙকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। পম্থরমদনা খুদক্তা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা খঙচোং চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্পুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা নোংপোক ওল্লগা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় শদিংদা থুনা থাংজিনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংচুপ ওন্দুনা লৈরম্বদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা খঙচোং চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খঙচোং চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা খঙনেৎ নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্পুনা য়েৎলোমদা অদুম্মক লৈসিন্দুনা নোংপোক ওল্লগা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় শদিংদা থুনা থাংজিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ লেঙদনা লেপ্পুনা লৈরগা ওয়থাঙনা কোকথক্তগি লৈথরক্তুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা "ওয়গি খোঙহৌ সাফূদা সাফূ কন্না য়েৎলোমদা খঙহাই হাইথগনী।" হাইথরক্লিবা থাঙহাইগি অকনবা

সাফূদুগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা য়েৎকি থক্কি নাক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা খঙপাক পাকথরগা সন্থোঙ ওন্দুনা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্মগা খূৎলৈ থুনা মকোক্তা হঞ্জিল্লগা মকোক্তগি অমুক থাঙ হাইবা হৌগদবনী। অরোয়বগি অথুবা থাঙহাইনিনা ৪/৫রক মকোক্তা হঞ্জিন্দুনা ঙম্বমখৈ থুনা হাইরম্মগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরম্মগা লোইসিনগনী।

খঙজিনগদবা - খোঙলোনগি মমিংদা "খোইরেন" হায়বা রাহৈসি য়াওরবদি অথুবা থাঙহাইগি অথুবা খোঙলোন্নি খঙনগনী। তৌইগুম্বসুং "খোইরেন" হায়বা রাহৈসি য়াওদবা অথুবা থাঙহাইশিংগি অথুবা খোঙলোনশিংসু লৈ।





য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্মগা য়েৎকি খূকউ লৈতাদুনা ওয়গি মাঙগি খাগি থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরম্বা

**অহানবা খণ্ডগদবা-**

*অথৌ য়াঙবিগা শিনৌ- শৈশিরেনগা শৈতেং থাঙহাই অনিসিদা শৈরিবা খোঙশোনসিং অসিদা হকচাং তঙ্খায় অমা শৈরগা চোংবা খোঙফম কয়া য়াওরী। হকচাং তঙ্খায় অমা শৈরগা চোংগদবনি হায়দুনা পীরিবা অসিনা তশ্মিঙৈগিনী।*

*খোঙফম অসিগি হৌনশাদা হকচাং মপূম অমা শৈবনা ফজবা য়াম্না হেনবনিনা, হৈরবা মতুংদদি হকচাং মপূম অমা শৈগদবনী। হকচাং মপূম অমা শৈবদা খোঙফম চেত্তবদগি তুগে তৌবা, ফিডম কায়বা, কোক ঙাওবনচিংবা তৌগল্লী। হকচাংগি ফিডম, ফিরেপনচিংবা ফজনা তাবা ঙমদ্রিবা ফাওবদি মী- মাঙ খোক্লা উংপনচিংবা তৌরোইদবনী।*

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা থৌগন ফৈহুনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "ওয়গি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা থৌগন ফৈহুনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মনুংদগি থাঙ হাইগদৌরিবা মফমদু য়ৌনা চোংথোক্লক্লবা ১বা খোঙলোন্নী। থাঙ হাইগদৌরিবসিগি মায়ওন্না নোংপোক্লী। চোংথোক্লমদাইদা অৱাং মায়কৈদা লেপ্তুনা "খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা লৈরগা নোংচুপ্পা মাঙ ওনসিন্দুনা মায়না মখাদা চেপ্লা য়েংগনী।" অদুগা "লমলেম খোঙফম"দা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা "য়েৎকি লৈহুনদা ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা চোংঙগা ২শুবা খোঙফমদা নোংপোক ওন্দুনা তাগনী।" তাবগা পম্বুরমদনা ওয়রোমদা তুংহন্ননা লৈদুনা ওয়- ওয়নবা খোঙথাংদা খোঙ ওয়না মখা পাংনা থাংদোকপগা লোয়ননা, লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা চীঙখৈ ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ থোংখোঙ পূময়ান ফিরেপ্পা অৱাং মায়কৈদা লেপ্তুনা লৈরগা নোংচুপ্পা মাঙ ওনসিন্দুনা মায়না মখাদা চেপ্লা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা লমলেম খোঙফমদা লৈরিবা খোঙ য়েত্তুনা য়েৎকি লৈহুন্দা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্লা খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা য়েৎকি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) য়েৎথাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা য়েৎকি লৈহুন্দা খোঙ য়েৎনা চোংখৎলকপদা য়েৎকি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা, খোঙ ওয়দুনা তুংহন্ননা লৈরগা ওয়- ওয়নবা খোঙথাংদা মখা পাংনা থাংদোক্লকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা য়েৎথাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্লগা য়েৎকি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) ওয়থাঙদুগা লোয়ননা, মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থমগনী।" মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্ল- থম্লা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা, "য়েৎকি লৈহুন ফিরেপ্পা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা চীঙখৈ পাংনা মায় লৈসিন্দুনা য়েংগনী।"

# য়েংকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা থৌগন ফৈহুনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-
> (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।"
> (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা যৌগন ফৈহুনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না, চীঙখৈদা মায় চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা; ৪শুবা খোঙফমদগি হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবা "য়েৎকি ফৈহুন্দা চোংগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্মগা য়েৎকি লৈহুন ফিরেপ্পা চীঙখৈদা মায় চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা মখা ওন্দুনা য়েৎকি ফৈহুন্দা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু মখা অদুম্মক ওল্লগা "ওয়গি ফৈহুন"দা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু মখা অদুম্মক ওল্লগা য়েৎকি ফৈহুন্দা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগদগি চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কম্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা মরিসি মান্নহনগনী।

%১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎলগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ নোংপোক ওল্লগা তাগনী।" হেক তাবগা পম্বদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং ওয়- ওয়ননা লৈরগা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা

হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা খোঙ য়েৎনা চোংখৎলকপদা; য়েৎকি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৯শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।



য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরক্তুনা অনিসি মান্নহল্লগা
"মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনবা।"

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা থৌগন ফৈহুনগা পক্লবা খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকী কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি লৈহুন্দা থৌগন ফৈহুনগা পক্নবা খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৯শুবা ওয়্নগি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শদিংদা চাওকান- কান্দুনা ১০শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈমা শরাক চেপলৈ- চেপহুন মপূমদা লৈরগা চোংদুনা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী।" তাবগা লেপ্তুনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ ওয়না ১২শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ১২শুবা খোঙলোন্দা, অমুক্তদা চপ মান্ননা খোঙ য়েৎ- ওয় পূল্লপ ১৩শুবা খোঙফমদা চোংসিনমিন্নদুনা নোংপোক ওল্লগা ফমদুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা শদিংদা চাওকান কান্দুনা খোঙ ওয় থাংঙকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈমা শরাক চেপলৈ- চেপহুন মপূম"দা লৈরগা চোংঙকপদা, খোঙ য়েত্তুনা ১১শুবা খোঙফমদা তারমদাই ফাওবদি; য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎখিবদু লেপ্তুনা তপ্ন- তপ্না কোক- কন্দুনা হাইগৎলক্কনী। অদুগা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারক্তুনা হেক নেৎথরকপদা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ ওয়না ১২শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ১২শুবা খোঙলোন্দা চোংঙকপগা লোয়ননা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ অনিসি অমুক্তদা চপ মান্ননা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ অনিনা তারমদাই ফাওবসিদা ৪ নত্রগা ৫ রক লৈদুনা হাইগনী। %১ হাইরিবা য়েৎথাঙ ওয়থাঙদুনা মখাদা লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ ওয় অনিমক অমুক্তদা চপ মান্ননা নেৎলগা নোংপোক ওল্লগা ফমথরকপদুগা, মাঙদা য়েৎকি খাগি থাঙ কারন থম্বদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী। %২ অরোয়বা ওয়না ফম্মিবদুদগি হৌগৎলকপগা ঈরোয়ননা ১৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থাংজিল্লগা, "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ- হুন্দা" মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লাইগা শিন্তাকপগা খুরমগনী।"

%১ য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা ৪ নত্রগা ৫রক লৈদুনা হাইগনী হায়রিবসি ঙস্মবদি মশিং হেন্না হাইবসু য়াই।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম অহুমগি অনোয় ফৈচৎ মপূমদা খোঙফম অমা লাংবা খোঙচৎ খোঙলোন



**ওয়গি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না** -(১) "য়েৎকি খাগি কারন তঞ্চায় অরৈবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "ওয়গি খাগি কারন তঞ্চায় নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গী খোঙফম অহুমগি অনোয় ফৈচং মপূমদা খোঙফম অমা লাংবা খোঙচং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৪শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা **খোঙফম** ফাওবা "ওয়গি অনোয় খোঙচত্তা লেপ্পুনা অহুল্লক খোঙ থাংদুনা চৎকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি কারন তঞ্চায় অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি ওয়গি থক্কি খোংখোঙ ফিরেপ্পা লাইগা শিন্নাকপগা খুরম্মগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা ওয়গি তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। অদুগা অনোয় খোঙচৎকি খোঙথাংদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচৎতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচত্তা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচৎতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংসিংনা হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচৎতা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচৎত্তা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা ৩শুবা থাঙ লৈখৎলকপদা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদা ৩শুবা থাঙ হন্দুনা লৈথরকপদা য়েৎকি তুংগি খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈনা য়েপসিনবগা লোয়নননা, "ওয়গি খাগি কারন তঞ্চায় থাঙলোন" হাইবগা ঈরোয়নননা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্লগা (লাংঙগা) ওয়গি তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈনা য়েপসিন্দুনা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ-ফৈনম লেপচানবা (য়াম্না পাকথদবা) ফিরেপ্পা নোংপোক ওল্লগা লেপ্পুনা লৈগনী"। লেপ্পুনা লৈরিঙৈদা য়েৎকি খাগি কারন তঞ্চায় থাঙলোন অমুক্তং লৈদুনা হাইরগা তুংগি খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। %১হান্না তুংগি খ্বাংদা ফৈনা য়েপ্লগা লৈরম্মিবা "ওয়থাঙদুনা মাঙদা ফৈল্লেননা থাঙতোন হাইগৎনা পায়রগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।"

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্কা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম- অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লা হকচাংগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# য়েংকি খোঙফম অহুমগি অনোয় ফৈচৎ মপূমদা খোঙফম অমা লাংবা খোঙচৎ খোঙলোন



খোঙফম লৌসিনবা-মথক্কি থংনবা ১বা লামায়গি অরোয়বা ৩শুবা খোঙফমগা ৪শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা লৈখিবদু খোঙ ওয় ঙাক্তনী। অদুনা ৩শুবা ওয়গি খোঙফমসিগি মহুত্ত মখাগি থংনবা ২শুবা খোঙফমসি মখা অরকইবা খোঙলোনসিদা লৌসিন্দুনা হাপ্পনী।

য়েৎকি খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "ওয়গি খাগি কারন ঙ্খায় অরৈবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "ওয়গি খাগি কারন তঙ্খায় নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি অনোয় ফৈচং মপূমদা খোঙফম অমা লাংবা খোঙচং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথত্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথত্তা চেংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা "য়েৎকি অনোয় খোঙচত্ত লেপ্তুনা অহুল্লক খোঙ থাংদুনা চংকনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গী খাগী কারন তঙ্খায় অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চংমিন্নবা-হান্না খোঙকাপ অমগি মফৈ-ফৈনম লেপচনবা ফিরেপ্তা ওয়থাঙনা মাঙদা ফৈল্লেননা থাঙতোন হাইগৎনা পায়রগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা য়েৎকি খোঙহন য়াইমদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, হান্না থাঙতোন হাইগৎনা পায়রগা লৈখিবা অদুগি মখা শমথদুনা ওয়থাঙনা মথত্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎতুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচংতা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথত্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচংতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংসিংনা হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচংতা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎথাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙনা মথত্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা অনোয় খোঙথাংগি খোঙচংতা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ৩শুবা থাঙ লৈখৎলকপদা লেপকক তৌগনী। লেপকক তৌরিঙৈদা ৩শুবা থাঙ হন্দুনা লৈথরকপদা ওয়গি তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈনা য়েপসিনবগা লোয়ননা, "য়েৎকি খাগি কারন তঙ্খায় থাঙলোন" হাইবগা ঈরোয়ননা ৪শুবা খোঙফমদা, খোঙ য়েৎ তুংহন্ননা থাংদোক্লগা (লাংঙগা) য়েৎকি তুংগি খ্বাংদা য়েৎথাঙ ফৈনা য়েপসিন্দুনা, "খোঙকাপ অমগি মফৈ-ফৈনম চেপচনবা (য়াম্না পাকথদবা) ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লেপ্তুনা লৈগনী।" লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা "ওয়গি খাগি কারন তঙ্খায় থাঙলোন" অমুক্তং লৈদুনা হাইরগা তুংগি খ্বাংদা ওয়থাঙ ফৈনা য়েপসিনগনী। %১অদুগা তুংগি খ্বাংদা ফৈনা য়েপ্লগা লৈরম্বিবা "য়েৎথাঙ্দুনা মাঙদা ফৈল্লেননা থাঙতোন হাইগৎনা পায়বগা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।"

%১ য়েপসিনবা মতমদা থাঙখোক্লা থাঙতোনগা লৈমায়দগি য়েংবদা অনেম-অৱাং মান্নহনগনী। অদুগা থাঙখোক্লা হকচাংদগি হেন্দোকপগা থাঙতোন্না হকচাংদগি হেন্দোকপগা অনিসি শাংবা মান্নহনগনী।

# ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন



খোঙফম লৌসিনবা- মথক্কি থংবা ৯শুবা লামায়গি অরোয়বা ৩শুবা খোঙফমগা ৪শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা লৈখিবদু খোঙ য়েৎ ঙাক্কনী। অদুনা ৩শুবা য়েৎকি খোঙফমসিগি মহুত্তা মখাগি থংনবা ২শুবা ওয়গি খোঙফমসি মখা তারকইবা খোঙলোনসিদা লৌসিন্দুনা হাপ্পনী।

অহানবা খঙগদবা- খোঙলোনগা থাঙলোনগা অনিসি তেঙান- তেঙান তক্লিবা অসিগি মরমদি পূনসিন্নরগা তাকপদগি তেঙান- তেঙান তকপনা লায়থোকপা হেনবদগিনী।

ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**ওয়গি খোঙফম অহুমগি ফৈচং লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসি মথত্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথত্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা হকচাংগি শাথেক্কা লোয়ননা লেপ্পুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনগা শাথেক্কা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎথাঙনা মাঙদা ফেল্লেননা থাঙতেন হাইগৎনা পায়দুনা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা অৱাং পাংনা লাপ্পা য়েংঙগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না খোঙহুন অচৌবদা চোংদুনা, "য়েৎকি চেপ্পুক শাথেত্তা য়েৎলোমদা কোক থেকম্থরগা মায়না ওয়রোমদা চেপ্পুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা অৱাং পাংনা লাপ্পা য়েংগনী।" ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা চোংদুনা "ওয়গি চেপ্পুক শাথেত্তা ওয়রোমদা কোক থেকম্থরগা মায়না য়েৎলোমদা চেপ্পুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা অৱাং পাংনা অদুম্মক লাপ্পা য়েংগনী।" ৩শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না চোংদুনা য়েৎকি চেপ্পুক শাথেত্তা য়েৎলোমদা কোক থেকম্থরগা মায়না ওয়রোমদা চেপ্পুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা অৱাং পাংনা অদুম্মক লাপ্পা য়েংগনী। খোঙলোনগা শাথেক্কা অনিসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না "খোঙকাপ অমগি মফৈ- ফৈনম লেপচনবা (য়াম্নদি পাকম্থদবা) ফিরেপ"তা য়েৎথাঙনা মাঙদা ফেল্লেননা থাঙতেন হাইগৎনা পায়রগা নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙহুন অচৌবদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথত্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনানেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথত্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু

ওয়রোমদা হক্চাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চেংখৎলগা তশুবা খোঙফম অম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহন্নগনী। মখা অরকপসিদা চেংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা তশুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহন্নবগা লোয়ননা য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক তাগনী। মসিদগিদি খোঙ লেঙদনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা "য়েৎকি খাগি ইরৈ মপৃম অমা" হাইবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হক্চাং লৈসিল্লগা, "ওয়গি থক্কি খোংখোঙ চেপ্তুক ফিরেপ্তা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক নত্রগা চিঙখৈ ওনগনী।"



"য়েৎকি খাগি ইরৈ মপূম অমা" হাইবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং লৈসিল্লগা, "ওয়গি থক্কি থোংখোঙ চেপ্তুক ফিরেপ্তা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ করন থম্মগা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওনবা

# য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন



য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) ওয়গী খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।

**য়েৎকি খোঙফম অহুমগি ফৈচৎ লৈকোয় মপূম খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদগি হৌনা ৩শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা হকচাংগি শাথেক্কা লোয়ননা লেপ্তুনা অহুন্নক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনগা শাথেক্কা চৎমিন্নবা- হান্না ওয়গি চেপ্তুক ফিরেপ্তা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা মখা পাংনা লাপ্না য়েংঙগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা, ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খোঙহন অচৌবদা চোংদুনা "ওয়গি চেপ্তুক শাথেক্তা ওয়রোমদা কোক থেকথরগা, মায়না য়েৎলোমদা চেপ্তুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মখা পাংনা লাপ্না য়েংগনী।" ২শুবা খোঙফমদনা খোঙ ওয়না চোংদুনা "য়েৎকি চেপ্তুক শাথেক্তা য়েৎলোমদা কোক থেকথরগা মায়না ওয়রোমদা চেপ্তুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মখা পাংনা লাপ্না অদুম্মক য়েংগনী।" ৩শুবা খোঙফমদনা খোঙ য়েৎনা চোংদুনা ওয়গি চেপ্তুক শাথেক্তা ওয়রোমদা কোক থেকথরগা মায়না য়েৎলোমদা চেপ্তুক তৌরগা মায় খিত্তং হাইগৎলপ তৌনা মখা পাংনা অদুম্মক লাপ্না য়েংগনী। খোঙলোনগা শাথেক্কা অনিসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুন্নক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুন্নক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না ওয়গি চেপ্তুক ফিরেপ্তা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগী, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা খোঙহন অচৌবদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা হুঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হুন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হুন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা

নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়গি চেপ্তুক শাথেক তাগনী। মসিদগিদি খোঙ লেঙদনা লৈরগা থাঙদি লেপ্তুনা "ওয়গী খাগি ইরৈ মপূম অমা" হাইবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈসিল্লগা "য়েৎকি থক্কি থোংখোঙ চেপ্তুক ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক ওনগনী।"



যেংকি থক্কি থোংখোঙ চেপ্তুক ফিরেপ্তা যেংকি থক্কি নাক্তা
যেংকি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক ওনবা

# ওয়গি নাক্কি চেকয়ানবা ফূঙ্গা নূঙদুম লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন



ওয়গি লংদাই খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমা।" (২)"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি নাক্কি চেকয়ানবা ফূঙ্গা নুঙদুম লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই মপূম খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৩শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা খঙচোং-চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা নোনকাপ হজিন্দা খোঙ ওয়না থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টু-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না য়েৎকি চেপ্তুক ফিরেপ্তা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা নোনকাপ হজিন্দা থেনগদগি খঙচোং-চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টু-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়নননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা হজিন্দুনা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা য়েৎকি হাইরৌ-হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ-হাইজাউদা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন-থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা হজিন্দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়নননা য়েৎকি হাইরৌ-হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ-হাইজাউদা "খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা" ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %১ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়নননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-(১) "য়েৎকি কুপ তরং লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা ১বা খোঙফমদা শগোল খোঙচেনগী খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ খোঙ য়েৎ ৱাংনা থাংগৎতুনা অমুক্তং চোংখৎলগা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈসিনবগা লোয়ননা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংদা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। পন্থরমদনা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা অৱাং ওল্লগা ৩শুবা খোঙফমদা ওয়গী খুকউ লৈতাগনী। খুকউ লৈতা-লৈতানা য়েৎলোমদা অদুম্মক হকচাং খিত্তং লৈসিল্লগা "য়েৎকি লৈতাবা লাইরেন মখোয় ফিরেপ্পা মৈরমদা লৈসিন্দুনা মায় চেপ্পা য়েংগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগী য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্পা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙম্বমখৈ খোঙ য়েৎ ৱাংনা থাংগত্তুনা অমুক্তং চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তন্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্তা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংদা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গী শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা অৱাং ওল্লকপদা, ওয়গি খুকউনা ৩শুবা খোঙফমদা লৈতারকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্কগি লৈথরক্তুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা ঈরোয়ননা ওয়গি খুকউ লৈতা-লৈতানা "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক-খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন হাইরগা, থক-খা ফেল্লেননা থাঙ অনি চিংথোক্লুবগা লোয়ননা "য়েৎকি লৈতাবা লাইরেন মখোয় ফিরেপ্পা মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**খোঙফম লৌসিনবা- মথক্কি অরোয়বা ৩শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউনা লৈতারিবসি চৈশিং থাবদা য়াওরবসু মখা তারকইবা অহানবগি অহৌবা খোঙলোনসিদা খুকউগি চন্নফম লৈতবনিনা মথক্কি থংনবা ২শুবা ওয়গি খোফমসি অমুক হন্না খোঙলোনসিদা লৌসিন্দুনা হাপ্পনী।**

য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমা।" (২)"য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবিদা য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ চঙবা নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক- খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **২শুবা** ওয়গি খোঙফমসিদা হান্না মৈরমদা মায় চেপ্না য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা মখা নত্রগা মৈরম ওন্দুনা শগোল খোঙথাংগি "ওয়গি লৈকাঙ মচাদা হকচাং লৈদুনা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী।" লেপ্তুনা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা নোংপোক পাংনা ৪শুবা খোঙফমসিদগি হৌনা, ৬শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎলগা অরোয়বদা নোংচুপ ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি লৈতাবা লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ওয়গি লৈকাঙ মচাদা হকচাং লৈদুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা নোংপোক পাংনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা, ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিন্দুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা

চোংখৎলগা, ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংচুপ ওনগনী। নোংচুপ ওল্লম্বদগি পম্বুরমদনা য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা লৈরগা ৭শুবা খোঙফমদা শগোল খোঙথাংগি লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাংগনী। লৈকাঙ অচৌবদা থাংঙিবা ৭শুবা খোঙফমসিগা ৮শুবা খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবিদা য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙথাংগী লৈকাঙ অচৌবদা চোংখৎলগা, ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎতুনা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংজিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা ঈরোয়ননা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা, কোকথক্তগি লৈথরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা লোয়ননা, "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক- খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন হাইরগা থক- খা ফেল্লৈননা থাঙ অনি চিংথোক্লবগা লোয়ননা, "য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংগনী।"



"য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক-খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন হাইরগা থক-খা ফেল্লৈননা থাঙ অনি চিংথোক্লবগা লোয়ননা, "য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংবা

# য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



ওয়গি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবিদা য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ চঙবা নোংথাঙ লৈমা।" (৩) " য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক- খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরাহুমদোইগি লাইরেন মখোয় খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন

অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়্নগী** খোঙফমসিদা হান্না মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৯শুবা খোঙফমদগি হৌনা ১১শুবা খোঙফম ফাওবা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা অহুম্লক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ লাইরেন মখোয় চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।" থাঙ হাইবা মতমদা খোঙফম অহুমসিদা অহুম্লক চোংদুনা চৎলিবা অসিগা মশিং মান্ননা থাঙসু অহুম্লক লৈদুনা হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকী থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা মৈরমদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১০শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১০শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংসিৎনা হন্দকমুক্কি খোঙলোনসিদসু ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১১শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১১শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংপোক ওনগনী।

নোংপোক ওল্লম্বদগি পন্থরমদনা য়েৎলোমদা হকচাং হন্দুনা লৈরগা ১২শুবা খোঙফমদা "শগোল খোঙথাংগি লৈকাঙ অচৌবদা খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাংগনী।" লৈকাঙ অচৌবদা থাংঙিবা ১২শুবা খোঙফমসিগা ১৩শুবা খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্পুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং শাখাই লৈথবিদা য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ চঙবা নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা

চৎমিন্নবা-য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা শগোল খোঙথাংগি লৈকাঙ অচৌবদা চোংখৎলগা ১২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ লৈদুনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা ঈরোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈসিল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংজিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা ঈরোয়ননা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা, কোকথক্কগি লৈথরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা লোয়ননা, "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক-খা লৈনবি নোংখাঙ লৈমা" থাঙলোন হাইরগা থক-খা ফেল্লৈননা থাঙ অনি চিংথোক্লবগা লোয়ননা, "য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা কৌব্রুদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংগনী।"



য়েৎথাঙ ওয়থাঙ থক- খা লৈনবি নোংথাঙ লৈমা” থাঙলোন হাইরগা থক- খা ফেল্লৈননা থাঙ অনি চিংথোক্লগা, “য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা কৌব্রুদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংবা

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি শৌ মচেৎ চঙবা লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি শৌ মচেৎ চঙবা লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১৩শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, লু-খিত্তং লূকথরগা ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈরকপগা লোয়ননা য়েৎকি শৌকাই খোঙচোংদা খঙচোং-চোংঙগা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। তাবগা পম্বদনা খুদক্তা নম পোন্দুনা হকচাং লূকথবগা লোয়ননা খোঙ য়েৎ খঙথাং-থাংগৎলগা খোঙতোন লূক্লা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা শৌ-নেৎকনী। নেৎপগা খুদক্তা খূৎলৈ থুনা য়েৎকি শৌকাই খোঙচোংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি লাইরেন মখোয় ফিরেপ্তা কৌব্রু ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগী ওয়রোমদা হকচাং লৈরকপগা লোয়ননা য়েৎকি শৌকাই খোঙচোংদা খঙচোং-চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবিদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্লা য়েৎথাঙনা মখাদা লৈথরগা ওয়থাঙনা মথক্তা লৈখৎলক্কুনা থাঙ অনি লৈনরকপদুগা, খোঙ য়েৎনা খোঙতোন লূকনা লৈমায়দা লৈদুনা য়েৎকি শৌ কাইরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা খঙচোং-চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফমদা খঙনেৎ নেৎথরগা ওয়গি খোঙনা খঙশিন-শিন্দুনা য়েৎকি খুবোম য়ৌনা ৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা খঙথাং থাঙ্গৎলম্মগা অমুক হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, অনিসি মান্নহনবগা ঈরোয়ননা নোংপোক চীঙখৈ ওনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি শৌ মচেৎ চঙবা লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি শৌ মচেৎ চঙবা লংদাই খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৪শুবা** খোঙফমসিদা খোঙ অনিমক পূল্লপ লেপ্লগা হান্না নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ য়েৎনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা থুনা থাংজিনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক নোংপোক চীঙখৈ ওন্দুনা খঙচোং-চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টূ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা শদিংদা থুনা থাংজিনবদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মসিদগী খোঙ লেঙদনা লৈরগা ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা নোংচুপ ওল্লগা খোঙ য়েৎনা ৭শুবা খোঙফমদা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-হন্দকমুকসু "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগী থক্কি টূ-হন নোংথাঙ লৈমা" অদুম্মক হাইগনী। খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগদগি খঙচোং-চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খঙচোং-চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টূ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলম্বগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ-হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ-হাইজাউদা চোংঙগা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন-থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা

---

%১ মরিসি খরা অকোন-অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকী হাইরৌ- হাইজাউদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৯শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৯শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক চীঙখৈ ওনগনী।"

%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি চেগপ লৈচোং মচা ঙাশেপ চিহাই খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



যেৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "ওয়থাঙ য়েৎথাঙ অমুক্কি পূমলৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি চেগপ লৈচোং মচা ঙাশেপ চিহাই খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৯শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক- চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়থাঙ য়েৎথাঙ অমুক্কি লৈনবিদা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক- চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগী ওয়রোমদা হকচাং খিত্তং লৈবগা লোয়ননা, খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগদগি খঙচোং-চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা খঙচোং-চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কন্নাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লদুগা; মরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কমলাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা, য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। তাবগা পন্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং ওয়- ওয়ননা খিত্তং লৈরগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্লগা নোংপোক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কন্নাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা শদিংদা ২শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, কোকথক্তগি য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং ওয়- ওয়ননা খিত্তং লৈরগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্লকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা শেগ্রাক্তা য়েপসিনবদুগা, "য়েৎকি খাগি খজিং ফিরেপ" তারকপদুগা, অহুমসি মান্নহনগনী।"%৩ অদুগা অরোয়বসিদসু "য়েৎকি খাগি খজিং ফিরেপ্তা হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংগনী। "হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%৩ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি চেগপ লৈচোং মচা ঙাশেপ চিহাই খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "ওয়গি শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমা।"(২) "য়েৎকি শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি চেগপ লৈচোং মচা ঙাশেপ চীহাই খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংঙগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক লৈরগা ৫শুবা য়েৎকি খোঙফমগা ৬শুবা ওয়গি খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা, "শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ঙাশেপ চীহাই শাথেক্না লোয়ননা লেপ্তুনা অনিরক তুংহন্ননা চোংদুনা চৎকনী।" ৫শুবা য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমা হাইগনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি খাগি খজিং ফিরেপ্তা হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংঙগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক লৈরগা, য়েৎলোমদা হকচাং লৈরকপগা লোয়ননা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা চোংখৎলগা ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্লদুগা, ওয়গি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা ওয়থাঙগি থাঙখোক্তুনা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোল্লকপদুগা, য়েৎকি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা য়েৎথাঙগি থাঙখোক্তুনা তুংগি ওয়গি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোল্লকপদুগা, হকচাংনা মখা ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংদুনা "ওয়গি থক্কি খজিং ফিরেপ" হাইফেৎ তারম্বদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১মখা তারকপা ৬শুবা খোঙলোনসিদা হন্দকমুক্না "য়েৎকি শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমা হাইগনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- ওয়গি থক্কি খজিং ফিরেপ্তা ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্লগা হকচাংনা মখা ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়গি কল্লাক্তা য়েপ্লিবা য়েৎকি খোঙদুনা ৬শুবা খোঙফমদা তুংহন্ননা নেৎথরকপদুগা, লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং লৈরগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা তুংহন্ননা চোংখৎলগা, য়েৎকি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা য়েৎথাঙগি থাঙখোক্তুনা মাঙগি ওয়গি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোল্লকপদুগা, ওয়গি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা ওয়থাঙগি থাঙখোক্তুনা তুংগি য়েৎকি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোল্লকপদুগা, হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্না য়েংদুনা "য়েৎকি খাগি খজিং ফিরেপ" তারম্বদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %২

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম নিপানগি খাওন নোংলৈ লৈকোয়দা কূম্বা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



যেৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "ওয়গী শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি খাওন নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম নিপানগি খাওন নোংলৈ লৈকোয়দা কূম্বা খোঙচোং খোঙলোন** -হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, খোঙ য়েৎনা মখা পাংনা ১বা খোঙফমদা তুংহন্ননা খঙচোং-চোংদুনা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়গী শেগ্রাক ঙাশেপ চীহাই নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি খাগি খজিং ফিরেপ্তা হকচাংনা অৱাং ওল্লগা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদু, অদুম্মক লৈরগা ওয়গি ঙাশেপ চীহাই শাথেক্তা খঙচোং-চোংদুনা খোঙ য়েৎনা মখা পাংনা তুংহন্ননা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা, ওয়গি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা ওয়থাঙগি থাঙখোক্তুনা মাঙগি য়েৎকি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোক্লকপদুগা, য়েৎকি শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা য়েৎথাঙগি থাঙখোক্তুনা তুংগি ওয়গি নাকল্লোমদা ঙাশেপ চীহাইদা হাইদোক্লকপদুগা, হকচাংনা নোংপোক ওল্লগা মায়না অৱাংদা চেপ্পা য়েংঙগা "ওয়গি থক্তি খজিং ফিরেপ" হাইফেৎ তারম্বদুগা; মঙাসি মান্নহনগনী।

%১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা, ২বা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা; "য়েৎকি চেগপ হৈশুংদা চোংদুনা ৩শুবা য়েৎকি খোঙফমদা হকচাং ঊপ্পা লৈমায় তম্না লৈথরক্তুনা কোক্না নোংচুপ ওল্লগা তাগনী।" তাবগা পন্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং ওয়- ওয়ননা খিত্তং লৈরগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা নোংপোক পাংনা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাওন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা শাথেক্তা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- শেগ্রাক অনিমক্তা য়েৎথাঙ ওয়থাঙ য়েপ্পগা ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা য়েৎকি চেগপ হৈশুংদা চোংঙগা ৩শুবা য়েৎকি খোঙফমদা লৈমায় তম্না, হকচাং লৈথরক্তুনা মায় ঊপ্পা তারগা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা থাংদোক্লকখিবা অদুদদি খোঙ লেঙদনা লৈরগা, য়েৎকি খাওন থাঙহাইদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা হকচাংদা লৈদুনা য়েৎলকপগা (হাইরকপগা) লোয়ননা, ওয়গি নোংলৈ শাথেক্তা য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা হকচাং লোংনা লৈখৎলক্কনী। মদুদা হকচাংনা পূমলোং-লোংখৎলকপদা নোংথক্তা মায় লোংনা য়েংখৎলম্মগা ওয়রোমদা লৈমায় তম্না লৈথরক্কনী। লৈথরক্লিবা হকচাংদুনা লৈমায়দা পূমঊপ- ঊপথরক্তুনা শেগ্রাক্তা য়েপ্লিবা থাঙখোক অনিদুনা য়েৎলোমদা হাইদোক্লগা, "য়েৎকি ঙাশেপ চীহাই তুংহন ময়ায় নাক লৈথবা ফিরেপ"তা নোংচুপ্তা মায় লৈসিল্লকপা মতমদুদা য়েৎকি খাওন মপূম অমা হাইবা লোইগনী।

%১ মঙাসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম নিপানগি খাওন নোংলৈ লৈকোয়দা কূম্বা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "য়েৎকী খাওন নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম নিপানগি খাওন নোংলৈ লৈকোয়দা কৃন্না খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না, মায়না নোংচুপ্তা লৈসিন্দুনা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা, য়েৎকি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোংদা হকচাং নোম্থরগা (লূকথরগা) চোংদুনা, ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা নোংপোক্তা কোক ওনগনী। পম্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং ওয়-ওয়ননা লৈরগা হান্নগুম্না নোম্থদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা নোংচুপ পাংনা থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাওন নোংথাঙ লৈমা অদুম্মক হাইগনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না ওয়গী নোংলৈ শাথেক্তা "য়েৎকি ঙাশেপ চিহাই তুংহন ময়ায় নাক লৈথবা ফিরেপ"তা মায়না নোংচুপ্তা লৈসিল্লগা য়েংদুনা লৈরম্বা অদুদগী, শেগ্রাক অনিদা য়েপ্লিবা য়েৎথাঙ ওয়থাঙ য়াওনা শা-ফন্দোক্তুনা ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা, য়েৎকি হাইরৌ নেম-নেম লৈকোয় খোঙচোংদা হকচাং নোম্থরগা (লূকথরগা) চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা লৈরগা, নোংচুপ পাংনা থাংদোক্লকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপা অদুদগি হৌনা খোঙ লেঙদনা লৈরগা, য়েৎকি খাওন থাঙহাইদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা হকচাংদা লৈদুনা য়েৎলকপগা (হাইরকপগা) লোয়ননা; ওয়গি নোংলৈ শাথেক্তা য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা হকচাং লোংনা লৈখৎলক্কনী। লোংনা লৈখৎলকপদুদা কোক্লা নোংচুপ্তা ওল্লগা নোংপোক্তা তুং ওনসিন্দুনা হকচাংনা পূমলোং-লোংখৎলকপদা নোংথক্তা মায় লোংনা য়েংখৎলম্মগা ওয়রোমদা লৈথরক্কনী। খিত্তুং লৈথরকপদা খাওন মপূম অমা হাইবা লোইরগা য়েৎথাঙনা য়েৎকি শেগ্রাক্তা য়েপসিল্লমদাইগি য়েৎকি লেংবান্দা ওয়থাঙনা লৈরিঙৈদুদা, "ওয়গি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা" থাঙহাই তারকপগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ নেম-নেম খোঙচোংদা চোংদুনা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। হেক তাবগা পম্থদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং তুংহন্ননা লৈরগা ওয়-ওয়নবা খোঙথাংদা, খোঙ ওয়না ৮শুবা খোঙফমদা অৱাংপাংনা থাংদোক্লগা "য়েৎকি লৈতাবা পাম্থোইবি নুংওন-ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি চোল্লাং অহনবি কামজাউ হুনবা খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি চোম্লাং অহনবি কামজাউ হুনবা খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু, নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা অমুক্তং চোংদুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা লেপকক তৌগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি লৈতাবা পাম্লোইবি নুংওন ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিগি মখা তারকপা মথংগি খোঙলোন্দা ২শুবা খোঙফমগা ৩শুবা খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙ লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা হাইথরকখিবা থাঙহাইদুদগি হৌনা "য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমা" তাগনী।

মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা "য়েৎকি চোমলাং শাথেক্না লোয়ননা য়েৎকি চোমলাং অহনবি নোংথাঙ লৈমা" ৩/৪রক লৈদুনা হাইরম্মগা, ওয়থাঙনা মখাদা লৈথরগা য়েৎথাঙনা মথক্তা লৈখৎলকপদা লেপকক তৌরম্মগা "য়েৎকি কামজাউ হুনবা নোংথাঙ লৈমা তাগনী।" খোঙলোনগা

থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙচেনগি খোঙথাংদা ৱাংনা অমুক্তং চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ ৱাংনা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা মথক্তা কামজাউ হুনবা থাঙহাইদা চাওরৈ লৈরগা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ৱাংনা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা চাওরৈ লৈরগা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা য়েৎকি কামজাউ হুনবা শাথেক্কা লোয়ননা কামজাউ হুনবা থাঙহাই ৩/৪রক লৈদুনা হাইরম্মগা; “মাঙগি য়েৎকি থক্কি তাংথরকপা ফিরেপ্তা নোংপোক ওনগনী।”

**খঙজিনগদবা-**

থাঙহাইরোলগি মনুংদা লৈরিবা খোঙলোন পুম্নমকসি য়েকপদা খোঙ য়েৎ- ওয়না লেপ্তুনা লৈরিবা খোঙফমসিংদা ওল্লিবা মায়ওনসিং অসি হোংদোক্লিংবা কয়া লৈরবসু তম্বা মতমদদি য়েক্লিবা খোঙফম অদুদা লেপ্লিবা মায়ওন অদুগি মতুং ইন্না করিমত্তা শোয়নবা লৈতনা কায়দনা অদুম্মক তমগদবনী। হৈরবা মতুংদা তম্বদা চোংখিবা খোঙচোংগি শক্তমশিং অদুদি করিমত্তা কায়হন্দনা চোংঙগা চোংঙক- চোংঙকপা খোঙফম খুদিংগি ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াই। মসি খোঙলোন অমসুং খোঙফমগি হৌনশানী। অদুম্ন দি ওইরগা ওন্নিং- ওন্নিংবা মায়কৈদা ওনবা য়াদবা মশাগি ওইনা অরেপ্পা মায়কৈ অমদা ওন্দুনা লৈবা খোঙফম কয়া অমসু লৈরি। মায়ওন হোংদোক- হোংজিন তৌবা য়াদবসিং অসিদি মশাগি চপ চানা ওনগদবা মায়কৈদা মায়ওন চুপ্পা শেম্নিংঙাই লৈতনা ফজনা খোঙফম চেৎনা লৈখ্রবনিনা মসিদা থোইদোক্লা মিৎয়েং চঙনিংঙাই লৈতে।



যেৎকি কামজাউ হুনবা শাথেক্কা লোয়ননা কামজাউ হুনবা থাঙহাই ৩/৪রক লৈদুনা হাইরম্মগা;
“মাঙগি য়েৎকি থক্কি তাংথরকপা ফিরেপ্তা নোংপোক ওনবা” (ফোটো চেপ্পা কাপ্পা)

# য়েংকি খোঙফম তরেংকি চোমলাং অহনবি কামজাউ হুনবা খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১) "য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি চোমলাং অহনবি কামজাউ হুনবা খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা ওয়গি** খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা মখা ওল্লগা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না চাওকান কানগনি নত্রগা খঙচোং চোংগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈদুনা "য়েৎকি লৈমা শরাক চেপলৈ চেপহুন মপূম"দা লৈরগা চোংদুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। পম্বুরমদনা য়েৎলোমদা হকচাং মপূম অমা লেপলৈ মপূমদা লৈসিন্দুনা চোংঙগা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং মসূং অরৈবি নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না "মাঙগি য়েৎকি থক্কি তাংথরকপা ফিরেপ"তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা মখা ওন্দুনা চাওকান-কাল্লগা নত্রগা খঙচোং-চোংঙগা থাংঙকপা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি লৈমা শরাক চেপলৈ- চেপহুন মপূমদা লৈরগা চোংঙকপদা, খোঙ য়েত্তুনা ৬শুবা খোঙফমদা তারমদাই ফাওবদি য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎখিবদু, লেপ্তুনা অদুম্মক তপ্ন-তপ্না- কোক কন্দুনা হাইগৎলক্কনী। অদুগা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারক্তুনা হেক নেৎথরকপদগি হৌনা য়েৎলোমদা লেপলৈ মপূম অমা লৈসিন্দুনা, ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না তারমদাই ফাওবসিদা য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ অনিসি অমুক্তদা চপ মান্নবা ৩/৪রক লৈদুনা হাইগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা হকচাংদি লেপ্তুনা য়েৎলোমদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগা লোয়ননা লৈসিনমিন্নদুনা, "য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা য়েৎকি থক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা নোংপোক নত্রগা মৈরম ওনগনী।"

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি লাইরেন মথেক খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ-হন নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি তরং নোংথাঙ লৈমা।" (৩) " য়েৎকি তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি লাইরেন মথেক খোঙচোং খোঙলোন-** হ'য়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৬শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না মৈরম নত্রগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগী, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংঙগা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তারগা খোঙ ওয়না নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি থক্কি টৃ-হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা মৈরম নত্রগা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্না অদুদগি খোঙ ওয়না নোনকাপ হঞ্জিন্দা থেনগদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা খঙচোং-চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা খঙচোং-চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা থক্কি টৃ-হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি অনিশুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কমলাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্তুনা থেনবদুগা, মরিসি মান্নহনগনী।

%১খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কমলাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলম্মগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈদুনা য়েৎকি হাইরৌ হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ হাইজাউদা চোংদুনা ৩শুবা খোঙফমদা; খোঙ য়েৎ তারগা মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা লেপকক তৌগনী। লোয়ননা শগোল খোঙথাংগি খোঙহন অচৌবদা ৪শুবা খোঙফমদা অমুক্তং খোঙ য়েৎ ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা চোংখৎলগা অমুক হঞ্জিন্দুনা তাগনী। তাবগা পম্বদনা খুদক্তা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না "ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংদা থাংদোক্কনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-য়েৎকি কমলাক্তা য়েপ্পগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা শদিংদা হঞ্জিন্দুনা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইজাউদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।

%২ মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি

মান্নহনবগা লোয়ননা "মাঙগি য়েৎকি থক্কি উরোক ফিরেপ্তা নোংপোক চীঙখৈ ওল্লগা লেপকক তৌগনী।" হন্দকমুকসু নোংপোক চীঙখৈ অদুম্মক ওল্লগা শগোল খোঙথাংগি খোঙহন অচৌবদা, অমুক্তং খোঙ য়েৎ ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফমদগি খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা হজিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথংসিৎনা খোঙ ওয়না ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম শদিং খোঙথাংদা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎলোমদা হকচাং চেপ্তুক তৌরগা মথক থংঙিবা ওয়থাঙদুনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথগদগি তৌরকপদুগা, মখা থংঙিবা য়েৎথাঙদুনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎকদগি তৌরকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %৩ মসিদগি খোঙ লেঙদনা লেপ্তুনা লৈরগা "লাইরেন লাবা য়াওনগি শাথেক্কা লোয়ননা য়েৎকি তরং মসূং থাঙহাইদা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন তাবগা ঈরোয়ননা হকচাংনা নোংপোক মৈরম ওল্লগা মায়না চীঙখৈদা চেপ্লা য়েংগনী।"

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%৩ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি লাইরেন মথেক খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



যেৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি থক্কি লৈওনবা নোংথাঙ লৈমা।" (৩) "য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা।" (৪) "য়েৎকি খাগি লৈওনবা নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন মরিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি লাইরেন মথেক খোঙচোং খোঙলোন**

-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না, মায়না চীঙখৈদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, "ওয়গি লৈকাঙ হাইজাউ হৈসূং খোঙথাংদা খোঙ ওয়না লৈদুনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংগনী।" পম্বুরমদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি হুইত্রি শাথেক্তা ৭শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী।" খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি খাগি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না হকচাংনা নোংপোক মৈরম ওল্লগা মায়না চীঙখৈদা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগী ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা, লৈকাঙ হাইজাউ হৈসূং খোঙথাংদা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা খোঙ ওয় থাংবা ফাওবদি য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন অদুম্মক থমগনী।

মদুদগি য়েৎকি থক্কি নাক্কি হুইত্রি শাথেক্তা চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা য়েৎকি থক্কি নাক্কি হুইত্রি শাথেক্তা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা অৱাং চীঙখৈ ওন্দুনা লৈরগা "য়েৎকি থক্কি লৈওনবা শাথেক"কা ঈরোয়ননা য়েৎথাঙনা, "য়েৎকি থক্কি লাইরেন মমৈ-মৈতোন্না মথক্তা য়ুংনা য়েৎপা নোংথাঙ লৈমা" শাথেক্কি থাঙলোন্দা মথক্তা থাঙ হাইগত্তুনা লৈরম্মগা, খ্বাং মখা ফাওবা "য়েৎকি খাগি লাইরেন মমৈ-মৈতোন্না মখাদা য়ুংনা লৈথরকপা নোংথাঙ লৈমা" শাথেক্কি থাঙলোন্দা; থাঙ লৈ-লৈদুনা হাইথরক্লগা "য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমা তাগনী।" হেক তাবগা পম্বুদনা খুদক্তা "ওয়গি তুংয়ান শাথেক"তা কোকথক্তগি ওয়থাঙনা মাঙদা লৈদুনা হাইথরকপগা লোয়ননা, হকচাংনা অৱাং চীঙখৈ ওল্লগা তপ্প-তপ্প া ফমথরক্তুনা ওয়গী খুকউ লৈতারকপদুগা, "ওয়গী লৈতাবা নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ" তারকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি খাগি লেমলৈ শাথেক লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন

নোংপোক

নোংপোক্না মায়ওন্নী

মৈরম

চীঙউখৈ

৫শুবা য়েৎ

৬শুবা ওয়

৭শুবা য়েৎ

৪ওয়

৩শুবা য়েৎ

৬শুবা ওয়

মথক্কি অরোয়বা খোঙফম অনিসিদা ওয়াগি লৈতাবা

নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ্পা অরাংচীঙখৈ ওনখিবা

১শুবা য়েৎ

সল্লোঙ

নোংচুপ

> য়েৎকি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১)"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি খাগি টূ- হন নোংথাঙ লৈমা।" (৩) য়েৎকি কুপ তরং মসূৎ নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অহুমসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি খাগি লেমলৈ শাথেক লংদাই মপূম খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা য়েৎকি** খোঙফমসিদা হান্না অৱাং চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা নোংপোক ওন্দুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ শদিংদা থাংবগা লোয়ননা ফমথদুনা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়গি খুকউ লৈতাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না "ওয়গি লৈতাবা নোংথাঙ লৈমা ফিরেপ"তা অৱাং চীঙখৈ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তং লৈরগা নোংপোক ওন্দুনা শদিংদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ওয়গি খুকউনা ২শুবা খোঙফমদা লৈতারকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।%১ হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা খোঙ ওয়গি খুকউনা লৈতারম্বা অদুদগি খিত্তং হৌগৎলগা (য়াম্নদি হৌগত্তনা) খোঙ য়েৎনা ৩শুবা খোঙফমদা খঙচোং- চোংখৎলগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা য়েৎকি নাক্কি খাগি লেমলৈ শাথেক্তা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি খাগি টূ- হন নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি খুকউনা লৈতারিবা অদুদগি খিত্তং হৌগৎলকপদুগা, (য়াম্নদি হৌগত্তনা) য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা খঙচোং- চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা খাগি টূ- হন্দা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অকোনবগি ২শুবা লৈথরকপা থাঙহাইদুগা লোয়ননা য়েৎকি খাগি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি নাক্কি খাগি লেমলৈ শাথেক্তা ওয়গি খোঙনা য়েৎকি কম্লাক্তা য়েপ্লদুগা, মরিসি মান্নহনগনী।

%২ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি কমলাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা খিত্তং হৌগৎলগা নত্রগা পূমহৌ হৌগৎলগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইজাউদা চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎকি থক্কি উরোপ ফিরেপ্তা নোংপোক ওন্দুনা তাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি খাগি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কমলাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা

খোঙ ওয়দুনা শদিংদা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং মপূম অমা লৈবগা লোয়ননা খিত্তং হৌগৎলগা নত্রগা পূমহৌ হৌগৎলগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইফেন্দা নত্রগা য়েৎকি হাইরৌ- হাইজাউদা খোঙ ওয়না ফেন্দুনা চোংখৎলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %৩ মথা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা ওয়গী খাগি খোঙশিন খোঙচোংদা চোংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং মসূং নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি খোঙশিন-খোঙচোংদা চোংখৎলগা ৬শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মথা তারকপসিদা ওয়গি খাগি খোঙশিন-খোঙচোংদা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা য়েৎকি নাকল্লোমদা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা "য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না নোংপোক মৈরমদা চেপ্পা য়েংগনী।"

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%৩ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।



"য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা হকচাংনা মৈরম ওল্লগা মায়না নোংপোক মৈরমদা চেপ্লা য়েংবা "

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি খূনিংথেক ইরৈ নোংলৈ খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



> য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি খূনিংথেক ইরৈ নোংলৈ খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৭শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং উপ্পা লৈদুনা য়েৎকি চেগপ হৈশুং লৈচোং মচাদা চোংদুনা খোঙ য়েৎনা ১বা খোঙফমদা তাগনী। তাবগা পম্বরমদনা ২শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা নোংপোকলোমদা থাংদোক্লগা কোক্লা নোংচুপ ওনগনী। ১বা খোঙফম অসিদগী হৌনা ৬শুবা খোঙফম ফাওবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা হকচাংনা মৈরম ওন্দুনা মায়না নোংপোক্তা চেপ্পা য়েংঙগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং উপ্পা লৈদুনা য়েৎকি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংপোকলোমদা তুংহন্ননা থাংদোক্লিবা খোঙ ওয়দুনা ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, অহানবা থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগিদি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা "ওয়গি নোংলৈ শাথেক"তা য়েৎকি থক্কি ইরৈ থাঙহাইগা লোয়ননা, য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা হকচাং লোংনা লৈখৎলক্তুনা হকচাংনা পূমলোং-লোংঙকপদা, কোক্লা নোংচুপ ওল্লগা হকচাংনা (মাঙনা) নোংপোক ওন্দুনা মায়না নোংথক্তা লোংনা য়েৎখৎলকপা মতমদুদা, অনিশুবা থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইগনী। মসিদগি অমুক ওয়গি নোংলৈ শাথেক্তা য়েৎকি থক্কি ইরৈ থাঙহাইগা লোয়ননা য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা লৈমায় তম্না হকচাং লৈথরক্তুনা, কৌব্রু পাংনা হকচাংনা লৈমায়দা পূমউপ- উপথরকপা মতমদুদা অহুমশুবা থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইগনী। মথংসিৎনা ওয়রোমদা হকচাং উপ্প- উপ্পা লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ হৈশুং লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা, ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা হকচাং উপ্পা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংচুপলোমদা তুংহন্ননা থাংদোক্লিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, মরিশুবা থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগী খোঙ লেঙদনা লৈরগা অমুক হন্না ওয়গী নোংলৈ শাথেক্তা য়েৎকি থক্কি ইরৈ থাঙহাইগা লোয়ননা, য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা হকচাং লোংনা লৈখৎলক্তুনা হকচাংনা পূমলোং-লোংঙকপা কোক্লা নোংপোক ওল্লগা, হকচাংনা (মাঙনা) নোংচুপ ওন্দুনা মায়না নোংথক্তা লোংনা য়েংখৎলকপা মতমদুদা মঙাশুবা

থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইগনী। হন্দকমুকসু ওয়গি নোংলৈ শাথেকতা য়েৎকি থক্কি ইরৈ থাঙহাইগা লোয়ননা য়েৎলোমদগি ওয়রোমদা লৈমায় তম্না, হকচাং লৈথরক্কুনা মখা পাংনা হকচাংনা লৈমায়দা পূমউপ- উপথরকপা মতমদুদা তরুকশুবা থাঙলোন মপূম অমা হাইবা লোইগনী।

পম্বুদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং উপ্প-উপ্পা লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা, ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং তুংহন্ননা খিত্তুং লৈরগা ওয়- ওয়নবা খোঙথাংদা অৱাং পাংনা খোঙ ওয়না ৬শুবা খোঙফমদা থাংদোক্লকপদুগা, নোংপোক ওল্লগা “য়েৎকি থক্কি পাম্বোইবি নুংওন ফিরেপ” তারকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম মাপনগি খূনিংথেক ইরৈ নোংলৈ খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



> য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১)"ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

**য়েৎকি খোঙফম মাপনগি খূনিংথেক ইরৈ নোংলৈ খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৫শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈরগা মৈরম ওন্দুনা শগোল খোঙথাংগি খোঙহন অচৌবা ৭শুবা খোঙফমদা শদিংদা নত্রগা খঙচোং- চোংখৎলগা অমুক হঞ্জিন্দুনা তাগনী। তাবগা পম্বদনা খুদক্তা ৮শুবা ওয়গি খোঙফমগা ৯শুবা য়েৎকি খোঙফমগা খোঙফম অনিসিদা য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা ওয়গি চেগপ হৈশুং লৈচোং মচাদা চোংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগবদবা থাঙলোন্না- "ওয়গি থক্কি ইরৈ নোংথাঙ লৈমনী।"

খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা - হান্না য়েৎকি থক্কি পান্থোইবি নুংওন ফিরেপ্তা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেত্তং লৈদুনা মৈরম ওল্লগা শগোল খোঙথাংগি খোঙহন অচৌবদা শদিংদা নত্রগা খঙচোং-চোংখৎলগা ৭শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৭শুবা খোঙফমদা হঞ্জিন্দুনা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু য়েৎলোমদা হকচাং অদুম্মক লৈবগা লোয়ননা ওয়গি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচাদা চোংখৎলগা ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা ওয়গি চেগপ হৈসূং লৈচোং মচাদা খোঙ ওয়না চোংখৎলকপদা ওয়গি মতুং ইন্দুনা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা তুংহন্ননা লৈরগা য়েৎ- ওয়নবা খোঙথাংদা মখা পাংনা ৯শুবা খোঙফমদা থাংদোক্লকপদুগা, ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা,"ওয়গি লৈতাবা খোঙখোইবা পান্থোইবি ফিরেপ; তারকপদুগা অহুমসি মান্নহনবগা %১ লোয়ননা মৈরম নত্রগা মখা ওনগনী।

%১ অহুমসি খরা অকোন-অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি চেনচোং-খূৎচোংগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**ওয়গি ১বা খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না -(১)**
**"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাওবি নোংথাও লৈমনী।"**

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি চেনচোং খূৎচোংগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন** - হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না মৈরম নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হুকচাং খিত্তুং লৈরগা খোঙ ওয়না ১বা খোঙফমদা খঙচোং- চোংশিনবগা ঈরোয়ননা খোঙ য়েৎ হান্না থাংগৎলগা চেনচোংগি খূৎচোংদা চোংগনী। মদুদা খোঙ ওয়না মতুং ইন্দুনা ২শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ২শুবা খোঙলোন্দা খোঙ অনিমক চপ মান্ননা চোংখৎমিন্নরগা মাগি- মাগি ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথদুনা নোংচুপ ওল্লগা ফমদুনা তাগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাওবি নোংথাও লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না "ওয়গি লৈতাবা থোইখোইবা পাম্ভোইবি ফিরেপ" তা মৈরম নত্রগা মখা ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি ওয়রোমদা হুকচাং খিত্তুং লৈরগা, ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না খঙচোং- চোংসিনবা ফাওবদি য়েৎকি থক্কি নাত্তা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী। মসিদগি খোঙ য়েৎনা হান্না চেনচোংগি খূৎচোংদা ২শুবা খোঙলোন্দা চোংখৎলকপদা খোঙ ওয়না য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ২শুবা খোঙলোন্দা চপ মান্ননা চোংখৎমিন্নরগা; খোঙ য়েৎনা ৩শুবা খোঙফম তম্লা খোঙ ওয়নসু ৩শুবা খোঙফম তম্লা থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগ্বা অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ- ওয় অনিদুনা মাগি- মাগি ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরক্লুনা নোংচুপ ওল্লগা ফমথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, মাঙদা য়েৎকি খাগি থাঙ কারন থম্বদুগ্গ মরিসি মান্নহনগনী। %১ মায়ওন্না নোংচুপনী।

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# ওয়গি খোঙফম নিপানগি চেনচোং- খূৎচোংগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**ওয়গি ২শুবা খোঙলোন মপূমসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না**- (১) "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমা। (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী।

**ওয়গি খোঙফম নিপানগি চেনচোং-খুৎচোংগি লংদাই খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা লংদাই খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা খোঙ য়েৎ ওয় অনিনা মাগি-মাগি ৮শুবা খোঙফম অনিসিদা হান্না নোংচুপ ওন্দুনা ফম্মগা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলক্লগা খোঙ ওয়না ৪শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংগনী। পন্থরমদনা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খঙচোং-চোংঙগা খোঙ ওয়না নোনহাইদা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না নীঙ্গাংনা ফম্মগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংচুপ ওন্ন- ওন্না হৌগৎলক্লগা শদিংদা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৪শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা লোয়ননা, ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎনা খঙচোং-চোংদুনা ওয়থাঙ অমুক্কি লৈনবিদা ওয়থাঙ য়েৎথাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, হাইথরক্লিবা অকোনবগি ২শুবা থাঙহাইসিগা লোয়ননা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্লগা নোনহাইদা থেনবদুগ্নামরিসি মান্নহনগনী। %১ খোঙলোনসিগি মখা তারকপদা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্ন- থম্না য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা, ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদা নেৎলগা ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেনচোংগি খুৎচোংদা চোংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- য়েৎকি কল্লাক্তা য়েপ্লগা থেন্দুনা লৈরিবা খোঙ ওয়দুনা ৬শুবা খোঙফমদা শদিংদানেৎলম্বদুগা, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেনচোংগি খুৎচোংদা খোঙ য়েৎ হান্না চোংখৎলগা ওয়না মতুং-ইন্দুনা খোঙ য়েৎ-ওয় অনিমক পূল্লপ চপ মান্ননা; খোঙ য়েৎনা ৭শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু ৭শুবা খোঙলোন্দা চোংখৎলগা খোঙ অনিমক মাগি- মাগি ৮শুবা খোঙফম তম্না খোঙ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ-ওয় অনিদুনা মাগি- মাগি ৮শুবা খোঙফমদা নেৎথরগা নোংপোক ওন্দুনা ফম্মগা তাগনী। অদুগা "মাঙদা য়েৎকি খাদা য়েৎকি থাঙ কারন থমগনী।"

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ক্বাক মাঙচোং- খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা" (২) "য়েৎকি তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমা। থাঙলোন অনিসিনী।**

**য়েৎকি খোঙফম তরুক্কি ক্লাক মাঙচোং খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৮শুবা ওয়**গি খোঙফমসিগা **৮শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিগা খোঙফম অনিসিদা হান্না ফম্মগা, নোংপোক ওন্দুনা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা ফম্ন -ফম্না ১বা খোঙলোনগা ২শুবা খোঙফমগা অনিসিদা ক্লাক- মাঙচোংদা লেপ্তুনা অনিরক চোংদুনা চৎকনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না খোঙ য়েৎ- ওয়না মাগী- মাগী ৮শুবা খোঙফমদা নেত্তুনা ফম্মগা মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থমদুনা নোংপোক ওল্লগা লৈরম্বা অদু অদুম্মক নোংপোক ওল্লগা, নোংপোক ওল্লগা খোঙ ওয়না ১বা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ১বা খোঙলোন্দা ফম্ন- ফম্না ক্লাক মাঙচোংদা চোংখৎলগা ২শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ- ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহন্নগনী।

মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ অনিসিনা মাগী- মাগী ২শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা অনিসি মান্নহন্নগনী। হৃদকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা খোঙ ওয়না ৩শুবা খোঙফমদা ওয়রোমদা (অৱাংলোমদা) ফৈন্না ক্লাক খোঙচোংদা খঙচোং- চোংঙগা খোঙ য়েৎ- ওয়না নোনহাই, নোনহন্দা থেনগনী। থেনবসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি তরং শাখাই লৈথবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা খোঙ ওয়না ৩শুবা খোঙফমদা ওয়রোমদা (অৱাংলোমদা) ফৈন্না ক্লাক খোঙচোংদা খঙচোং- চোংখৎলগা ৩শুবা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় খংথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহন্নগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, ওয়গি কল্লাক্তা য়েৎকি খোঙ য়েপ্পগা থেনবদুগা ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুগা মরিসি মান্নহন্নগনী।

%১ওয়গি থক্কি নাক্তা ওয়গি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বা অদুদগি পম্বরমদনা খুদক্তা খৃৎলৈ য়াম্না থুনা খঙচোং- চোংখৎলগা ৪শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ খঙথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা অনিসি মান্নহন্নগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৪শুবা খোঙফমদা খঙনেৎ- নেৎথরকপদুগা, শাখাই লৈথবিদা য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মখাদা লৈথরকপদুগা, য়েৎকি কল্লাক্তা ওয়গি খোঙ য়েপ্পদুগা, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন তারম্বদুগা মরিসি মান্নহন্নগনী। %২

---

%১ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ মরিসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ক্বাক মাঙচোং- খোঙচোং খোঙলোন

২শুবা খোঙলোন



**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েৎকি খাগি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েৎকি খোঙফম তরেৎকি ক্লাক মাঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৪শুবা য়েৎকি খোঙফমসিদা হান্না, কৌব্রু নত্রগা নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি খোঙ ওয়না ৫শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা চেনচোংগি খূৎচোংদা খোঙ য়েৎনা হান্না চোংগনী। খোঙ ওয়না খরা কোন্তক্লা য়েৎকি মতুং ইন্দুনা ৬শুবা খোঙলোন্দা খোঙ য়েৎনসু ৬শুবা খোঙলোন্দা খোঙ অনিমক চপ মান্ননা চোংখমিন্নরক্তুনা মাগী- মাগী ৭শুবা খোঙফমদা নেৎলগা ফমদুনা তাগনী।

খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি খাগি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না কৌব্রু নত্রগা নোংচুপ ওল্লগা ৪শুবা খোঙফমসিদা লেপখিবা খোঙ য়েত্তুগি কল্লাক্তুদা নোনহন্দা থেন্দুনা লৈখিবা খোঙ ওয়দুনা ৫শুবা খোঙফমদা শদিংদা থাংবা ফাওবদি, য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন অদুম্মক থমগনী। মসিদগি ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা য়েৎকি চেনচোংগি খূৎচোংদা %১চোংখৎলক্তুনা খোঙ য়েৎনা ৬শুবা খোঙলোন্দা খোঙ ওয়নসু ৬শুবা খোঙলোন্দা অমুক্তদা চপ মান্ননা ৭শুবা মাগী- মাগী খোঙফম তম্না খোঙ অনি থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনাহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা চোংখৎলগা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েৎ- ওয়দুনা ৭শুবা মাগী মাগী খোফমদা নেৎলগা নোংপোক ওল্লগা ফমথরকপদুগা, মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থম্বদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংপোক অদুম্মক ওনগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন

১বা খোঙলোন



**য়েৎকি ১বা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমা।" (২) "য়েৎকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমা।" থাঙলোন অনিসিনী

**য়েৎকি খোঙফম তরাতরক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন-** হায়রিবা খোঙলোন অসি মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন দুগি মখা তারকপা ১বা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা খোঙ য়েৎ-ওয় অনিসিনা মাগি-মাগি ৭শুবা খোঙফম অনিসিদা হান্না নোংপোক ওল্লগা ফমদুনা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা ১বা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা থুনা নোংচুপ ওল্লগা থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা-হান্না মাঙদা য়েৎকি খাগি য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা নোংপোক ওল্লগা ফমদুনা লৈরম্বা অদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা ওয়রোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিনবগা লোয়ননা নোংচুপ ওল্লগা শদিংদা ১বা খোঙফম তম্না খোঙ ওয় থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ ওয়দুনা ১বা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা নোংপোক ওল্লগা ওয়গি খূকউনা ২শুবা খোঙফমদা লৈতারকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি খাগি নাকল্লোমদা সাফু-কন্না খঙহাইহাইথরকপদুগা, য়েৎকি খাগি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুনা, অহুমসি মান্নহনগনী। %১হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি খূকউ লৈতা-লৈতানা শদিংদা ৩শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংঙকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাংঙকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ৩শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খূৎলৈ-থুনা খূকউ লৈতারিদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাংদা ৪শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থুনা থাংজিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি মাঙদা য়েৎথাঙগা লোয়ননা সাফু-কন্না খঙহাইহাইথরকপদুগা, ঈরোয়ননা "ওয়গি খোঙহৌ-সাফু"দা সাফু-কন্না য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ"তারকপদুগা, মৈরম নত্রগা মখা ওল্লগা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী। %২ মখা তারকপসিদা পম্বদনা খূদক্তা খূৎলৈ-থুনা ওয়রোমদা হকচাং খঙলৈ-লৈসিন্দুনা য়েৎকি চেগোপ লৈচোং মচাদা খঙচোং চোংদুনা ৫শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ তাগনী। তাবগা পম্বদনা খূদক্তা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক খঙলৈ

লৈসিন্দুনা নোংচুপ পাংনা থুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংদোক্কনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েংকি কুপ তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চংমিন্নবা- পচ্ছুদনা খুদক্তা ওয়রোমদা হকচাং খঙলে- লৈসিন্দুনা য়েংকি চোপ লৈচোং মচাদা খঙচোং চোংখংলগা ৫শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েং থাঙ্গংলকপদুগা, য়েংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগংলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা ওয়রোমদা হকচাং অদুম্মক খঙলে- লৈসিন্দুনা নোংচুপ পাংনা য়াম্না থুনা ৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় খঙথাং থাংদোক্লকপদুগা, য়েংথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা থুনা হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংচুপ অদুম্মক ওল্লগা মাঙদা য়েংকি থক্কি য়েংকি থাঙ কারন হাইফেং তারমগনী।

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।
%২ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।



য়েৎথাঙ ওযথাঙনা কোকথঙ্গগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা থুনা হাইথবক্লগাযেৎকি থক্কি যেৎকি থাঙ কাবন হাইফেং তাবগা নোংচুপ ওনবা

**য়েৎকি ২শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-** (১) "য়েৎকি কুম তরং নোংথাঙ লৈমানি।"

**য়েৎকি খোঙফম তরাতরক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ২শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **৩শুবা** **ওয়**গি খোঙফমসিদা হান্না নোংচুপ ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, য়েৎলোমদা হকচাং খঙলে লৈসিনবগা লোয়ননা ফমথরগা ৭শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতারগা নোংপোক ওনগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না "হান্না মথক্কিদা মাঙদা য়েৎকি থক্কি য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্মগা নোংচুপ ওন্দুনা লৈখিবা অদুদগি" য়েৎলোমদা হকচাং খঙলে-লৈসিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা নোংপোক ওল্লগা ওয়গি খুকউনা ৭শুবা খোঙফমদা লৈতারকপদুগা, কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈরক্লগা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা মাঙগি য়েৎকি খাগি নাকল্লোমদা সাফূ- কন্না খঙহাই-হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুকসু নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি খুকউ লৈতা-লৈতানা শদিংদা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ওয়গি খুকউ লৈতা-লৈতানা শদিংদা ৮শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থুনাথাংঙকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা শদিংদা থাংঙকখিবা খোঙ য়েক্তুনা ৮শুবা খোঙফমদা থুনা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনা খঙহাই হাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা খূৎলৈ- থুনা খুকউ লৈতারিদুদগি হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং খঙলে-লৈসিল্লক্তুনা, "ওয়গি হাইরৌ নেম-নেম খোঙথাং"দা ৯শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থুনা থাংজিল্লকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্তুনা লৈরগা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি মাঙদা য়েৎথাঙগা লোয়ননা সাফূ- কন্নাহাইথরকপদুগা, ঈরোয়ননা "ওয়গি খোঙহৌ- সাফূ"দা সাফূ- কন্না য়েৎলোমদা হকচাং খঙলে- লৈসিন্দুনা "য়েৎকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ" তারকপদুগা, হকচাংনা কৌব্রু নত্রগা অৱাং ওল্লগা য়েৎকি থক্কি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎতারমম্বদুগা; অহুমসি মান্নহনগনী।%১

%১ অহুমসি খরা অকোন- অহান নাইরবসু চপ মান্নে হায়না লৌগনী।

# য়েৎকি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন

৩শুবা খোঙলোন



**অহানবদা খণ্ডগদবা-খোঙলোনসিগি অরোয়বা ১৪শুবা খোঙফমসিদা ওয়গি খুকউ লৈঅরিসিগি মহুত্তা লেপ্লসু য়াই। হৈনবা অমা খনগদবনী।**

**য়েংকি ৩শুবা খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- (১) "য়েংকি তরং কোক্লেন থাঙবি নোংথাঙ লৈমনী।"**

**য়েংকি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন**-হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৩শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্তা চোংখিবা খোঙলোন্দুগি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা ৮শুবা য়েংকি খোঙফমসিদা হান্না কৌব্রু নত্রগা অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা "ওয়গি খোঙহৌ খৌশা সাফূ খোঙচোং"দা অহানবদা ১০শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। অনিশুবদা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। অহুমশুবদা ১২শুবা খোঙফমদা খোঙ য়েৎ থাংগনী। মরিশুবদা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় থাংগনী। ১৪শুবা খোঙফমদা ওয়গি খুকউ লৈতাগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না-"য়েংকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চংমিন্নবা- হান্না য়েংকি থক্কি নাক্কি তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ্তা য়েংকি থক্কি নাক্তা য়েংকি থাঙ কারন হাইফেং তারম্মগা কৌব্রু নত্রগা অৱাং ওল্লগা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়রোমদা হকচাং খঙলৈ লৈবগা লোয়ননা "ওয়গি খোঙহৌ- খৌশা সাফূ খোঙচোং"দা খঙচোং চোংখৎলগা ১০শুবা খোঙফম তম্না খোঙ য়েৎ খঙথাং থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা থুনা খঙহাইহাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী।

মখা তারকপসিদা ওয়রোমদা হকচাং ওয়- ওয়ননা খিত্তুং লৈরগা নোংপোক ওন্দুনা ১১শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয় তুংহন্ননা য়াম্না থুনানেৎথবকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগি মাঙদা থাঙ লৈদুনাহাইথরকপদুগা; অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা নোংপোক নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা খোঙ য়েৎনা ১২শুবা খোঙফমদা শদিংদা খৃৎলৈ য়াম্না থুনা থাংদোক্লকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা মথক্তা থাঙ লৈদুনা থুনা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্রা য়েৎলোমদা হকচাং খিত্তু য়াম্না থুনা লৈবগা লোয়ননা নোংপোক অদুম্মক ওল্লগা ১৩শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না শদিংদা ঙম্বমখৈ হাইনিংঙাই লৈতনা থুনা থাংদোকখিবদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা; অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শুকপন পম্বা তৌদনা মসিদগি খোঙ চোংদনা লেপ্পুনা লৈরগা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্লগা, ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা সাফূ- কন্না খঙহাই হাইথরকপা থাঙ হাইদুগা ঈরোয়ননা, "ওয়গি খোঙহৌ খৌশা সাফূদা কন্না য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ- লৈসিন্দুনা ওয়গি খুকউনা ১৪শুবা খোঙফমদালৈতারকপদুগা, য়েংকি নাক্কি লৈতাবা তুংহন থোংখোঙ ফিরেপ তারকপদুগা, য়েংকি খাগি নাক্তা য়েংকি থাঙ কারন হাইফেং তারম্বদুগা, অৱাং নত্রগা চীঙখৈদা মায় লৈসিন্দুনা য়েংবদুগা, মরিসি মান্নহনগনী। %১

%১ মরিসি খরা অকোন অহান নাইরবসু চপ মান্নে হাযনা লৌগনী।

# য়েংকি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন

৪শুবা খোঙলোন



৪শুবা ওয়গি খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না - (১) য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমা। (২) য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি টৃ- হন নোংথাঙ লৈমা। থাঙলোন অনিসিনী।

**য়েৎকি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েং খোঙচোং খোঙলোন**- হায়রিবা খোঙলোন অসিগি মশাদা মথক্তা চোংবা লোইখিদবা খোঙলোন্দুগি মখা তারকপা ৪শুবা খোঙলোন্নী। মখা তারকপা অসিদা মথক্কি অরোয়বা খোঙফমদা লৈরিবা **১২শুবা য়েৎ**কি খোঙফমসিদা হান্না ওয়গি খুকউ লৈতারগা অৱাং নত্রগা চীঙখৈদা মায় লৈসিল্লগা য়েংদুনা লৈরম্বা অদুদগি, ওয়গি খুকউ অদুম্মক লৈতা- লৈতানা শদিংদা ১৫শুবা খোঙফমদা কৌব্রু নত্রগা অৱাংলোমদা মায় লৈসিল্লগা খোঙ য়েৎ থাংগনী। পন্থদনা হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈরগা ওয়গি হাইরৌ নেম- নেম খোঙথাংদা ১৬শুবা খোঙফমদা খোঙওয় থাংগনী। খোঙলোনসিদা হাইগদবা থাঙলোন্না- "য়েৎকি কুপ তরং নোংথাঙ লৈমনী।" খোঙলোনগা থাঙলোনগা চৎমিন্নবা- হান্না য়েৎকি নাক্কি লৈতাবা থোংখোঙ ফিরেপ্তা ওয়গি খুকউ লৈতারগা য়েৎকি খাগি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন থম্মগা অৱাং নত্রগা চীঙখৈদা মায় লৈসিল্লগা লৈরম্বা অদুদগী ওয়গি খুকউ লৈতা- লৈতানা শদিংদা ১৫শুবা খোঙফমদা কৌব্রু নত্রগা অৱাংলোমদা মায় লৈসিল্লগা খোঙ য়েৎ থাঙ্গৎলকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তা থাঙ লৈদুনা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা শদিংদা থাঙ্গৎলকখিবা খোঙ য়েত্তুনা ১৫শুবা খোঙফমদা নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙ ওয়থাঙনা কোকথক্তগী মাঙদা থাঙ লৈদুনা হাইথরকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। হন্দকমুক্তা হৌগৎলকপগা লোয়ননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈবগা লোয়ননা ওয়গি হাইরৌ নেম- নেম খোঙথাংদা ১৬শুবা খোঙফমদা খোঙ ওয়না নেৎথরকপদুগা, য়েৎথাঙনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লগা (হাইগৎলগা) ওয়থাঙনা কোকথক্তা হাইগৎলকপদুগা, অনিসি মান্নহনগনী। মখা তারকপসিদা কোকথক্তা হাইগৎখিবা ওয়থাঙদুনা কোকথক্তগি লৈথরক্তুনা ওয়গি শেগ্রাক্তা লোল্লুবা (হাইগৎলুবা) য়েৎথাঙদুগা লোয়ননা সাফু- কন্না খঙহাই হাইথরকপা থাঙহাইদুগা ঈরোয়ননা ওয়গি খোঙহৌ সাফুদা সাফু- কন্না য়েৎলোমদা হকচাং খঙলৈ- লৈসিন্দুনা "য়েৎকি নাক্কি থোংখোঙ ফিরেপ" তারকপদুগা, অৱাং নত্রগা চীঙখৈ ওল্লগা য়েৎকি নাক্তা য়েৎকি থাঙ কারন হাইফেৎ তারম্বদুগা, অনিসি মান্নহনবগা লোয়ননা য়েৎথাঙ ওয়থাঙগি টৃ- হন্দা মাঙগি ওয়গি থক্কি থোংখোঙ ফিরেপ্তা লাইগা শিন্তাকপগা খুরমগদবনী।

অরোয়বদা খঙগদবা- ওয়গি খোঙফম তরাতরুক্কি লানয়ায় লানয়েংগি খোঙচোং খোঙলোন অসি "অথৌ য়াংবি" থাঙহাইগি অরোয়বগি অথুবা খোঙলোন্নী। মরম অসিনা খোঙলোনসিদা ৩৪ রক হৃঞ্জিং দুনা পাঙ্গনগি অরোয়বা শরুক ফদোক্তুনা ঙম্মিখৈ য়াম্না থুনা থাঙ হাইরম্মগা লোইসিনগদবনী।

ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংঃ-

(১) শরৈ- শরা (১৯৭৮).

(২) মীহাং- মীকন (১৯৮৪).

(৩) থাঙ- তা (১৯৮৬).

(৪) ওইনাম বিজাল্দো (১৯৯৩).

(৫) অখুর্নবা লীক্ল পরেং(১৯৯৪).

(৬) খুরাই নানবা (১৯৯৮)

ফোঙলক্কদবা লাইরিকশিংঃ-

(১) থাঙহাইরোল—অনিশুবা

(২) কিরেপ

(৩) শরৈ- শরা—খুৎ নাম্মনা পায়রকপা ১সুং খুৎ অনিনা পায়রকপা

(৪) শরৈ- শরা — শাগোন্নবা

(৫) মীহাং- মীকন — লম্না লম্না থেংনবা

(৬) মীহাং- মীকন — মী অনিদগী মঙা তরুক ফাওবা থেংনবা

(৭) চৈবি কুন্নবা

(৮) তা চায়নবা

(৯) কোংয়াং লৈকোয়

(১০) থৌরি লৈকোয়